# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা ( খণ্ড মাপলশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীল কৃষ্ণদাস-কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত


শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনহোল য়াওবা

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

মধ্যলীলা ( খণ্ড মাপলশুবা )

পূজ্যপাদ

শ্রীলকৃষ্ণদাস কবিরাজ-গোস্বামিবিরচিত

শীতলজিৎ সিংহনা

তৌবা মণিপুরী অনুবাদ অমসুং নৈনরোল য়াওবা।

অহানবা সংস্করণ

ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেসদা শ্রীকোইজম ইবোবী সিংহনা নম্বা

অমসুং শীতলজিৎ-না ফোঙবা।

ফংফম—(১) ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন প্রেস, ইম্ফাল।

(২) শীতলজিৎ সিংহ, কৈশামথোং,

তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

(৩) পাইওনিয়র্ ট্রেডিং কোং,

বীর টিকেন্দ্রজিৎ রোড, ইম্ফাল।

ইং কুমজা ১৯৭১



মমল লুপা ২৫/-

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

## মধ্যলীলা

## তরানিথোইশুবা পরিচ্ছেদ

মূল ১

শ্রীগুণ্ডিচামন্দিরমাত্মবৃন্দৈঃ
সম্মার্জ্জয়ন্ ক্ষালনতঃ স গৌরঃ।
স্বচিত্তবচ্ছীতলমুজ্জ্বলঞ্চ
কৃষ্ণোপবেশৌপয়িকং চকার ॥ ১ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীগুণ্ডিচামন্দিরম্—শ্রীগুণ্ডিচামন্দির ; আত্মবৃন্দৈঃ—মহাগী ভক্তশিংগা লোয়ননা ; সম্মার্জ্জয়ন্—রাই শীংতোক্লগা ; ক্ষালনতঃ—রাই তৈরম্মী ; সঃ গৌরঃ গৌর অহুনা ; স্বচিত্তবৎ—মপুক্কীডনা পাম্বগুম্মা ; শীতলম্—ইংহনবা ; উজ্জ্বলং নংবা ; চ—অমসুং ; কৃষ্ণ-উপবেশ-ঔপয়িকম্—শ্রীকৃষ্ণন ( শ্রীজগন্নাথন ) ফম্বদা নক্লগা লৈবদা মতীকচাননবা ; চকার—শেমলম্মী ।

### মৈতৈলোননা হন্দোকপা

শ্রীগৌরচন্দ্র অহুনা মাগী ভক্তশিংগা লোয়ননা শ্রীগুণ্ডিচামন্দিরহু রাই শীংতোক্লগা অমসুং চাম্থোক্লগা মাগী নীংবা থুংনা ইংহল্লগা অমসুং লংহল্লগা শ্রীজগন্নাথদেবনা ফেংশনবদা মতীক চাহল্লম্মী ।

### নৈনরোল

গুণ্ডিচা—কাংগী মতমদা রথযাত্রা তুমিত্তা রথদগী কুম্থরগা কাংলেন ( পুনর্যাত্রা ) ফাংবা তুমিং কয়ানীরোম শ্রীজগন্নাথনা লৈরম্বা মন্দিরহুবু গুণ্ডিচা-মন্দির কৌয়ি । তুমিং থরনিদো নত্তনা কুম্চুক্লা মন্দিরহু অহুম হাপ্তুনা লৈ ; মরম্না মন্দিরহু থুনাম-নাইত্তে-ডাক্তা ভায় । রথযাত্রাগী মনাক্তদা মন্দিরহু শেংদোকয়ি । শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মাগী ভক্তশিংগা লোয়ননা

মছামক্না গুণ্ডিচামন্দিরহু রাই শীংতোক্লগা চাম্থোকয়ি ; অহুম তৌহুনা মন্দিরহু শ্রীজগন্নাথদেবনা লেঙশন্‌রদা মতীক চাহল্লী। মতমহুদা মফমহু ইংঙী অমস্নুং ফজনা লংঙী। কান্‌েন্দা রথযাত্রা থোক্‌পনী ; অহুনা শ্রীমন্দিরহু ইঙবহুদা লৈবদা য়াম্না মুংঙাইরম্মী। প্রভুনা শ্রীক্ষেত্রদা লৈবা মতমগী মখৈ, চহী থুদিঙগী মহাক্না শ্রীগুণ্ডিচামন্দির শেংদোকয়ি।

নৈনরিবা শ্লোকসিদা পরিচ্ছেদসিদা বর্ণন তৌগদবা মরু ওইবা বিষয়হু পল্লি।

## মূল ২-৩

জয় জয় মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য।
জয় জয় নিত্যানন্দ জয়াদ্বৈত ধন্য ॥ ২ ॥
জয় জয় শ্রীবাসাদি গৌরভক্তগণ।
শক্তি দেহ—করি যেন চৈতন্যবর্ণন ॥ ৩ ॥

### শব্দার্থ

ধন্য—থাগৎনঙাই ওইবা ; শ্রীবাস-আদি—শীবাসনচিংবা ; গৌর-ভক্তগণ—গৌরভক্তশিং ; শক্তি দেহ—শক্তি পীয়ু ; করি—তৌগে ; যেন—মহুনা ; চৈতন্যবর্ণন—শ্রীচৈতন্য প্রভুগী লীলা লীবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু থুরুমজৈ ; শ্রীনিত্যানন্দবু থুরুমজরি ; থাগৎনঙাই ওইবা শ্রীঅদ্বৈতবু থুরুমজরি। শ্রীবাসনচিংবা গৌরভক্তশিংবু থুরুমজরি। শ্রীচৈতন্যগী লীলাবু বর্ণন তৌবা য়াননবা শক্তি পীনবিয়ু।

## মূল ৪

পূর্ব্বে দক্ষিণ হইতে যবে প্রভু আইলা।
তাঁরে মিলিতে গজপতি উৎকন্ঠিত হৈলা ॥ ৪ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ব্বে মমাংঙদা ; দক্ষিণ হইতে—খা ভারত-তগী ; যবে মতমদা ;

প্রভু আইলা—প্রভু লেঙলকৃখি ; তাঁরে—মাবু ; মিলিতে—উনগদবগী ; গজপতি—রাজা প্রতাপরুদ্রনা ; উৎকণ্ঠিত—খৌরাংবা ; হৈলা—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মমাঙৈঙদা শ্রীমন্মহাপ্রভুনা দাক্ষিনাত্যদগী নীলাচলদা হল্লক্লম্বা মতমদা রাজা প্রতাপরুদ্রনা প্রভুগা উননীঙবনা খম্‌থেংখি।

মূল ৫

কটক হৈতে পত্রী দিল সার্ব্বভৌম-ঠাঞি— ।
প্রভু আজ্ঞা হয় যদি—দেখিবারে যাই ॥ ৫ ॥

শব্দার্থ

কটক হৈতে কটক সহরদগী ; পত্রী— চিঠি ; দিল—পীরম্মী ; সার্ব্ব-ভৌম ঠাঞি – সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা ; প্রভু-আজ্ঞা—প্রভুগী য়াথং ; হয় যদি—ওইরবদি ; দেখিবারে—উননবগীদমক ; যাই—চৎকে (লাক্কে)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজা প্রতাপরুদ্রনা কটক তগী সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী মফমদা পত্র থারকয়ি ; (অচুদা হায়রম্মী)—প্রভুনা য়াথং পীরবদি ঐহাক প্রভু উনবগী-দমক নীলাচলদা লাক্কে।

মূল ৬-১০

ভট্টাচার্য্য লিখিলা প্রভুর আজ্ঞা না হইল।
পুনরপি রাজা তারে পত্রী পাঠাইল ॥ ৬ ॥
প্রভুর নিকটে যত আছেন ভক্তগণ।
মোর লাগি তাঁসভারে করিহ নিবেদন ॥ ৭ ॥
সেই সব দয়ালু মোরে হইয়া সদয়।
মোর লাগি প্রভুপদে করেন বিনয় ॥ ৮ ॥
তাঁসভার প্রসাদে মিলোঁ শ্রীপ্রভুর পায়।
প্রভু কৃপা বিনু মোরে রাজ্য না ভায় ॥ ৯ ॥
যদি মোরে কৃপা না করিবে গৌরহরি।
রাজ্য ছাড়ি প্রাণ দিব হইব ভিখারী ॥ ১০ ॥

শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য লিখিলা—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ইরম্মী ; প্রভুর আজ্ঞা—প্রভুগী য়াথং ; না হইল—ওইদ্রে ; পুনরপি—অমুক হন্না ; রাজা—প্রতাপরুদ্র নিংথৌনা ; তারে—মঙোন্দা ( ভট্টাচার্য্যদা ) ; পত্রী—চিঠি ; পাঠাইল—থাখি ; প্রভুর নিকটে—প্রভুগী নাক্তা ; যত—কয়াথক ; আছেন—লৈ ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; মোর লাগি—ঐগীদমক ; তাঁসভারে—মখোয় পুম্বদা ; করিহ নিবেদন—হায়বিয়ু ; সেই সব—মখোয় লোইনমক্না ; দয়ালু—থুংশি হৈবা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; হইয়া—ওইদুনা ; সদয়—চান্‌বিহৈবা ; মোর লাগি—ঐগীদমক ; প্রভু পদে—প্রভুগী খুয়াখাদা ; করেন—তৌবিবা ; বিনয়—খুরুম্বা ; তাঁসভার—মখোয়পুম্বগী ; প্রসাদে—চান্‌বিবনা ; মিলোঁ—ফংজগে ; শ্রীপ্রভুর পায়—শ্রীমম্মাপ্রভুগী খোঙতু ; প্রভু কৃপা বিনু—প্রভুগী থৌজান্ নত্তনা ; মোর—ঐঙোন্দা ; রাজা—লৈবাকসী ; না ভায়—পাম্‌দ্রে ; যদি—বদি ; মোরে—ঐঙোন্দা ; কৃপা—থৌজাল্ ; না করিবে—তৌদ্রে ; গৌরহরি—গৌরহরিনা ; রাজ্য ছাড়ি—রাজ্য থাদোক্তুনা ; প্রাণ দিব—থরাই থাগে ; হইব ভিখারী—ওইগনী চাক্নিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা রাজা প্রতাপরুদ্রদা চিঠি ইদুনা হায়রম্মী—প্রভুনা য়াথং পীদ্রে। ( মতু কংলগা ) রাজানা অমুক হন্না পত্র থারক্‌খি। (মতুদা হায়রম্মী)—প্রভুগী নাক্তা লৈরিবা ভক্তশিং পুম্নমক্তা ঐগীদমক খরা হায়বিয়ু থুংশিহৈবা মখোয় পুম্নমক্তুনা ঐবু চান্‌বিদুনা ঐগীদমক প্রভুগী চরণখাদা খুরুম্নিনবা হায়দুনা। মখোয় পুম্বনা চান্‌বিবদগী শ্রীপ্রভুগী চরণ দর্শন ফংজগে। প্রভুগী কৃপা ফংদ্রগদি রাজ্য ফাওবা পামদ্রে। গৌরহরিনা ঐবু কৃপা তৌদ্রগদি রাজ্য থাদোক্তুনা থরাই থাদোক্লে নত্রগা চাক্নিবা ওইরগে।

মূল ১১

ভট্টাচার্য্য পত্রী দেখি চিন্তিত হইয়া।
ভক্তগণপাশ গেলা সে পত্রী লইয়া ॥ ১১ ॥

### শব্দার্থ

ভট্টাচার্য্য—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা ; পত্রী—চিঠি ; দেখি—উরগা ; চিন্তিত হইয়া—চিন্তা পুহুনা ; ভক্তগণপাশ—ভক্তশিংগী নাক্তা ; গেলা—চৎখি ; সে পত্রী—পত্র অদু ; লইয়া—পুহুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা নিংথৌগী চিঠিদু উরগা চিন্তা পুরহুনা ভক্তশিংগী নাক্তা চিঠিদু পুরগা চৎখি।

### মূল ১২

সভারে মিলিয়া কহিলা রাজ-বিবরণ।

পাছে সেই পত্রী সভারে করাইল দর্শন ॥ ১২ ॥

### শব্দার্থ

সভারে—ময়াম-পুম্ববু ; মিলিয়া—উনরদুনা ; কহিলা—হায়রম্মী ; রাজ-বিবরণ—নিংথৌগী রারোল ; পাছে—তুংদা ; সেই পত্রী—চিঠিদু ; সভারে—মী পুম্নমক্তা ; করাইল দর্শন—য়েংহন্‌খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গৌরভক্তশিং পুম্নমক্তা উনরদুনা ভট্টাচার্য্যনা নিংথৌগী রারোল পুম্নমক হায়রম্মী। তুংদা ময়ামদা চিঠিদু উহনখি।

### মূল ১৩

পত্রী দেখি সভার মনে হইল বিস্ময়।

প্রভু-পদে গজপতির এত ভক্তি হয় ॥ ১৩ ॥

### শব্দার্থ

পত্রী দেখি—পত্র উরগা ; সভার—লোইনমক্কী ; মনে—পুক্নীংদা ; হইল—ওইখি ; বিস্ময়—ঙকপা ; প্রভু-পদে—প্রভুগী চরণ-খাদা ; গজপতির—রাজা প্রতাপরুদ্রগী ; এত—অসুক য়াম্না ; ভক্তি হয়—ভক্তি লৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চিঠি উবদা ভক্তশিং পুম্নমক ঙকখি, করমদি প্রভুগী খুয়া-খাদা রাজা প্রতাপরুদ্রগী ভক্তি অসুক য়াম্না লৈরম্বনী।

### মূল ১৪

সভে কহে—প্রভু তারে কভু না মিলিবে।
আমি সব কহি যবে—দুঃখ সে মানিবে ॥ ১৪ ॥

### শব্দার্থ

সভে—ভক্ত পুম্নমক্না ; কহে—হায় ; প্রভু—প্রভুনা ; তারে—মাবু ; কভু—কদৌঙৈদসু ; না মিলিবে—উনরোই ; আমি সব—ঐখোয় পুম্নমক্না ; কহি—হায়বা ; যবে—মতমদা ; দুঃখ—মুংঙাইতবা ; সে—মহাক্না ; মানিবে—লৌগনী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিং পুম্নমক্না হায়রম্মী—প্রভুনা মাবু (নিংথৌবু) কদৌঙৈদসু উনরোই। ঐখোয় লোইনমক চঙহনা হঙৎপা মতমদা প্রভুনা মুংঙাইরোই।

### মূল ১৫

সার্ব্বভৌম কহে—সবে চল একবার।
মিলিতে না কহিব, কহিব রাজব্যবহার ॥ ১৫ ॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা হায়রম্মী ; সবে—লোইনমক ; চল—চৎসী ; একবার—অমুক্তং ; মিলিতে—উনৌ হায়না ; না কহিব—হায়রোই ; কহিব—হায়গে ; রাজব্যবহার—নিংথৌগী মতৌ, নিংথৌগী পুক্নীঙ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—লোইনমক অমুক্তা চৎসী। (নিংথৌগা) উনৌ হায়মুসী। চুম্নদা নিংথৌগী আচরণদু ( মপুক্নীঙদু ) তম্মুসী।

### মূল ১৬

এত কহি সবে গেলা মহাপ্রভুস্থানে।
কহিতে উন্মুখ সভে—না কহে বচনে ॥ ১৬ ॥

### শব্দার্থ

এত- অসিথক ; কহি—হায়রগা ; সবে—লোইনমক ; গেলা—চৎখি ; মহাপ্রভুস্থানে—মহাপ্রভুগী মফমদা ; কহিতে—হায়গদবগী ; উন্মুখ—খোয়রাংলম্মী ; সভে—লোইনমক ; না কহে- হায়রমদে ; বচনে—রা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসী হায়রগা মখোয় লোইনা মহাপ্রভুগী মফমদা চৎখি। মখোয় লোইনমক খোয়রাংলম্মী, অদুবু রাদি হায়রমদে।

### মূল ১৭

প্রভু কহে—কি কহিতে সভার আগমন।
দেখি যে কহিতে চাহ, না কহ কি কারণ॥ ১৭॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; কি—করি ; কহিতে- হায়বগীনো : সভার আগমন—ময়াম্মা লাক্পবু ; দেখি—ঐনা উই ; যে—মতুদি ; কহিতে—রা হায়বা ; চাহ—নখোয়না পাম্মী ; না কহ—নখোয়না হায়দে ; কি কারণ—করি মরমগীনো।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—"করি হায়গে হায়দুনা ময়াম লাক্পনো ? ঐনা উবদি রা হায়নীঙবা মাল্লি ; হায়দবদি করি মরমগীনো ?"

### মূল ১৮

নিত্যানন্দ কহে—তোমায় চাহি নিবেদিতে।
না কহিলে রহিতে নারি, কহিতে ভয় চিতে॥ ১৮॥

### শব্দার্থ

নিত্যানন্দ কহে—শ্রীনিত্যানন্দনা হায় ; তোমায়- নঙোন্দা (প্রভুদা) ; চাহি- পাম্মী ; নিবেদিতে—হায়বা ; না কহিলে—হায়দ্রগদি ; রহিতে—লৈবা ; নারি—ঙমদ্রে ; কহিতে—হায়গদবদা ; ভয়—অকিবা ( ওই ) ; চিতে—পুক্নীঙদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—( প্রভু ) নঙোন্দা য়া অমা হায়নীঙগী ; হায়দ্রগদি খাঙবা ঙমদ্রে। অদুগা হায়গদবদা শুক্রীঙদা কিবা পোকয়ি।

মূল ১৯

যোগ্যাযোগ্য সব তোমায় চাহি নিবেদিতে।

তোমা না মিলিলে রাজা চাহে যোগী হৈতে ॥ ১৯ ॥

শব্দার্থ

যোগ্য-অযোগ্য—চৌনবা চৌনদবা, (নত্রগা অফবা ফত্তবা) ; সব—লোইনমক ; তোমায়—নঙোন্দা ; চাহি—পাম্মী ; নিবেদিতে—হায়জবা ; তোমা—নঙবু ; না মিলিলে—উনদ্রগদি ; রাজা—নিংথৌনা ; চাহে—পাম্মী ; যোগী—সন্ন্যাসী ; হৈতে—ওইবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিত্যানন্দনা মখা তারম্মী)—হায়বা য়াবা য়াদবা য়া লোইনা নঙোন্দা হায়জনীঙগী। রাহুদি অসিনী—নঙবু উনদ্রগদি রাজা প্রতাপরুদ্রনা রাজ্য থাদোক্লগা সন্ন্যাসী ওইনীঙলে।

নৈনরোল

শ্রীমন্নিত্যানন্দনা মহাপ্রভুদা হায়রম্মী "প্রভু, মঙোন্দা হায়বা য়াবা য়াম্মু নঙগী চরণখাদা হঙৎনীঙগী ; নঙোন্দা হায়বা চৌনদরবা য়াম্মু হঙৎনীঙগী, ঐখোয়না হঙৎপসী লৌবিগে লৌবিরোই প্রভুগী ইচ্ছানী। রাজা প্রতাপরুদ্রদো প্রভুগী চরণদর্শন তৌনীঙবনা খোয়রাংলে ; নঙগী চরণদর্শন ফংদ্রগদি রাজ্য-ঐশ্বর্য্য পুম্নমক থাদোক্লুনা মহাক সন্ন্যাসী ওইরবা ফাওবদা বেড়া লৈত্রে।" মসিগী ধ্বনিদি অসিনী—"রাজাগী অবস্থা নঙোন্দা হঙৎলে ; করি তৌবা চৌনবগে হায়বহু খল্লগা তৌবিয়ো।"

মূল ২০

যত্তপি শুনিঞা প্রভুর কোমল হৈল মন।

তথাপি বাহিরে কহে নিষ্ঠুর বচন— ॥ ২০ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্থু ; শুনিঞা—নাকোঙনা তারগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; কোমল—মেঙবা ; হৈল—ওইরে ; মন—পুক্নীঙ ; তথাপি—অদুম ওইরবস্থু ; বাহিরে—মপাম্থোংদা ; কহে—হায় ; নিষ্ঠুর—মুংশি-হৈতবা ; বচন—বা।

### মৈতৈলোনদা চঙোকপা

শ্রীমন্নিত্যানন্দগী বা নাকোঙনা তারগা প্রভুগী মন অদু মেঙথরম্লবস্থু প্রভুনা মপাম্থোংদদি খোনকন্ থারম্মী।

## নৈনরোল

ভগবানগী ফংননবগী ভক্তগী উংকণ্ঠা ( খোবাংবা ) অদুনা হেঙ্গৎলবদি মতমদুদা ভগবান্না ভক্তদুবু কৃপা তৌদবা ঙম্লক্তে। রাজা প্রতাপরুদ্রগী উৎকণ্ঠাদু কয়ামুক হেঙ্গৎলম্লবগে হায়ববু প্রভুগী দর্শন ফংদ্রেগদি মহাক রাজ্যৈশ্বর্য্য থাদোক্লগনী হায়রে : অসী য়োরবা উৎকণ্ঠাগী বা খঙলগা প্রভুস্থু তুমিন্না লৈথোকপা ঙম্মদ্রবনী ; অদুম ওইনমক, সন্ন্যাসীগী আচরণ তম্বীগে হায়বগীদমক অমস্থুং শাথীবা পরীক্ষা লাম্থোকহল্লগা প্রতাপরুদ্রগী মতিমাদু ভক্তশিংগী মফমদা খঙহনগে হায়বগীদমক রাজাবু চানবীনীঙলবস্থু মপাম্থোংদা ইচ্ছাদু প্রভুনা ফোংদোক্লমদে ; অদুগী মতুংদা শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্বা বাদু য়েৎপা ওইনা প্রভুনা হায়রম্বা বাঙাঙদুনা রাজাবু মুংশিদবদুম থোকখি।

### মূল ২১

তোমা সভার ইচ্ছা এই—আমা সভা লঞা।
রাজাকে মিলহ ইঁহো কটক যাইয়া॥ ২১॥

### শব্দার্থ

তোমা সভার—নখোয় লোইনমক্কী ; ইচ্ছা—অপাম্বা ; এই—অসিনী ; আমা সভা—ঐখোয় পুম্নবু ; লঞা—পুদুনা ; রাজাকে মিলহ—রাজাগা উনরু ; ইঁহো—মফমসিদগী ; কটক—কটক ; যাইয়া—চৎভুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—নখোয় পুম্বনা পাম্বদি, ঐখোয় লোইনমক্পু পুতুনা মকমসিদগী কটক য়ৌনা চৎলগা রাজাগা উনবা, অসি নত্রা ?

মূল ২২

পরমার্থ যাউ, লোকে করিবে নিন্দন !

লোক রহু, দামোদর করিবে ভৎর্সন ॥ ২২ ॥

শব্দার্থ

পরমার্থ—আত্মাগী মরম ; যাউ—চৎথ্রসনু ; লোকে—মীনা ; করিবে—তৌগনী ; নিন্দন—থীনা ঙাঙনবা ; লোক—মী খ্বায়দি ; রহু—লৈশনু ; দামোদর—স্বরূপ দামোদরনা ; করিবে—তৌগনী ; ভৎর্সন—চৈবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)— পরমার্থগী ৱাদি থমু থম্‌খো ; মী খ্বায়না তাথীনা ঙাঙগনী । মীখ্বায়না ঙাঙবহুস্থু লৈরসনু ; দামোদরনবু চৈনিনে ।

**টৈনবোল**

**পরমার্থ যাউ**—পরমার্থগী ৱা লৈখিসনু । সন্ন্যাসীনা নিংথৌ উনবা হায়বসী শাস্ত্রনা য়াদে । সন্ন্যাসী ওইবা প্রভুনা নিংথৌদা দর্শন পীরবদি মহাক্কী সন্ন্যাস ধর্ম্ম মাঙগনী ।

**লোকে করিবে নিন্দন**—প্রভুনা খল্লম্মী—"ইছাগী ওইজবা থিহুনা নিংথৌদা দর্শন পীবনী হায়না মীনা ঐবু থীনা ঙাঙনগনী ।"

**দামোদর করিবে ভৎর্সন**—দামোদরদি নীঙঙকপহু পাক-পাক হায়গনবা মীনী । অতৈগী ৱা ঙাঙবদি লায়রহুনা প্রভুদকাওবা অওইবা ৱা হায়বদা মহাক নাচুংবিবা নত্তে । মরমহুনা প্রভুনা হায়রম্মী—"ঐনা নিংথৌ উনরগদি অতৈদি লায়রহুনা লোয়নরিবা দামোদর ফাওবনা চৈরকনী ।"

মূল ২৩

তোমা সভার আজ্ঞায় আমি না মিলি রাজারে ।

দামোদর কহে যদি তবে মিলি তারে ॥ ২৩ ॥

## শব্দার্থ

তোমা সভার—নখোয় লোইনমক্কী ; আজ্ঞায়—য়াথংনো ; আমি—ঐ ; না মিলি—উনরোই ; রাজারে—নিংথৌবু ; দামোদর কহে যদি—দামোদরনা হায়রগদি ; তবে—অদু ওইরবদি ; মিলি—উনগে ; তারে—মাবু ( নিংথৌবু )।

### মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

নখোয় খ্বায়গী য়াথংনদি ঐ নিংথৌগা উনরোই। দামোদরনা হায়রগদি ঐ মহাক্কা ( নিংথৌগা ) উনগনী।

## নৈনরোল

দামোদরদি নাতৈ-চাবা রা ভাঙবদা হঙ্গোইরমদে। মরমতুনা নিংথৌদা প্রভুনা দর্শন পীফম থোকয়ি খোক্তে হায়বতুগী রাদি দামোদরগী রায় মতুং ইনবা তারে হায়না প্রভুনা মংভান্দা ইম্থাক্লম্মী।

### মূল ২৪-২৭

দামোদর কহে—তুমি স্বতন্ত্র ঈশ্বর।
কর্ত্তব্যাকর্ত্তব্য সব তোমার গোচর ॥ ২৪ ॥
আমি কোন ক্ষুদ্রজীব তোমারে বিধি দিব।
আপনে মিলিবে তাঁরে, তাহা যে দেখিব ॥ ২৫ ॥
রাজা তোমায় স্নেহ করে, তুমি স্নেহবশ।
তার স্নেহে করাবে তারে তোমার পরশ ॥ ২৬ ॥
যদ্যপি ঈশ্বর তুমি পরম স্বতন্ত্র।
তথাপি স্বভাবে হও প্রেমপরতন্ত্র ॥ ২৭ ॥

## শব্দার্থ

দামোদর কহে—শ্রীদামোদরনা হায় ; তুমি—নঙদি ; স্বতন্ত্র—নীঙ-তম্বা ; ঈশ্বর—মপুনী ; কর্ত্তব্য-অকর্ত্তব্য—তৌহৈবা-তৌহৈদবা ; সব—পুম্নমক ; তোমার—নঙগী ; গোচর—উবা ; ( তোমার গোচর—নঙনা

উই ) ; আমি—ঐ ; কোন্—কনা ; ক্ষুদ্রজীব—অপীকপা জীব ; তোমারে—নঙোন্দা ; বিধি—আইন ; দিব—পীগনী ; আপনে—নছামক্লা ; মিলিবে—দর্শন পীগনী ; তাঁরে—মঙোন্দা ( রাজাদা ) ; তাহা যে—মহুনে ; দেখিব—ঐনা য়েংগনী ; রাজা তোমায়—নিংথৌনা নঙবু ; স্নেহ করে—নুংশি ; তুমি—নঙদি ( প্রভুদি ) ; স্নেহবশ—নুংশিবগী মখা পোন্-বনী ; তার—মাগী ( নিংথৌগী ) ; স্নেহ—নুংশিবহুনা ; কবাবে—তৌহন্-গনী ; তোমার পরশ—নঙবু শোক্পা ; যদ্যপি—অহুম ওইনমক ; ঈশ্বর—ঈশ্বর ; তুমি—নঙ ; পরমস্বতন্ত্র—নীঙতম্বদা খমথেংবনী ; তথাপি—অহুম ওইনমক ; স্বভাবে—মহৌশানা ; হও—নঙ ওই ; প্রেমপরতন্ত্র—নুংশি-মখা-থাবা ।

মৈতৈলোন্দা চন্দোকপা

দামোদরনা হায়রম্মী—প্রভু, নঙদি ননীঙ-তম্বা ঈশ্বরনী । তৌফম থোক্পা থোক্তবা পুম্নমক নঙনা খঙঙী । ঐদি জীব অপীখক্নী, কবম্না ঐনা নঙোন্দা তৌফম থোক্পা করিনো হায়বহু তাক্কনী ? প্রভু, নছামক্লা নিংথৌ মাগা উনগনী, মহুনে ঐনা উগনী । নিংথৌনা নঙব নুংশি, নঙনা অমুক নুংশিবগী মখাপোন্বনী । মানা নুংশিবিবহুনা নঙবু মানা শোক্পা হায়ব-হুদি ( নঙবু দর্শন তৌবা হায়বহুদি ) শোয়দবনী ।

## নৈনরোল

প্রভুগী রা তারগা দামোদরনা হায়রম্মী—প্রভু, নঙদি ননীঙ-তম্বা ঈশ্বরনী স্বয়ং ভগবান্নী ; অহুগা ঐনা পীক্লবা জীবনী ; করি তৌফম থোকয়ি-থোক্কে হায়বহু নঙদি খঙঙী ; পীক্লেন্-পীকপা জীব ঐনবু করম্না তৌগদবা করিনো হায়বহু লেপ্কনী । করি তৌগদৌবা তৌরোইদৌবা হায়বহুগী মরমদা ঐনা বিধি করম্না লেপ্কনী হায়বদি কবম্না পাউতাক পীগনী ? নঙদি ব্যাপক-নী ( লোইনমক্পু কোম্লিবা অহুনী ) অহুগা ঐনা ব্যাপা ( কোম্নাই ওইবা অমনী ) ; নঙনা করি তৌফম থোক্য়ি অমদি থোক্কে হায়বহুগী রা ঐনা লেপ্পা ঙম্বদি ইতীক নত্তে । অহুবু ঐনা খন্বা অমদি লৈ, মহুদি—প্রভু, নঙ নছামক্লা রাজাদা দর্শন পীগনী, মহু থুনমক ঐখোয়না উগনী । মরমদি নঙ ননীঙ-তম্বদা খমথেংলবসু—স্বয়ং ভগবান্ ওইরবসু—নুংশিবগী (প্রেমগী) মখা-থাবনী ; নঙবু নিংথৌনসু খমথেনো নুংশি ; মাগী

নুংশি-লীচিংসিনা নহাক শোয়দনমক মাগা উনগনী।" মত্তাংসিদা কনা কনাগুম্বনা হায়—"অত্রেদমপি জ্ঞেয়ং রাজ্ঞঃ তৎস্নেহাভাবাদেব প্রভোস্ত-ন্মিলনং সাক্ষান্নাভুৎ—মতাংসিদা অসিস্থ খুঙজনবা য়াই মহুদি, প্রভুবু নুংশিফম থোকপা শরুক্ত য়োবা মনুংশিহু (স্নেহহু) য়োরম্‌দবা মরম্না প্রভুগা উনরম্‌দবনী।" হায়রিবা রাফম্‌সী নাতৈ-চাদে হায়বা য়াই। প্রভুগী দর্শন ফংদ্রবদি নিংথৌনা থরাই থাদোবগী শেমশারবনী, নিংথৌ ওইবগী ঐশ্বর্য্য থাদোক্নুনা ভিক্ষারী ওইগে হায়রবনী—মসী মমাঙগী মূল ১০-শুবা পয়ার-দগী খঙবা ঙম্মী ; প্রভুবু রাজানা নুংশিদ্রবোইদি প্রভুবু উদবদা মথরাই ফাওবা থাদোক্কে হায়গদৌবা করিগীনো ? অমুকস্মু, নুংশিবগী শরুক অস্মুকথক হেল্লগদি নুংশিরিবা ( অনুরাগী ওইবা ) মীহুনা মাগী নুংশিফম ওইবহুগা কায়নবদা থরাই ফাওবা থাগে হায়রিবা,—অদুগুম্বা নুংশিবগী শরুক অংকৃথক্তো অদুনা ভগবানবু চিংবদা ওক্রুবোইদি ভগবান্‌গী ভক্ত-চান্‌বা হায়বা গুণহু করিমতা কান্নদ্রে অমস্মুং জীবগী মায়কৈদস্মু ভগবান্‌গী কৃপা ফংবগী ওইথোকপা হায়বহু করিমতা লৈত্রে। নিংথৌগী মছাগীনী হায়না লৈজবা পুম্নমক— রাজ্য, ঐশ্বর্য্য, করি হায়নী থরাই ফাওবা—পুম্নমক্সি মহাক থাদোক্কদৌবগী শেম শারম্লে : পোকপদগী রাজ্যৈশ্বর্য্য ভোগ তৌবদা হৈনরক্লবা মহাক্না লোইনমক থাদোক্লগা লম্বীদা চাক্লিবা ওইগে হায়রে। তশেংনা খঙনরে, প্রভুগী চরণ-দর্শন হায়বহুদি—রাজ্যৈশ্বর্য্যনচিংব-দগী, করি হায়নী মথরাইমত্তগীস্মু—হেন্না নিংথৌনা পাম্‌জরম্মী। প্রভুগী চরণ-দর্শন ফংদ্রগদি পুম্নমক্কে মাগী মফমদা তুচ্ছ্ ওইনা থোক্‌খি। ফীভম-সিদা লৈরবা নিংথৌহু প্রভুবু য়োনা নুংশিরমদে হায়বা তারবদি, মানা নুংশিবা মনুংশিসিনস্মু ভগবানবু চিংবা ( আকর্ষণ তৌবা ) ঙমদবা জাং ওইরগদি মসিদগী হেন্না নীঙবা কায়নঙাই জীবগী করিমুক লৈরি ? ভক্তগী অসিগুম্বা অবস্থা উরবদস্মু ভগবান্না মচি লেঙদ্রবদি ভগবানবু করম্না ভক্ত-চান্‌বা ( ভক্তবৎসল ) নত্রগা নুংশি-হৈবা (করুণ ওইবা) হায়না হায়গদগে ?

তশেংবদি প্রতাপরুদ্র নিংথৌগী অবস্থাগী রা তারগা "প্রভুর কোমল হৈল মন—প্রভুগী পুক্নীঙ পেংখি /২/১২/২০ ॥" ; অতুম ওইনমক মহাক্না প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীরোই হায়খিবতু প্রভুগী থম্মোইনুংগী রা নত্তে, মহু মপাম্বোংগী রানী—"তথাপি বাহিরে কহে নিষ্ঠুর বচন—অতুম ওইনমক

মপান্থোংদা খোনয়াক থে. কৃথি /২/১২/২০॥" বাসী মথবাইমকী ওইরবদি দর্শন পীবগী মরমদা দামোদরগী পাউতাক হংলম্ফম থোক্তে। সন্ন্যাসীনা রাজ দর্শন তৌবা হৌনদে হায়বা নীতিসী তশেংনা তম্বীগে হায়বগীদমক প্রভুনা নিংথৌদা দর্শন পীয়ু হায়বদা প্রভুনা য়ারমদরনী। প্রতাপরুদ্রনা প্রভুবু নুংশিদবা মরম্না প্রভুনা য়ারমদবা নত্তে। প্রভুবু প্রতাপরুদ্রনা রাংনা নুংশিরম্বা নত্তে, হায়বসী অদুগা মানা নুংশিরম্বা শরুকুনা প্রভুগী থম্মোই পেংহনবা ভম্বা জাংনী হায়বসী মূল ২৫/২৬/২৯ পয়ারদগী য়েংনঙাই লৈতনা খঙবা ঙম্মী।

**স্বভাবে হও প্রেম বতন্ত্র**—স্বরূপকী হায়রগদি মনীঙ তম্বদা থম্থেংবা ওইরবসু ভগবানদি প্রেমগীদমক মীথা পোন্‌বনী। প্রেম (নুংশিবা) হায়বসী ভগবানগী হ্লাদিনী শক্তিগী থোইদোকপা মওং (বৃত্তিবিশেষ) অমনী; প্রেমগী মথা পোন্‌বনীনা—মহাক মছামকী হ্লাদিনী শক্তিগী (হায়বদি মছামকী) মথা পোল্লে; মরমদুনা প্রেমগী মথা পোন্‌বদা মহাক মছাগী নীঙতম্বদা থম্থেংবদো মাঙদে। মহাক্না ভক্তগী মথা পোন্‌বা মতাংদসু ভক্তগী থম্মোইদা য়াংরিবা প্রেমদুমকী—মছাগী হ্লাদিনী শক্তিগী বৃত্তি-বিশেষদুগী —বৃত্তিবিশেষ অদুনা ভক্তগী থম্মোইদা থোরক্লগা প্রেমগী মশক লৌরিব, অদুগী মথা পোন্‌বনী। মরমদুনা ভক্তগী মথা পোন্‌থোক্‌পদা ভগবানগী নীঙতম্বদা থম্থেংবা হায়বা শরুকুগী ময়েং তাবা কৈতে।

প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীবদু নাইচৈবরা চাদবরা হায়বগী মরমদা প্রভুনা দামোদরগী পাউতাক পাম্‌খি। মূল-২৭ পয়ারদা দামোদরনা হায়রিবা বাসিগী অথুপ্পা বারোল্‌দুদগী খঙনা ঙম্মদি—প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীহন্নীঙ-বগী বাঙাঙনী। ২৭-পয়ারগী "পরমস্বতন্ত্র"-শব্দগী ধ্বনিদি (খোম্থাংদি) অসী ওইবা য়াই মদুদি—"হে প্রভু, নঙদি ননীঙতম্বদা থম্থেংলবা স্বয়ং ভগবান্নী; মীরয়েনগী য়াই-য়াদে (লৌকিক বিধি নিষেধ) হায়বদগী মথা পোন্‌বা নত্তে নঙদি; সন্ন্যাসীদি রাজদর্শন তৌবা য়াদে হায়বসী পরম-স্বতন্ত্র (ননীঙ-তৌবদা থম্থেংবা) পুরুষ নঙগীদমক শেম্বা বায়মল নত্তে; নঙদি য়াই-য়াদে হায়বনচিংবগী বাংমদনী।" দামোদরগী যুক্তিসিনা প্রতাপরুদ্রদা দর্শন পীফম থোক্তে হায়বা প্রভুগী যুক্তিদুবু করুবনী। অসি-দগী মরমনা, দর্শন পীফম থোক্‌ষি হায়বগীদমক তৌবা যুক্তিসু দামোদরগী

রাজ ভেদ য়াওরি। মূল ২৬ পয়ারদা মহাক্না প্রভুবু "স্নেহবশ—নুংশিবগী মথা পোন্‌বনী" অহুগা মূল ২৭ পয়ারদা "প্রেমপরতন্ত্র—নুংশিবগী মথা-পোন্‌বনী।" হায়না হায়রি। শব্দ অর্থ শিংগী ধ্বনি-দি অসিনী মতুদি—"প্রভু নঙদি লৌকিক বিধি-নিষেধগী মথা পোন্‌দে হায়বসী অওইবনী। অহুবু নঙগী শক্তি পুম্নমক্কী থোইবা হ্লাদিনী (হরাওহন্নবা, নুংঙাইহন্নবা) কৌবা স্বরূপ-শক্তিদুগী মথাদি নহাক পোল্লী ; নঙনা রসিক (নুংশিহৈবা) মকোক্নী হায়বা মরম্না নঙনা হ্লাদিনী শক্তিসিগী অমসুং হ্লাদিনীগী বৃত্তি ওইবা প্রেমগী মথা পে নকহু য়াবিবনী ; মতৌ অসুম্না নঙদি "প্রেমপরতন্ত্র-নী" অমসুং "স্নেহবশনী" হায়হুনা অহুগা প্রতাপরুদ্রসু "তোমায় স্নেহ করেন—নঙবু নুংশি" হায়দুনা—"তার স্নেহে করাবে তারে তোমার পরশ—মাগী নুংশিবদুনা মাবু নঙগী দর্শন তৌহনগনী।" মসিগী তাৎপর্যাদি অসিনী মতুদি—"প্রেমগী মথা পোন্‌বতনা নঙগী স্বরূপকী হৌনবী ধর্ম্মনী ; প্রতাপরুদ্রসু নঙবু থম্‌থেংনা নুংশি ; মরমদুনা নঙগী স্বরূপকী হৌনবী ধর্ম্মগী মমায য়েংদুনা নঙবু নুংশিজরিবা প্রতাপরুদ্রদা নঙগী দর্শন ফংহনবা চুম্মী। নঙগী স্বরূপবী হৌনবী ধর্ম্ম মত্তবা সন্ন্যাসগী বিধি ইন্দুনা স্বরূপবী হৌনবী ধর্ম্ম থৌশাদবদি নঙগীদমক্তি নাতৈ চারোই, লৌবসু নহাক ওম্মে।" সন্ন্যাসী হায়বসিদি নিংথৌ উনবা য়াদে হায়, য়াদবসী য়াক্তি লৈতবদি নত্তে ; অহুবু প্রতাপরুদ্রনা নিংথৌ অমগী স্বরূপ-তা প্রভুগা উনগে হায়জবা নত্তে অহুগা প্রভুগী সন্ন্যাসী ওইবদুনা প্রতাপরুদ্রগী ধর্ম্ম ঈবু চিংবা নত্তে ; শ্রীক্ষেত্রদা সন্ন্যাসী য়াম্না লাক্‌রি ; প্রতাপরুদ্রনা সন্ন্যাসী কয়ামগী রা মনাকে ওনা তায়, সন্ন্যাসী কয়ামগসু উনবন্না য়াই ; অহুবু কনা গুম্না অমগা উনবা ফংদ্রবদি মহাক থরাই থাগে হায়না লেপ্‌খিবা লৈতে। নিংথৌগী থম্মোইবু চিংবদি সার্ব্বভৌমগী চীঙ্কা অহুগা রায় রামানন্দগী চীঙ্কা প্রভু ভগবান্নী হায়বগী রা তাদনা অহুগা প্রভুগী প্রেমবান্ ওইবা (কৃষ্ণপ্রেম-লৈবা) মরম্নী। রাজা প্রতাপরুদ্রনা সন্ন্যাসী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগা উনবসু পাম্বা নত্তে ; ভক্ত প্রতাপরুদ্রনা প্রেমগী মূর্ত্তি শ্রীকৃষ্ণস্বরূপ শ্রীমন্মহাপ্রভুগী চরণ দর্শন তৌবগা পুন্না মহৈ য়ানজগে হায়বনী। মরমসিনা রাজ দর্শন য়াদবা সন্ন্যাস-বিধিদুনা মতাঙসিদা পন্

ওইনা থিংফম থোক্কে। ভগবান্ ওইবা মহাক্তি নিংথৌগীসু ভগবান্নী, প্রজাগীসু ভগবান্নী। অতোন্‌বা যুম্বান্‌বা ভক্তনা ভক্তবৎসল ওইবা মহাক্কী থৌজান্নভাই ওইবগুম্ প্রজা ভাকপগীদমক্তা সিংহাসন-দা ফম্‌বা রায়েল-চৈশু-পায়বা ভক্তসু মাগী থৌজান্নভাই ওইফম থোকয়ি।

মূল ২৮

নিত্যানন্দ কহে—ঐছে হয় কোন জন।
যে তোমারে কহে "কর রাজারে মিলন" ॥ ২৮ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দ কহে—শ্রীমন্‌নিত্যানন্দনা হায় ; ঐছে—অদুগুম্বা : হয়—লৈ ; কোন জন—মী কনা ; যে—মহাক্না ; তোমারে—নঙোন্দা : কহে—হায় ( হায়দোবা ) ; কর—তৌ ; রাজারে মিলন—নিংথৌগা উনবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—অসিগুম্বা মী কনা লৈবগে, মহাক্তনা নহাকপু 'নিংথৌগা উনৌ' হায়না হায়বা ঙমগদৌবা ?

মূল ২৯

কিন্তু অনুরাগি-লোকের স্বভাব এক হয়।
ইষ্ট না পাইলে নিজ প্রাণ সে ছাড়য় ॥ ২৯ ॥

শব্দার্থ

কিন্তু—অদুবু ; অনুরাগি—( কনাবু ) মুংশিজবা : লোকের—মীগী ; স্বভাব এক—স্বভাব ( মতৌ ) অমা ; হয়—ওই ( লৈ ) ; ইষ্ট—( মানা ) নীঙজবা মীবু ; না পাইলে—ফংদ্রেগদি ; নিজ প্রাণ—মহামকী থৱাই ; সে—মহাক্না ; ছাড়য়—থাদোকচৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নিত্যানন্দনা মখা তারম্মী )—( কনাগুম্ববু ) মুংশিজবা মীগী স্বভাব অমা লৈ মতুংদি, মানা নীঙজবা মবুংঙোন্থবু ফংদ্রেগদি মথৱাই থাদোকয়ি।

## মূল ৩০

যাজ্ঞিক-ব্রাহ্মণী হয় তাহাতে প্রমাণ।
কৃষ্ণ লাগি পতি-আগে ছাড়িল পরাণ ॥ ৩০ ॥

## শব্দার্থ

যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণী— স্বর্গফংনবা আঙ্গিরস কৌবা যজ্ঞ তৌব্রা ব্রাহ্মণগী তালোই ; হয়—ওই ; তাহাতে—মতুগীদা ( ইষ্ট উবা ফংদবদগী থরাই থাবদা ) ; প্রমাণ—খুদম ; কৃষ্ণলাগি—কৃষ্ণগীদমক্তা ; পতি-আগে—মপুরোইবগী মমাঙমক্তা ; ছাড়িল—থাদোকৃখি ; পরাণ—থরাই।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( ইষ্ট ফংদ্রগা থরাই থাবগী ) প্রমাণদি যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণীনী। মহাক্না কৃষ্ণগীদমক্তা মপুরোইবগী মমাঙমক্তা মথরাই থাখি।

## নৈনরোল

যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণীগী রাসীদি অসিনী—বস্ত্র হরণগী ( শ্রীকৃষ্ণনা গোপী-শিংগী ফি হুরান্‌বা ) তুমীত্তা ব্রজ-নুপাশিংনা শ্রীকৃষ্ণদগী মখোয়গী ফি লৌতুনা মনুমদা হনগ্রবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা রাখালশিংগা লোয়ননা শল শেন্ন শেন্না চংপনা বৃন্দাবনদগী য়াম্না লাপ্না চংখি। মখোয়না বন গী ফজবতু য়েং য়েংতুনা চংপাদগী যমুনাগী তোর্বান য়ৌখি অতুগা শম্মোমশিংতু ঈশীঙ থক্‌হনখি। যমুনাগী উপবন অতুদা শল শেন-শেন্দুনা লৈবদা রাখালশিংসু চাক য়াম্না লামখি ; মরমতুনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা লাকুন মখোয়গী চাক-লাম্বগী রা হঙ্গংলুবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রম্মী—"ইনক্‌-নক্না বেদবাদী ব্রাহ্মণশিংনা আঙ্গিরস-যজ্ঞ তৌরিব্নী ; যজ্ঞ তৌফমদা চংলগা দাদা বলভদ্রগী অতুগা ঐগী মিং পন্দুনা চাক নিরগা পুবকউ।" মতুগী মতুং ইন্না রাখালশিংনা যজ্ঞ-সভাদা চংলগা ব্রাহ্মণশিংদগী চাক নিরুই, অতুবু মখোয়গী রাতু কনামতনা মনাদা হাপ্পমদে, পাউথুম অমতসু পীবিরক্তে। শঞ্জেন্নহাশিংতুনা নীঙবা কায়রতুনা হল্লকখি, অতুদগী রামকৃষ্ণগী নাক্তা রা পূম্বা তম্লখি। মতুদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়দা হায়রম্মী—"মখোয় ব্রাহ্মণ্‌বীশিংগী মফমদা চংলগা ঐগী মিং পন্দুনা চাক নিরু ; মখোয়দি ঐবু য়াম্না নুংশিবনী ; চাক য়াম্না পীরকনী।" রাসী তারবা ব্রজবালকশিংতুনা

ব্রাহ্মণ্নুবীশিংতুগী নাত্তা চৎলগা শ্রীকৃষ্ণগী মিং পল্লগা চাক নিরুরে। শ্রীকৃষ্ণগী নাম তাবত্তদা ব্রাহ্মণ্নুবীশিং মপুক্লীঙ পেৎখি; শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌননবা হায়ত্তুনা মখোয়না হুমীৎ য়াম্না শাংনা খোরংলকপনী; হৌজিক শ্রীকৃষ্ণদো মখোয়গী মনাক অমূক য়ৌশল্লক্রে হায়বা তাবত্তুদা মখোয়গী মপুক্লীঙ চরাংনরম্মী। থীন্থবা তৌদবীমখৈ ফুরোল ফুরোল থন্না অছায়-পোৎ, অচূপ্পোৎ, তারেক্পোৎ অত্তুংপা অথক্পোৎ—মখল্ল মরিগী অচাপোৎ পুত্তনা মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক তান্খি: মখোয় মখোয়গী মপুরোইবা, অপোকপা মবুং-মৌপা, মচানুপাশিংনা থিংনা থিংনা মখোয় হুনবা তৌখিদে। মখোয়না শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ য়ৌদুনা চাক্লচিংবত্তু কংলুরে। অত্তুবু মুজা অমদি মপুরোইবনা থিংত্তুনা ফাত্তুনা ইমুংদা থম্খি; শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিজবী (অনুরাগবতী ওইবী) ব্রাহ্মণীদুনা ইমুংদা ফাজল্লবা অত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌদুনা কোন্শল্লগা মাগী কর্ম্মানুবন্ধী (তৌজমল ওইনা ফংবা) দেহত্তু থাদোক্খি। শ্রীভাঃ ১০/২৩ অধ্যায়।

অনুরাগবতী ব্রাহ্মণ্নুবীনা মাগী ইষ্ট শ্রীকৃষ্ণগা উনজবা ফংদত্তুনা থরাই থাখি হায়বত্তুগী প্রমাণদি ভাগবতকী হায়রিবা রারীসিনী।

মূল ৩১

কৈছে যুক্তি করি, যদি কর অবধান।

তুমিহ না মিল তারে, রহে তার প্রাণ॥ ৩১॥

### শব্দার্থ

কৈছে অত্তুগুম্না; যুক্তি করি—রায়েন তৌগে; যদি—বদি; কর—(নঙনা) তৌববা; অবধান—পুক্লীঙ চঙবা; তুমিহ—নহাক্না; না মিল—উনদবা; তারে—মাবু; রহে—লৈবা (হিংবা); তার মাগী (নিংথৌগী); প্রাণ—থরাই।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(নিত্যানন্দনা মথা তারম্মী)—প্রভু! পুক্লীঙ চঙলা থন্বিগে হায়রবদি নঙনসু নিংথৌগা উনদবা অত্তুগা মহাক্কী থরাইসু থাদবা—অত্তুগুম্বা যুক্তি অমা তৌগে হায়জগে।

নৈনরোল

প্রেমগী লাউনবগী মতৌদা য়াম্ভিক ব্রাহ্মণীগী বা হায়রবস্তু শ্রীনিত্যানন্দনা খল্লম্মী—"ধর্ম্ম শিংননবগীদমক প্রভুনা অবতার লৌরনী ; লৌকিক লীলাদা সন্ন্যাস লৌরুরে, অদুগা রাজা প্রতাপরুদ্রগী থৌরাংবগী বা নায়েকোঙদা চঙবদগী মহাক্কা নিংথৌগা উনরুনবদি খঙদবা মীচমশিংনা প্রভুগী অথুপ্পা থবক্কী বারোল খঙদদুনা প্রভুবু নিন্দা তৌগনী ; নিন্দা তৌবস্তু ঐখোয়দি খাঙবা ঙম্মোই। অদুগা অমূক, কনা সাধারণ সন্ন্যাসী অমনা কনিমতা খল্লুদবমথৈ প্রভুগী মতৌ তমদুনা সন্ন্যাসগী বিধি-নিষেধবু থৌশাদবা য়াই ; মদুদা সন্ন্যাস-আশ্রমগী অমঙ্গল ওইগনী। প্রভুনা তৌবা করিগুম্বা থবক অমতদা সন্ন্যাস-আশ্রমগী মর্য্যাদা ঙাক্তবস্তু পাম্মঙাই নত্তে।" মতৌ অসুম্বা খল্লকুনা ওইবা য়াই, শ্রীনিত্যানন্দনা মধ্যপন্থা ( কৈনৌ বারোল ) লৌননবা বা অমা পুথাক্লম্মী। শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী—"প্রভু! যুক্তি অমদি লৈ, মদুনা নঙনস্তু নিংথৌগা উনদবা, অদুগা নিংথৌগী থরাইস্তু কণবা য়াই। যুক্তিদু নঙনা পুক্নীঙ চঙনা তাবিবা। তাবিরগা নৈনদুনা খন্থরগা য়েংবা, অদু ওইরবদি যুক্তিদুগী বা হঙ্গৎকে।"

মূল ৩২

এক বহির্ব্বাস যদি দেহ কৃপা করি।

তাহা পাঞা প্রাণ রাখে তোমার আশা ধরি॥ ৩২॥

শব্দার্থ

এক বহির্ব্বাস—বহির্ব্বাস অমা ; যদি দেহ—পীরবদি ; কৃপা করি—কৃপা তৌদুনা ; তাহা—মদু ; পাঞা ফংলগা ; প্রাণ রাখে—থরাই থাররোই ; তোমার আশা নঙবু ফংগনী হায়বগী পুক্নীঙ লুম্বা ; ধরি—পায়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রম্মী)—বহির্ব্বাস অমতং নিংথৌদা কৃপা তৌদুনা পীবিরবদি, মদু ফংবদা নঙবু দর্শন তৌবা ফংগনী হায়বগী আশা তৌদুনা মথরাই থাদবা য়াই।

মুল ৩৩

প্রভু কহে—তুমি সব পরম বিদ্বান্।

যেই ভাল হয়—সেই কর সমাধান ॥ ৩৩ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; তুমি সব—নখোয় পুম্বা ; পরম—খম্থেংবা ; বিদ্বান্—পণ্ডিতনী ( অখঙবনী ) ; যেই মহু ; ভাল—অফবা ; হয়—ওই ; সেই—মহু ; কর—তৌ ; সমাধান—পাঙথোক্লবা ৱারেপ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—নখোয় লোইনমক য়ৌনা খঙবা মী ওাক্নী। সি তৌরগা ফনী হায়বদো অহুম তৌও।

মুল ৩৪

তবে নিত্যানন্দ গোসাঞি গোবিন্দের পাশ।

মাগিয়া লইল প্রভুর এক বহির্ব্বাস ॥ ৩৪ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; নিত্যানন্দগোসাঞি—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ; গোবিন্দের পাশ—গোবিন্দগী মফমদগী ; মাগিয়া—নিরগা ; লইল—লৌখি ; প্রভুর—প্রভুগী ; এক বহির্ব্বাস—বহির্ব্বাস অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা গোবিন্দগী মফমদগী প্রভুনা থোন্বা বহির্ব্বাস অমা নিরগা লৌখি।

মুল ৩৫

সেই বহির্ব্বাস সার্ব্বভৌম পাশ দিল।

সার্ব্বভৌম সেই বস্ত্র রাজারে পাঠাইল ॥ ৩৫ ॥

শব্দার্থ

সেই বহির্ব্বাস—বহির্ব্বাস অদু ; সার্ব্বভৌম পাশ—সার্ব্বভৌমগী মফমদা ; দিল—পীখি ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌমনা ; সেই বস্ত্র—ফিদু ; রাজারে—নিংথৌদা ; পাঠাইল—থাখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বস্ত্রদি প্রসাদ শ্রীনিত্যানন্দনা সার্বভৌমদা পিখরে। সার্বভৌমনা ফি অদু নিংথৌগী মখমদা থাখি।

মূল ৩৬

বস্ত্র পাঞা আনন্দিত হৈল রাজার মন।
প্রভুরূপ করি করে বস্ত্রের পূজন ॥ ৩৬ ॥

শব্দার্থ

বস্ত্র—ফি; পাঞা—ফংলদুনা; আনন্দিত—নুংঙাইবা; হৈল—ওইখি; রাজার—নিংথৌগী; মন—পুক্নীং; প্রভুরূপ—প্রভুগী শক; করি—ওইহন্দুনা, করে—তৌরি; বস্ত্রের—ফিগী; পূজন—পূজা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ফি ফংলদুনা নিংথৌগী পুক্নীং নুংঙাইখি। ফিদু প্রভুগী শক ওইহল্লগা পূজা তৌরম্মী।

মূল ৩৭

রামানন্দ রায় যবে দক্ষিণ হৈতে আইলা।
প্রভুসঙ্গে রহিতে রাজারে নিবেদিলা ॥ ৩৭ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দরায়—রামানন্দ রায়না; যবে—মতমদুদা; দক্ষিণ হৈতে—খা ভারততগী; আইলা—লাক্লে; প্রভুসঙ্গে—প্রভুগা লোয়নননা, রহিতে—লৈননবা, রাজারে—নিংথৌদা; নিবেদিল—হঙ্গৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরামানন্দ রায়না খা-ভারতলোম্দগী লাক্খিবা মতমদা মহাক প্রভুগা লোয়নননা লৈরুগে হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি।

মূল ৩৮

তবে রাজা সন্তোষে তাহাকে আজ্ঞা দিলা।
আপন মিলন লাগি সাধিতে লাগিলা ॥ ৩৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; রাজা—নিংথৌনা ; সন্তোষে—হরাওনা ; তাহারে—মঙোন্দা ( রামানন্দ রায়দা ) ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিলা—পীখি ; আপন মিলন—( নিংথৌ ) মছামক্তা ( প্রভুগা ) উননবা ; লাগি—দমক ; সাধিতে—হায়জবা ; লাগিলা—হৌখি ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী নিংথৌনা হরাওনা ( রামানন্দদা প্রভুগা লৈমিন্নরুনবা ) য়াথং পীখি । অদুগা নিংথৌ মছামক্তা প্রভুগা উননবা থৌরাংবিউ হায়না রামানন্দদা হায়জরম্মী ।

### মূল ৩৯

মহাপ্রভু মহা কৃপা করেন তোমারে ।
মোরে মিলাইতে অবশ্য সাধিবে তাঁহারে ॥ ৩৯ ॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; মহা—অচৌবা ; কৃপা—থৌজান্ ; করেন—তৌয়ি ; তোমারে—নঙোন্দা ; মোরে—ঐবু ; মিলাইতে—উনহন্নবা ; অবশ্য—লেপ্পমক ; সাধিবে—হায়বিয়ু ; তাঁহারে—মঙোন্দা ( প্রভুদা ) ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( নিংথৌনা হায়রম্মী )—"মহাপ্রভুনা নহাকপু ( রামানন্দবু ) য়াম্না চান্বী । ঐবু প্রভুগা উনহন্নবা লেপ্পমক প্রভুদা হায়বিয়ু ।"

### মূল ৪০

একসঙ্গে দুইজন ক্ষেত্রে যবে আইলা ।
রামানন্দ রায় তবে প্রভুরে মিলিলা ॥ ৪০ ॥

### শব্দার্থ

একসঙ্গে—পুল্লপ লোয়ননা ; দুইজন—মী অনীনা ( রাজাগা রামানন্দরায়গা ) ; ক্ষেত্রে—শ্রীক্ষেত্রদা ; যবে—মতমমতুদা ; আইল—লাক্লম্মী ; রামানন্দরায়—রামানন্দ রায়না ; তবে—মতমমতুদা ; প্রভুরে—প্রভুবু ; মিলিলা—উনখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অনীনা (রাজাগা রামানন্দ রায়গা) পুন্নপ লোয়ননা শ্রীক্ষেত্রদা লাক্‌মিন্নখিবা মতমদা রামানন্দ রায়দি প্রভুগা উনখি।

মূল ৪১

প্রভু-পদে প্রেমভক্তি জানাইল রাজার।
প্রসঙ্গ পাইয়া ঐছে কহে বারবার ॥ ৪১ ॥

শব্দার্থ

প্রভু-পদে—প্রভুগী খুয়াদা : প্রেমভক্তি—নুংশিনা নীঙজবা ; জানাইল—খঙহল্লম্মী ; রাজার—নিংথৌগী ; প্রসঙ্গ—রারীরাতাই শাবগী তান ; পাইয়া—ফংবদা ; ঐছে—মতৌ অদুম্না ; কহে—হায় ; বারবার—হন্না হন্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( শ্রীরামানন্দ রায়না প্রভুদা ) রাজা প্রতাপরুদ্রগী প্রেমভক্তি লৈবগী রা খঙহন্‌খি। রারী শাবগী তান্‌জা হেক ফংবগা হন্না হন্না মতৌ অদুম্না হঙ্গংলম্মী।

মূল ৪২

রাজমন্ত্রী রামানন্দ—ব্যবহারে নিপুণ।
রাজার প্রীতি কহি দ্রবায় প্রভুর মন ॥ ৪২ ॥

শব্দার্থ

রাজমন্ত্রী রামানন্দ—নিংথৌগী রা-তানফম ওইবা রামানন্দ রায় ; ব্যবহারে—মীগা লোয়ননা চৎপা শাজত্তা ; নিপুণ—হৈশিংবনী ; রাজার প্রীতি—নিংথৌনা নুংশিজবগী (রা) ; কহি—হায়দুনা ; দ্রবায়—পেৎহল্লী ; মহাপ্রভুর মন—মহাপ্রভুগী পুক্নীঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজমন্ত্রী রামানন্দ রায়দি মী লোয়নবা হৈবনী। নিংথৌনা প্রভুবু নুংশিজবগী রা পণ্‌-পগুনা মহাপ্রভুগী পুক্নীঙ পেৎহন্‌খি।

## মৈনরোল

রামানন্দদি রাজমন্ত্রীনী : মরমতুনা মীওয়েন্দা মওং করম্না চংকনী হায়বতু য়াম্না খঙবা মীনী : মহাক্না প্রভুগী মফমদা নিংথৌগী প্রেমভক্তিগী রাদমক পন্দুনা তাঙ্গা চারক্পদা রারী শাই : নিংথৌদা দর্শন পীবিসী হায়বদি খক হায়রমদে। মরমতুনা নিংথৌগী রা তেক পন্বদা প্রভুগী শাউনবা মরমস্থু লৈরমদে। রামানন্দগী চীন্দা মতৌ অসুম্না হনজন্ হনজন্ নিংথৌগী প্রীতি অমস্তুং ভক্তিগী রা তাবদা নিংথৌগী মরীদা প্রভুগী পুক্নীংহু পেংখি।

মূল ৪৩

উৎকণ্ঠাতে প্রতাপরুদ্র নারে রহিবারে।

রামানন্দে সাধিলেন প্রভু মিলিবারে॥ ৪৩॥

শব্দার্থ

উৎকণ্ঠাতে—( প্রভুগী চরণ উনীঙবগী ) খোৱাংবনা ; প্রতাপরুদ্র—প্রতাপরুদ্রদে। ; নারে—ঙম্মদে ; রহিবারে খঙবা ; রামানন্দে—রামানন্দদা ; সাধিলেন—হায়জরম্মী ; প্রভু মিলিবারে—প্রভুগা উননবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী চরণ উনীঙবগী খোৱাংবনা প্রতাপরুদ্র লিংলবদে খঙবা ঙম্মদে। অতুনা মহাক্না রামানন্দদা প্রভুগী দর্শন ফংহল্লু হায়না তকরম্মী।

মূল ৪৪

রামানন্দ প্রভু-পদে কৈল নিবেদন—।

একবার প্রতাপরুদ্রে দেখাহ চরণ॥ ৪৪॥

শব্দার্থ

রামানন্দ—রামানন্দনা ; প্রভু-পদে—প্রভুগী খুয়াথংদা ; কৈল—তৌখি ; নিবেদন—হঙংপা ; একবার—অমুক্তদি ; প্রতাপরুদ্রে—প্রতাপরুদ্রদা ; দেখাহ—উহল্লু ; চরণ—খোঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দনা প্রভুগী চরণ-খাদা হঙ্গৎখি—প্রভু, অমুক্তদি রাজা প্রতাপ-রুদ্রদা চরণ-দর্শন তৌহনবিয়ু।

মূল ৪৫

প্রভু কহে—রামানন্দ! কহ বিচারিয়া।

রাজারে মিলিতে জুয়ায় সন্ন্যাসী হইয়া ॥ ৪৫ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়রম্মী; রামানন্দ—হে রামানন্দ; কহ—হায়য়ু; বিচারিয়া—বিচার (রায়েল) তৌদুনা; রাজারে—নিংথৌবু; মিলিতে—উনবা; জুয়ায়—নাতৈ চাবরা; সন্ন্যাসী হইয়া—সন্ন্যাসী ওইরগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—হে রামানন্দ, বিচার তৌরগা হায়য়ু; সন্ন্যাসী ওইবগা নিংথৌগা উনবা হায়বসিবু নাতৈ চাবরা?

মূল ৪৬

রাজার মিলনে ভিক্ষুর দুইলোক নাশ।

পরলোক রহু লোকে করে উপহাস ॥ ৪৬ ॥

শব্দার্থ

রাজার মিলনে—রাজাগা উনবদা; ভিক্ষুগী—সন্ন্যাসীগী; দুইলোক—লোক অনী (ইহলোক অমসুং পরলোক); নাশ—মাঙবা (ওই); পরলোক রহু—হয়েংমপোক্কী রাদি থমখো; লোকে—মীশিংন্না; করে উপহাস—নোক্কৈ (নোক্নগনী)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মথা তারম্মী—নিংথৌ উনবদি সন্ন্যাসীগী ইহলোক অমসুং পরলোক অনীমক মাঙঙী। পরলোকগী রাদি থগু থমখো, মীশ্নাইনবু নোক্নগনী।

মূল ৪৭

রামানন্দ কহে তুমি ঈশ্বর স্বতন্ত্র।
কারে তোমার ভয়, তুমি নহ পরতন্ত্র ॥ ৪৭ ॥

শব্দার্থ

রামানন্দ কহে—রামানন্দনা হায় ; তুমি—নঙদি ; ঈশ্বর—ঈশ্বরনী ; স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; কারে—কনাবু ; তোমার ভয়—নঙনা কিবা ; তুমি—নঙদি ; নহ—নত্তে ; পরতন্ত্র—মীখাপোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দনা হায়রম্মী—প্রভু, নঙদি ননীঙ তম্বা ঈশ্বরনী। কনাবু নঙনা কিগদৌবা ? নঙদি মীখাপোন্‌বা নত্তে।

মূল ৪৮

প্রভু কহে—আমি মনুষ্য, আশ্রমে সন্ন্যাসী।
কায়মনোবাক্যে ব্যবহারে ভয় বাসি ॥ ৪৮ ॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; আমি ঐদি ; মনুষ্য—মীওইবনী ; আশ্রমে সন্ন্যাসী—আশ্রমদস্তু সন্ন্যাসীনী ; কায়—হকচাঙ ; মনঃ—পুক্নীঙ ; বাক্যে—ৱাহৈনা ; ব্যবহারে—শাজত্তা ; ভয়—অকীবা ; বাসি—খল্লী ; ( ভয় বাসি—কিজৈ )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ঐ মীওইবনীনে, আশ্রমগী হায়রগদু ঐ সন্ন্যাসী অমনী। পুক্নীঙ-হকচাঙ অমদি ৱাহৈ য়াওনা তৌবা শাজত্তা অকীবা পোক্লি।

মূল ৪৯

সন্ন্যাসীর অল্প ছিদ্র সর্ব্বলোকে গায়।
শুক্লবস্ত্রে মসীবিন্দু যৈছে না লুকায় ॥ ৪৯ ॥

### শব্দার্থ

সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসীগী : অল্প য়ামদবা ; ছিদ্র—অহোবা, অরাল্-অছুই ; সর্ব্বলোকে—মী পুম্নমক্না ; গায়—শৈশকয়ি ; শুক্ল—অঙৌবা ; বস্ত্রে—ফিদা ; মসী—মূক ; বিন্দু—মরীক ; যৈছে—অছুগুম্না ; না লুকায়—লোৎপা য়াদে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )—সন্ন্যাসীগী মরাল মচেৎমতংদবু মী পুম্নমক চঙছুনা শক্শোন্দুনা ঙাঙনৈ। মছুদি ফি অঙৌবদা মূক মরীক অমতং চুবদা লোৎপা য়াদবগুম্বনী ।

মূল ৫০

রায় কহে—কত পাপীর করিয়াছ অব্যাহতি ।

ঈশ্বর-সেবক তোমার ভক্ত গজপতি ॥ ৫০ ॥

শব্দার্থ

রায়—রামানন্দ রায়না ; কহে—হায : কত—কয়া ; পাপীর—পাপীবু ; করিয়াছ—নঙনা তৌবিরে ; অব্যাহতি—লান্থীবা ; ঈশ্বর-সেবক—ঈশ্বর শ্রীজগন্নাথগী সেবক-নী ; তোমার—নঙগী ; ভক্ত—ভক্তনী ; গজপতি—রাজা প্রতাপরুদ্র ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দ রায়না হায়রম্মী—প্রভু নঙনা পাপী কয়াবু উদ্ধার তৌবিরে। গজপতি প্রতাপরুদ্রদি ঈশ্বর শ্রীজগন্নাথগী সেবক-নী অছুগা নঙগী ভক্তনী ।

নৈনরোল

রাজা প্রতাপরুদ্রদি পাপী নত্তে। মহাভক্তি শ্রীজগন্নাথগী মনাইনী অছুগা প্রভুগীসু ভক্তনী। পাপী কয়া লান্থীবা প্রভুনা পাপী-নত্তবা ভক্ত প্রতাপ-রুদ্রবু কৃপা তৌবদি প্রভুগী তৌফম থোক্পনী ।

মূল ৫১

প্রভু কহে—পূর্ণ যৈছে দুগ্ধের কলস ।

সুরাবিন্দুপাতে কেহো না করে পরশ ॥ ৫১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; পূর্ণ—থল্লবা ; যৈছে—অদুগুম্না ; দুগ্ধের —শঙ্গোমগী ; কলস—পুন্ ; সুরাবিন্দু—যু মরীক ; পাতে—তাবদা ; কেহো—কনামতনা ; না করে—তৌদে ; পরশ—শোক্‌পা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শঙ্গোম চফু অথন্‌বদুদা যু-ঈরীক অমতং তাবগীদমক কনামতনা শঙ্গোমদু শোকনীঙদবগুম্বনী ।

### নৈনরোল

শঙ্গোম হায়বসিদি য়াম্না পবিত্র ওইবা পোৎনী । শঙ্গোম্না থল্লবা পুন্‌গী মনুঙদা য়ু-ঈরীক অমতং তাখিরদা পুন্ অদু পবিত্র ওইদ্রে ( শেংদ্রে ), মতমদুদা পুন্দুবু কনামতনা শোক্‌পীদ্রে । রাজা প্রতাপরুদ্রসে গুণ খিবিক্না তিল্লবনী, পরম ভাগবত-নী, অদুবু নিংথৌনী । অদুনা মাবু দর্শন তৌবদি সন্ন্যাসীনা তৌফম থোক্তে ।

### মূল ৫২

যদ্যপি প্রতাপরুদ্র সর্ব্বগুণবান্ ।

তাহারে মলিন কৈল এক রাজা নাম ॥ ৫২ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—অদুম ওইনমক ; প্রতাপরুদ্র—প্রতাপরুদ্রদো ; সর্ব্বগুণবান্ —গুণপুম্নমক্না তিল্লবনী ; তাহারে—মহাকপু ; মলিন—মেৎপা ; কৈল —ওইহল্লে ; এক—অমা ; রাজা—নিংথৌ ; নাম—মিংনা ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—প্রতাপরুদ্রসী গুণ খিবিক্না তিনবা মীনী । অদু ওইরবসু মহাকপু রাজা হায়বা মিং অসিমতনা মোৎহল্লে ।

### নৈনরোল

পরম ভাগবত ওইরবসু প্রতাপরুদ্রসে নিংথৌ হায়বা মিংথোল অসিখক্তনা মহাক দোষচেনবা ওইরে হায়বসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মদুদি—রাজা প্রতাপরুদ্রসী পরম ভাগবত-নী ; মরমদুনা মহাকপু উনবদা প্রভুগীদমক্তি

স্বরূপকী য়েংলগা করিস্তু কায়দে; প্রতাপরুদ্র পরম ভাগবত-নী হায়দুনা প্রভুনা সন্ন্যাসী ওইনমক মহাকপু দর্শন তৌবনী হায়বত্তু কনা কনাগুম্বা সন্ন্যাসীনা মহু খঙদবা য়াই; খঙদবা মরম্না প্রভুগী আচরণত্তু ফিদমফম্নী খল্লুনা সংসারবিষয়দা লুপ্পা নিংথৌ কনামগন্সু উনরুবা য়াই অদুগা সন্ন্যাস-ধর্ম্মবু কালি তৈহনবা য়াই। অস্নুম্না চিংনবদগী প্রভুনা নিংথৌগা লোয়ননা উনবগী মতাঙদা নীঙজিং-মাঙজিংনরম্মী।

ভক্তভাব-লৌবা প্রভুগী হৌনশা দৈন্যভাবকী মায়কৈ য়েংলুবগদি ৫১-৫২ পয়ারগী তাৎপর্য্যসী অস্নুম্নস্তু ওইবা য়াই, মহুদি—"রাজা প্রতাপরুদ্রসী পরম ভাগবত-নী হায়বসী অওইবনী; অদুবু মহাক্তি চাংদম্নভাই-লৈতবা লনগী মপুনী. অদুগা ঐসিনা চাক্লিবা সন্ন্যাসী অমনী: মহাক্না ঐবু য়াম্না নুংশি। অসিগুম্বা ফীভম মত্তাসিদা ঐনা মাবু উনরবদি মহাক্না ঐবু নুংশি হায়দুনা ঐগী লোভ ( নিহৌচাওবা ) পোক্লবদি অদুগী লোভ-না চিংথুদুনা ঐনা মঙোন্দা খরদং নিকবা থোক্লবদি ঐগী ইহকালগা পরকালগা অনীমক মাঙগনী; মরমদুনা নিংথৌগা উনবা হায়বসে হৌনদে হায়না খল্লী।"

মূল ৫৩-৫৪

তথাপি তোমার যদি মহাগ্রহ হয়।
তবে আনি মিলাহ মোরে তাহার তনয়॥ ৫৩॥
'আত্মা বৈ জায়তে পুত্রঃ' এই শাস্ত্রবাণী।
পুত্রের মিলনে যেন মিলিলা আপনি॥ ৫৪॥

শব্দার্থ

তথাপি—অদুম ওইনমক; তোমার—নহাক্কী; যদি—বদি; মহা-আগ্রহ—য়াম্না খৌরাংবা: হয়—ওই; তবে অদু ওইরবদি; আনি—পুরকুনা; মিলাহ—উংহল্ল; মোরে—ঐবু; তাহার—মহাক্কী; তনয়—মচানুপা; আত্মা— জীবাত্মানা; বৈ—লেপ্পমক; জায়তে—পোকয়ি; পুত্রঃ—মচা ওইনা; এই—মসী; শাস্ত্রবাণী—শাস্ত্রগী ৱানী; পুত্রের মিলনে—মচাবু উনবদা; যেন—গুম্না; মিলিলা—উনরে; আপনি—মহামক্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( মহাপ্রভুনা মখা তাথরম্মী )—অতুম ওইনমক (নিংথৌগা উননীঙদে হায়ন-হায়নমক) নঙনা য়াম্না কন্না উনহন্নীঙলবদি মচান্নুপাহু পুরক্কুনা ঐগা উনহল্লু। জীব মছামক্না মচান্নুপা ওইনা পোকয়ি হায়বা শাস্ত্র-বচন লৈ। মচান্নুপানা উনরগদি মহাক মছামক্না উনরবগুম্নে।

মূল ৫৫

তবে রায় যাই সব রাজাকে কহিলা।

প্রভুর আজ্ঞায় তার পুত্র লইয়া আইলা ॥ ৫৫ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; রায়—রামানন্দ রায়না ; যাই—চৎতুনা ; সব—(রা) লোইনমক ; রাজাকে—নিংথৌদা ; কহিলা—হায়রম্মী ; প্রভুর আজ্ঞায় —প্রভুগী য়াথংনা ; তার—মহাক্কী ; পুত্র—মচানুপাবু ; লইয়া—পুদুনা ; আইলা—লাকখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী রামানন্দ রায়না চৎলগা রা পুম্না নিংথৌদা হঙ্গৎখি। প্রভুগী য়াথং মতুং ইন্না রামানন্দনা নিংথৌগী মচানুপাহু পুরত্তুনা লাকখি।

মূল ৫৬

সুন্দর রাজার পুত্র—শ্যামল-বরণ।

কৈশোর বয়স—দীর্ঘ চপল নয়ন ॥ ৫৬ ॥

শব্দার্থ

সুন্দর—শকফজবনী ; রাজার পুত্র—নিংথৌগী মচাবুংঙো ; শ্যামল-বরণ—মুরৈনবা-কুচুনী ; কৈশোর—কিশোর ওইবগী ; বয়স—চহীমতাঙ ; দীর্ঘ—শাংবা ; চপল—তথক্কবা ; নয়ন—মীত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রাজাপ্রতাপরুদ্রগী মজাবুংঙোহু শক ফজবনী, কুচুনা মুরৈনৈ ; চহী মতাঙনা কৈশোরগী মতাঙনী ; (নাকোঙ-তম্না) শাংবা তথক্কব মীত্তা-পানবনী।

মূল ৫৭

পীতাম্বর ধরে অঙ্গে রত্ন-আভরণ।
কৃষ্ণস্মরণের তেঁহো হৈলা উদ্দীপন ॥ ৫৭ ॥

শব্দার্থ

পীতাম্বর—সনাফিগে ; ধরে—শেৎলী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; রত্ন-আভরণ—রত্নগী লৈতেং ; কৃষ্ণস্মরণের কৃষ্ণবু নীঙশীঙবগী ; তেঁহো—মহাক ; হৈলা—ওইখি ; উদ্দীপন—নীঙশীঙহনবা পোত্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রতাপরুদ্রগী নিংথৌগী মজাবুংঙোন্তু সনাফিগে থোল্লী, হকচাঙ কায়াৎশিংদা রত্নগী লৈতেংনা লৈতেংঙী। মহাক কৃষ্ণবু নীঙশীঙনবগী উদ্দীপন নী (নীঙশীঙহন্নবা পোত্তা অমনী)।

নৈনরোল

উদ্দীপন—করিগুম্বা পোৎ অমবু নীঙশীঙহনবা পোৎতাবু উদ্দীপন কৌয়ি। নিংথৌগী মজাবুংঙোগী চহীমতাঙ, ফিজেৎ-লাকশেৎ-কুচুনচিংবা উবদা শ্রীকৃষ্ণগীগা মান্নবদোনা উবদগী শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙজী। অদুনা নিংথৌ মচাদু শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙনবগী উদ্দীপন নী হায়রিবনী।

মূল ৫৮

তারে দেখি মহাপ্রভুর কৃষ্ণস্মৃতি হৈলা।
প্রেমাবেশে তারে মিলি কহিতে লাগিলা ॥ ৫৮ ॥

শব্দার্থ

তারে—মহাকপু (নিংথৌগী মচানুপাবু) ; দেখি—উরগা ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; কৃষ্ণস্মৃতি—কৃষ্ণবু নীঙশীঙবা ; হৈলা—ওইখি ; প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙখিবনা ; তারে—মহাকপু (অঙাঙদুবু) ; মিলি—উরদুনা ; কহিতে—রা হায়বা ; লাগিলা—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নিংথৌগী মচাবুংঙোদুবু উবদা মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙখি। প্রভুনা কৃষ্ণপ্রেম-দা চঙদুনা মহাকপু উরগা রা ঙাঙবা হৌরম্মী।

মূল ৫৯

এই মহাভাগবত,—যাহার দর্শনে।

ব্রজেন্দ্রনন্দন-স্মৃতি হয় সর্ব্বজনে ॥ ৫৯ ॥

শব্দার্থ

এই—মসী ; মহাভাগবত—মহাভক্তনী ; যাহার—মাবু ; দর্শনে—উবদা ; ব্রজেন্দ্রনন্দন-স্মৃতি—ব্রজনিংথৌমপারিবু নীঙশীঙবা ; হয়—ওই ; সর্ব্বজনে—মীপুম্বদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা হায়রম্মী )—"মহাক্না মহাভক্তনী। মাবু উবদা ব্রজনিংথৌমপারি শ্রীকৃষ্ণবু নীঙশীঙবা মী-পুম্নমক্না পোকহল্লী।

মূল ৬০

কৃতার্থ হইলাম আমি ইহার দর্শনে।

এত বলি পুন তারে কৈল আলিঙ্গনে ॥ ৬০ ॥

শব্দার্থ

কৃতার্থ—তৌজমল-ফংবা (মহৈ য়ানবা) ; হইলাম—ওইরে ; আমি—ঐহাক ; ইহার—মহাক্কী ; দর্শনে—উবদা ; ( ইহার দর্শনে—মহাকপু উবদা ) ; এত—অসিথক ; বলি—হায়রগা ; পুন—অমুক হন্না ; তারে—মাবু ; (নিংথৌগী মচানুপাবু) ; কৈল—তৌখি ; আলিঙ্গনে—কোন্শনবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা হায়রম্মী)—"মহাকসিবু উবদা ঐ মহৈয়ানবা ওইরে।" হায়রগা প্রভুনা অমুক মহাকপু কোল্লম্মী।

মূল ৬১

প্রভুস্পর্শে রাজপুত্রের হৈল প্রেমাবেশ।

স্বেদ কম্প অশ্রু স্তম্ভ যতেক বিশেষ ॥ ৬১ ॥

### শব্দার্থ

প্রভুস্পর্শে—প্রভুনা শোকৃপদা ; রাজপুত্রের—নিংথৌগী মচানুপাছুগী ; হৈল প্রেমাবেশ—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশ ওইখি ; স্বেদ—হুমাং ; কম্প—নীকৃপা ; অশ্রু—পিরাং ; স্তম্ভ—পঙথবা ; যতেক—কয়া ; বিশেষ—থোইদোকপা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা কোন্দুনা শোকৃপত্তুদা নিংথৌগী মচানুপাগী কৃষ্ণপ্রেমদা আবেশ ওইখি । সাত্ত্বিকভাবকী হুমাং, নীকৃপা, পিরাংবা, স্তম্ভবনচিংবা বিকার থোরকৃখি ।

### লৈনরোল

মহাপ্রভুনা কোন্র্বাবা শাত্তুনা রাজপুত্রগী থম্মোইনুংদা কৃষ্ণপ্রেম পোক্-হন্খি । হেক কোন্র্বাবগা রাজপুত্রদা সাত্ত্বিকভাব নীপাল অতু থোরকৃখি ।

মূল ৬২

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহে, নাচে করয়ে রোদন ।
তার ভাগ্য দেখি শ্লাঘা করে ভক্তগণ ॥ ৬২ ॥

শব্দার্থ

কৃষ্ণ কৃষ্ণ—কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কহে—শোল্লী ; নাচে—জগোই শাই ; করয়ে—তৌরি ; রোদন—কপ্পা ; তার—মাগী ; ভাগ্য—লাইবক ; দেখি—উরগা ; শ্লাঘা—থাগৎপা ; করে—তৌরি ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( রাজাপ্রতাপরুদ্রগী মচানু মাবু মহাপ্রভুনা কোন্বিবত্তুদা ) কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লী, জগোই শাই অমুগা কপ্পী । মরাইবক অতু উবদা ভক্তশিংনা থাগৎনখি ।

### মূল ৬৩

তবে মহাপ্রভু তারে ধৈর্য্য করাইল ।
'নিত্য আসি আমায় মিলিহ' এই আজ্ঞা দিল ॥ ৬৩ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তারে—মাবু ( নিংথৌগী মচাম্নবু ) ; ধৈর্য্য—তপ্‌থবা ; করাইল—তৌহন্‌খি ; নিত্য—নিতিগী ; আসি—লাক্কুনা ; আমায়—ঐবু ; মিলিহ—উনরো ; এই—অসী ; আজ্ঞা —য়াথং ; দিল—পীরম্মী ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা মহাকপু তপ্‌থহন্‌খি । নিতিগী লাক্কুনা ঐগা উনসী হায়না প্রভুনা য়াথং তাউথখি ।

### মূল ৬৪

বিদায় লঞা রায় আইলা রাজপুত্র লঞা ।
রাজা সুখ পাইল পুত্রের চেষ্টা দেখিয়া ॥ ৬৪ ॥

### শব্দার্থ

বিদায় লঞা—বিদায় লৌরগা ; রায—রামানন্দ রায়না ; আইলা —লাক্‌খি ; রাজপুত্র লঞা—নিংথৌগী মচাবুংঙোবু পুম্নুনা ; রাজা— নিংথৌনা ; সুখ—নুংঙাইবা ; পাইল—ফংখি ; পুত্রের—মচানুপাগী ; চেষ্টা—মতৌ ; দেখিয়া—উরগা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

রামানন্দ রায়না প্রভুদগী বিদায় লৌরগা রাজপুত্রবু পুম্নুনা হল্লক্‌খি। মচাবুংঙোগী মতৌ উবদা নিংথৌ নুংঙাইখি ।

### মূল ৬৫

পুত্রে আলিঙ্গন করি প্রেমাবিষ্ট হৈলা ।
সাক্ষাৎ পরশ যেন মহাপ্রভুর পাইলা ॥ ৬৫ ॥

### শব্দার্থ

পুত্রে—মচাবুংঙোবু ; আলিঙ্গন—কোন্‌বা ; করি—তৌদুনা ; প্রেমা-বিষ্ট—কৃষ্ণপ্রেমদা চঙবা ; হৈলা—ওইখি ; সাক্ষাৎ—চংচংবা ; পরশ— শোকপা ; যেন—গুম্না ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; পাইলা—ফংখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মচাবুংঙোবু কোনবদা নিংথৌগী প্রেমাবেশ ওইখি। চংচংনা মহাপ্রভু-মক্কা শেংকৃপগুম্না তৌখি।

## ৈনৈনরোল

কৃষ্ণপ্রেমনা মূর্ত্তি ওইবা শ্রীমনমহাপ্রভুদা নিংথৌগী মচাবুংঙোবু কোন্‌বিরগা মঙোন্দা প্রেম হাপ্‌চল্লম্মী—নিংথৌ অমসুং মচাবুংঙো মখোয় অনীমক্কী ওইননবা। মচাবুংঙোনা থোঙ ওইরগা প্রভুনা নিংথৌগীদমক কৃষ্ণপ্রেম থারক্লম্বনী। প্রেমদা লুপ্লবা হকচাঙনা মাগী ওইরবা অদুগুম্বা নিংথৌমচাবু নিংথৌনা কোল্লুবদা প্রেম অদু নিংথৌদসু চঙলকখি; খুদক্তা নিংথৌনা থন্‌খি—মচাবুংঙোনা শেংকৃপদু মহাপ্রভুনা শোকৃপগুম্‌খি।

মূল ৬৬

সেই হৈতে ভাগ্যবান্ রাজার নন্দন।

প্রভুর ভক্তগণমধ্যে হৈলা একজন॥ ৬৬॥

### শব্দার্থ

সেই হৈতে—মতুদগী হৌনা; ভাগ্যবান্—লাইবক-ফবা ওইখি; রাজার নন্দন—নিংথৌগী মচাবুংঙো; প্রভুর—প্রভুগী; ভক্তগণমধ্যে—ভক্তশিংগী মরক্তা; হৈলা—ওইখি; একজন—মী অমা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতুদগী হৌনা নিংথৌগী মচানুপাদু লাইবক-ফবা ওইখি। প্রভুগী ভক্তশিংগী মরক্তা মী অমা ওইনা চন্‌খি।

মূল ৬৭

এই মত মহাপ্রভু ভক্তগণ সঙ্গে।

নিরন্তর ক্রীড়া করে সঙ্কীর্ত্তন-রঙ্গে॥ ৬৭॥

### শব্দার্থ

এই মত—মতৌসুম্না; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; ভক্তগণ সঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়নননা; নিরন্তর—তত্তনা; ক্রীড়া—শান্নবা; করে—তৌয়ি; সঙ্কীর্ত্তন-রঙ্গে—সঙ্কীর্ত্তনগী ইরাঙদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূন্না মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা তত্তুনা সঙ্কীর্ত্তনগী নুংঙাইবদা শান্নে।

## মুল ৬৮

আচার্য্যাদি ভক্তগণ করে নিমন্ত্রণ।
তাহাঁ-তাহাঁ ভিক্ষা করে লঞা ভক্তগণ ॥ ৬৮ ॥

### শব্দার্থ

আচার্য্যাদি—শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যনচিংবা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; করে—তৌয়ি ; নিমন্ত্রণ—বার্ত্তোন ; তাহঁা তাহঁা—মফম মফমদুদা ( হায়বদি প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরম্বা মফম মফমদুদা ) ; ভিক্ষা করে প্রসাদী ফংঙী ; লঞা—পুদুনা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্যনচিংবা ভক্তশিংনা প্রভুবু বার্ত্তোন তৌরম্মী। প্রভুনা বার্ত্তোন-তৌরকপশিংগী ময়ুম ময়ুম অদুদা ভক্তশিংবু পুবগা ভিক্ষা ফংঙী ( প্রসাদী থুল্লী )।

## মূল ৬৯

এইমত নানা রঙ্গে দিন কথো গেল।
শ্রীজগন্নাথের রথযাত্রার দিবস আইল ॥ ৬৯ ॥

### শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসূন্না ; নানা রঙ্গে—মখলমখাগী নুংঙাইবদা ; দিন নুমীৎ ; কথো—কয়া ; গেল—চৎখি ; শ্রীজগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথদেবগী ; রথযাত্রার—কাংচিংবগী ; দিবস—নুমীৎ ; আইল—লাক্লে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূন্না মখলমখাগী নুংঙাইবদা নুমীৎ কয়াম্না চৌখি। অদুদগী শ্রীজগন্নাথদেবগী কাং-চিংবগী নুমীৎ ওইরকখি।

মূল ৭০

প্রথমেই প্রভু কাশীমিশ্রেরে আনিয়া।
পড়িছা পাত্র সার্ব্বভৌম আনিল ডাকিয়া ॥ ৭০ ॥

শব্দার্থ

প্রথমেই—অহানবদা ; প্রভু—প্রভুনা ; কাশীমিশ্রেরে—কাশীমিশ্রবু ; আনিয়া—পুরক্লগা ; পড়িছাপাত্র—পড়িছাপাত্র ; সার্ব্বভৌম—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; আনিল—পুরকখি ; ডাকিয়া—কৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহানবদা প্রভুনা কাশীমিশ্রবু পুরক্লগা পরিছাপাত্রগা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা অনীবু কৌরগা পুরকখি।

মূল ৭১

তিনজনার পাশে প্রভু হাসিয়া কহিল।
গুণ্ডিচামন্দির-মার্জ্জন-সেবা মাগি নিল ॥ ৭১ ॥

শব্দার্থ

তিনজনার—মখোয় অহুমগী ; পাশে—মফমদা ; প্রভু—প্রভুনা ; হাসিয়া—নোকতুনা ; কহিল—হায়খি ; গুণ্ডিচামন্দির-মার্জ্জন-সেবা—গুণ্ডিচামন্দির শেংদোকপা বৌনা সেবা ; মাগি—নিরগা ; নিল—লৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মখোয় অহুমগী মফমদা প্রভুনা নোক্লগা হায়রম্মী। গুণ্ডিচামন্দির রাইতৈখে, হুনা শেংদোকপগী সেবাতু প্রভুনা নিখি।

মূল ৭২

পড়িছা কহে আমি সব সেবক তোমার।
যেই তোমার ইচ্ছা সেই কর্ত্তব্য আমার ॥ ৭২ ॥

শব্দার্থ

পড়িছা কহে—পড়িছানা হায় ; আমি সব—ঐখোয় পুম্না ; সেবক—

নাইনী ; তোমার—নঙগী ; যেই—মহু ; তোমার—নঙগী ; ইচ্ছা—অনীঙবা ; সেই—মহু ; কর্ত্তব্য—তৌফম থোকপনী ; আমার—ঐগী (ঐনা)।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পড়িছানা হায়রম্মী—ঐখোয় লোইনমক ননাই ঙাক্লী। নঙগী অনীঙবহুমক ঐনা তৌফমথোকপনী।

মূল ৭৩

বিশেষ রাজার আজ্ঞা হয়েছে আমারে।
যেই প্রভুর ইচ্ছা সেই শীঘ্র করিবারে ॥ ৭৩ ॥

শব্দার্থ

বিশেষ—থোইদোক্না ; রাজার—নিংথৌগী ; আজ্ঞা—য়াথং ; হয়েছে ওইরে ( তাউথরে ) ; আমারে—ঐঙোন্দা ; যেই—মহু ; প্রভুর ইচ্ছা—প্রভুগী অনীঙবা ; সেই—অহুমক ; শীঘ্র—থুনা ; করিবারে—তৌননবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

থোইদোক্না নিংথৌনা ঐঙোন্দা য়াথং তাউথরে—প্রভুগী অনীঙ-অনীঙবহু থুনমক পাঙথোক্দবনী হায়দুনা।

মূল ৭৪

তোমার যোগ্য সেবা নহে মন্দির-মার্জ্জন।
এহো এক লীলা করয়ে তোমার মন ॥ ৭৪ ॥

শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; যোগ্য—যুৎচাবা ; সেবা নহে—সেবা নত্তে ; মন্দির-মার্জ্জন—মন্দিরগী রাইশীৎ-রাইতৈবা ; এহো—মসীসু ( মার্জ্জন তৌবসীসু ) ; এক লীলা—লীলা অমা ; করয়ে—তৌয়ি ; তোমার—নঙগী ; মন—পুক্নীঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দির-শেংবা হায়বা রাইশীৎ-রাইতৈবগী সেবাসী নঙনা তৌবদা যুৎচাবা থবক নত্তে। নঙনা মসী তৌবসে নঙনা নীঙবা লীলা অমনী।

## নৈনরোল

তোমার যোগ্য নহে—রথযাত্রাগী মমীত্তা শ্রীজগন্নাথদেবনা গুণ্ডিচা-মন্দিরদা লেঙণী, পুনর্যাত্রা (কাংলেন) মমীত্তা অমূক হল্লকয়ি। গুণ্ডিচাদা লৈবদি চহী অমগী মনূঙদা মমীং ৭/৮-নী খক্তনী ; মতম অতৈদদি গুণ্ডিচামন্দিরহু হুন্দোক্তুনা থম্মী ; মরমসিনা রথযাত্রাগী মমাঙদা গুণ্ডিচা-মার্জ্জন তৌবা হায়বহুদি চহী অমরোমগী তুঙশনবা অমোৎ-অকায় শেং-দোকপা হায়বহুনী। মসী অরায়বা থবক নত্তে, মসিদা হকচাঙদা উফুল-রাইফুল তৈগনী, ফি-রোল মোংকনী, অহুগী মথক্তা হকচাঙগী অরাবা-চোক্‌থবনচিংবা ওইগনী। সাংসারিক ওইবগী মতাঙদা অচৌ-অশাং (ভদ্রলোক) কনামতনা অসিগুম্বা থবক তৌবা হৌনদে, মসিদি মনাই-মশল ওইবা মীতাগী থবক্নী, মসী য়াম্না তোনবগী থবক্নী। অহুগা মহাপ্রভুদি স্বয়ং ভগবান্নী, শীঙলাকঙমদবা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিগী মপুনী (অধীশ্বর-নী) ; ব্রহ্মা কয়া কয়ানা, রুদ্র কয়া কয়ানা মহাক্কী চরণ সেবা অমুক্তং ফংজরবদি হায়না খোয়রাংজরিবনী—ঙসিদি মহাক অহুনা করি তৌথরি ? গুণ্ডিচা-মন্দিরদা চহী-চুপ্পা তুংশন্নবা উফুল-রাইফুল শেংদোকপগী থোগায়হুবু তৌজগে হায়হুনা মহাক্না নিজরি। মসী মহাক্না তৌবদা যুৎচাবা থবক নত্তে। অহুবু মহাপ্রভুগী ভাব অনীথক লৈরম্মী—অমনা ভগবদ্‌ভাব অহুগা ভক্তভাব। ভক্ত ওইনা মহাক মছামক্না ভজন তৌহুনা জীবশিংদা ভজন তম্বিখি। তশেংবদি মহাক্না তম্বীদ্রগদি কনানা তাক্‌পী-তম্বীগনী ? জীবদা তম্বিগে হায়বগীদমক মহাক্না ভক্তভাব-তা গুণ্ডিচা মার্জ্জন তৌবগী থবক অহু পায়রম্বনী। মন্দির মার্জ্জন তৌদোরিবসী মাগীদমক নত্তে, কনাগুম্বা অচৌ-অশাং অমগী নত্তে, শ্রীজগন্নাথগীদমক্তনী, মরমহুনা থবক্সী ভজন-অঙ্গ অমনী ; মরমদি, মসিদা প্রীতিগী (নুংশিবগী) শক্তা হেল্লী। কনাগুম্বনা কনাগুম্ববু অহুক্কী মতীক হেন্না নুংশিরগা নুংশিবা মীহুগীদমক মহাক্না অহুক্কী মতীক হম্ববা থবক তৌবা ঙম্মী। অঙাঙনা মছাদা অমোৎপা তৈশন্নবা মতমদা মনাইমুপা-মুপী অমতনা চাম্‌থোকপীদে ; অঙাঙগী মমাতনা অমোৎপহু চাম্‌থোকপীরগা মতম্বাক্তা কোল্লী। মমানা তৌরিবা থবক্তো মেথরগী থবক্নী, য়াম্না তোনবা থবক্নী। অহুমক্তদা মমাদি তৌয়ি, তুক্কচদে ঈকায়দে। করিগীনো ? মাক্না মচাদি মছামক্কী মীনি, মচাবু মানা

মুংশিবমক্ অতৈ অমনা মুংশিদে। গুণ্ডিচাসিদা চহী অমগী অমোং-অকায় উকুল রাইফুল তৃণশষ্কুনা পৈতুনা লৈ, মফমসিদা শ্রীজগন্নাথনা করম লৈগনী হায়না খন্কদা মাগী প্রেমিক ভক্তগী থম্মোই কাম্নবনী। মরমতুনা ভক্ততুনা মতুমু য়াম্না শেংদোক্লীওডী। মন্দির-শেংদোকপদা ভক্ততুনা মুংঙাই-জবতুদি অতৈ অমনা ওইদে। মতৌ অসুম্না শ্রীমন্মহাপ্রভুনা গুণ্ডিচা-মার্জ্জন তৌবগী ভার লৌখি। লৌকিক ওইনদি অতোন্বা থবক ওইরগসু থবক্তুনা ভজনগী অঙ্গ ওইরবদি শ্রীভগবান্গী কৃপা ফংননবগী অথোইবা উপায় অমা ওই। রাজা প্রতাপরুদ্রনা রাইশীংপা হায়বা অতোন্বা থবক তৌবতু উবদা প্রভুগী থম্মোই পেৎলম্মী, মতুগী ফল ওইনা প্রভুনা রাজাবু আলিঙ্গন ফাওবা তৌরি। মশক ফাওববু য়েংলোই হায়রগা আলিঙ্গন তৌরি। কদোনবু তৌরোই? প্রতাপরুদ্র কনানো? মতমতুদা মহাক দক্ষিণ-অঞ্চলগী স্বাধীন ( মীথাপোন্দবা ) নিংথৌনী। লৌকিকী য়েংলগদি মাগী মথক-থোংবা অমতা লৈতবনী, ময়াথং থৌ-ওইদবা কনামা লৈতবনী। অতুগুম্বা মানা তৌরিবসে করিনো? মানা জগন্নাথগী মাঙদা রাই শীংলী; হাড়ি-চণ্ডালগী থবক তৌরি। মানা তৌরিবা থবক্তুদগী হেন্না তোন্বা থবক লৈত্রবনী। থবকসী তৌরিবনা কনানো? মঙোন্দগী হেন্না চাউবা অমা লৈত্রবা মহাক্না তৌবনী। মসী উরফাওবদা প্রভুগী কৃপা ফংদ্রেগদি মাবু প্রভু হায়না কনানা হায়গদৌরিবনো?

অথুপ্পা মরোল অমসু লৈবা মাল্লী। গুণ্ডিচা-মার্জ্জন তৌনসী প্রভুনা ভক্তভাব লৌতুনঙাক তৌবা নংলমদবা মাল্লী। ভাব অতুগী মনুংদা ভগবদ্-ভাব য়াওয়ি। মতুদি অসিনী। নুংশিবতু হেন্না লৈত্রগদি অসিগুম্বা অতোন্বা থবক্সী কনাসু তৌনদে হায়না মমাঙদা হায়খ্রে। নুংশিবনা হেন্বগী তৌবা থবক্তা মুংঙাইবগী শরুক্ হেন্না লৈ। ভগবান্দি মঙোন্দা সেবা তৌরকপা মতাঙদা ফংবা মুংঙাইবতুদা থঙবরা, অতুগা মীঙোন্দা সেবা তৌরুরগা ফংবা মুঙাইবতুদি থঙদবরা? মঙোন্দা অতোপ্পদা সেবা তৌরকপবুদি মছানা অতোপ্পা অমগী সেবা তৌবনা হেন্না মুংঙাই হায়বসী প্রভুনা থঙডী। মরমতুনা মহাক্না মুংঙাইবতু ফংনীঙবদগী অতুগুম্বা অতোন্বা সেবাতু নিজতুনা তৌবনী। কৃষ্ণলীলাদসু মহাক্না অসিগুম্বা থবক তৌখি। যুধিষ্ঠিরগী রাজসূয় যজ্ঞদা ব্রাহ্মণ-শিংগী খোঙ-হাম্বগী থবক্তু তৌখি শ্রীকৃষ্ণ

মহাত্মা। শ্রীকৃষ্ণসিমকপু ওইহাক লৈরম্মা রাজসূয় যজ্ঞদা বরুণ তৌবগী থোকখি হায়না খন্নখি। বরুণ তৌবদি থ্বায়দগী হেন্‌বা মীদম্ তৌবগী থোকয়ি। অদু ওইরবোইদি থ্বায়দগী হেন্‌বা মহাত্মা ব্রাহ্মণগী থোক্ত হাক্কগী থবক লৌরেদো। ফরে, মসী শ্রীকৃষ্ণনা জীবশিংগী মফমদা—অচোবা মীনা অহোতনবা থবক তৌবা মরুই হায়রগীদমক উৎলম্বনী। মসী শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানী হায়বদা করিমত্তা চিংনবাই লৈতে। মতাঙসিদদি মানা অতুক য়োনা কৃপা পীনবিরে হায়বা য়ারোইদৌরি। মরমদি ব্রাহ্মণবু সেবা তৌবগী লুংঙাইবতু মথন্তমক ফংঙ্গী; মীঙোন্দা শরুক মচেৎ অমফাওবা থাইদে। অদুগা দয়াবৈবা শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী কৃপাদু উননবা তৌসি। গুণ্ডিচামার্জ্জন তৌবগী লুংঙাইবতু মথন্তমক ফংলমদে—অসূক-য়াম্বা লুংঙাইববু মথন্তনা কয়াম্মুক ভোগ তৌগদৌরিবনো? প্রভুদি দাতা-মকোক্কী, অতুনা মাগী লুংশিরবা পার্ষদ পুম্নমক্কা লুংঙাইবগী শরুক থাইরম্মী। করম্বা মওংদা থাইরম্মী? খজিক্ খরাক্তমক নত্তে—প্রভুনা হায়রম্মী—"কনানা মার্জ্জন কয়াম্না তৌয়ি হায়বদু নাপীশীঙনা উফুল-রাইফুল মানা মানা থোম-জল্লম্বগী চাং মতুং ইন্না খঙগনী।" "কনানা কয়া য়াম্না খূঙ্গৎলী হায়বা খঙনবা লোইনা পৈ পৈদুনা থমগদবনী। মাংনা থোম্বা মীদুদগী পিঠা পানা কোংহনগনী।" অতুক্কী মতীক নোম্বা মীনা তৌবা সেবাগী থবক্তু অতুক্কী মতীক য়াম্‌গনী. তৌরিবা মাগী লুংঙাইবস্তু অতুক্কী মতীক হেন্‌গনী; মরমতুনা পরম দয়াল প্রভুনা মওং অমরোমদা হায়রম্মী—"যে যত পার, এ আনন্দের ভাগ লও, এখানে কৃপণতা নাই।—মা-মানা ঙম্বা মতুং ইন্না আনন্দসিগী শরুক লৌও, মফমসিদা অরাকপা হায়বদু লৈতে।"

গুণ্ডিচামার্জ্জন লীলাগী তেয়া থুপ্পা মরোল অমস্তু লৈ, মদুনী নদীয়া-লীলাগী থোক্লইদাকপা মতৌ। শ্রীগৌরচন্দ্রদি রাধাভাব-তা-চঙবা শ্রীকৃষ্ণনী। গুণ্ডিচা-মার্জ্জন তৌবা মতমদা মহাক্কি রাধাভাব-তা চঙলগা তৌরম্মী। রথযাত্রা তৌরিবনী হায়শঙ্মদুনা শ্রীজগন্নাথদেবনা বৃন্দাবন-লীলাগী রস চুপাক হায়বগীদমক লেঙথোক্‌পনী। শ্রীরাধাগী ভাব লৌরবা প্রভুনা খল্লম্মী—মথরাইনা লুংশিঙ্কবা শ্রীকৃষ্ণদো মতম কুইরবা তুংদা দ্বারকা নত্রগা কুরুক্ষেত্রদগী ব্রজদা লেঙলক্কি। মতম শাংনা লংখৈদনা কৈরুরবা তুংদা

প্রাণবল্লভ শ্রীকৃষ্ণদো লেঙলক্লে হায়বা মনাকোঙনা ভাবদা শ্রীরাধানা ফুঙ্গাইবদি ওম্থৈ নাইদবনী ; ফুঙ্গাইমন্থিহনা প্রাণবল্লভপু তরাম্-তরাম্ ওকদোবগীদমক সখীশিংগা লোয়ননা য়াম্না কুইনা লংশেক্লুরবা নিকুঞ্জ মন্দিরহু মার্জ্জন তৌবা অমদি সাজ তৌবদা শ্রীরাধানা মহামক য়াওশল্লী। ভাব অসিগী আবেশদা প্রভুনা গুণ্ডিচা-মার্জ্জন তৌখি—মবুক্লীঙদা গুণ্ডিচানা নিকুঞ্জমন্দিরনী অদুগা ভক্তখিবিক্লা মহাক্কী সখীশিংনী, অদুগা মহাক্লা শ্রীরাধানী হায়না খন্থি।

## মূল ৭৫

কিন্তু ঘট-সমার্জ্জন বহুত চাহিয়ে।

আজ্ঞা দেহ আজি সব ইহাঁ আনি দিয়ে॥ ৭৫॥

### শব্দার্থ

কিন্তু—অদুবু : ঘট সমার্জ্জন—চফুগা শুম্জিংকা ; বহুত—য়াম্না ; চাহিয়ে—পাম্মী (চঙগনী) ; আজ্ঞা—য়াথং ; দেহ—পীয়ু ; আজি—ঙসী ; সব—লোইনমক ; ইহাঁ—মফমসিদা ; আনি—পুরক্তুনা ; দিয়ে—পীগে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( পড়িছানা মখা তারম্মী )—চফুগা শুমজিংকা য়াম্না চঙগনী। ঙসী লোইনা পুরক্লগা মফমসিদা পীজরনবা য়াথং তাঞথবিরো।

## মূল ৭৬

তবে একশত ঘট শত সম্মার্জ্জনী।

নূতন প্রভুর আগে দিল পড়িছা আনি॥ ৭৬॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; একশত—চামা ; ঘট—চফু ; শত—চামা ; সম্মার্জ্জনী—শুম্জীৎ ; নূতন—অহন্বা ; প্রভুর আগে—প্রভুগী মাঙদা ; দিল—পীরম্মী ; পড়িছা আনি—পড়িছানা পুরক্তুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী চফু চামা অদুগা শুম্জীৎ চামা—অহন্বা ডাক্তা—পড়িছানা প্রভুগী মাঙদা পীরম্মী।

## মূল ৭৭

আর দিন প্রভাতে প্রভু লঞা নিজগণ।
শ্রীহস্তে সভার অঙ্গে লেপিল চন্দন ॥ ৭৭ ॥

### শব্দার্থ

আর দিন—অতৈ নুমিত্তা ; প্রভাতে—অয়ুক ঙন্তোদা ; প্রভু—প্রভুনা ; নিজগণ—পার্ষদশিং ; লঞা—পুহনা ; শ্রীহস্তে—প্রভুগী খুৎমক্কা ; সভার—মী পুম্নমক্কী ; অঙ্গে—হকচাঙদা ; লেপিল—তৈবিরে ; চন্দন—চন্দন।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতৈ নুমীত্তা অয়ুক ঙন্তোদা প্রভুনা মছামক্কী পার্ষদশিংবু পুরগা মছামক্কী শ্রীহস্তহুনা ময়াম পুম্বগী হকচাঙদা চন্দন তৈবিখি।

## মূল ৭৮

শ্রীহস্তে সভারে দিল একেক সম্মার্জ্জনী।
সব গণ লৈয়া প্রভু চলিলা আপনি ॥ ৭৮ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীহস্তে— প্রভুগী খুৎমক্কা ; সভারে—লোইনমক্তা : দিল--পিখি ; একেক অমমম ; মার্জ্জনী শুম্জীৎ ; সব গণ—পার্ষদশিং লোইনমক্পু ; লৈয়া নোয়নন ; প্রভু—প্রভুনা : চলিলা—লেঙলম্মী ; আপনি—মছামক।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা শ্রীহস্তনা ময়াম পুম্বদা শুম্জীৎ অমমম্ পীরম্মী। পার্ষদ লোইনমকপু পুরগা প্রভু মছামক লেঙলম্মী।

## মূল ৭৯

গুণ্ডিচা-মন্দিরে গেলা করিতে মার্জ্জন।
প্রথমে মার্জ্জনী লঞা করিল শোধন ॥ ৭৯ ॥

### শব্দার্থ

গুণ্ডিচা মন্দিরে—গুণ্ডিচা মন্দিরদা ; গেলা—লেংখি ; করিতে—তৌননবা ; মার্জ্জন—শেংদোকপা ; প্রথমে—অহানবদা ; মার্জ্জনী—শুম্‌জীৎ ; লঞা—পায়দুনা ; করিল—তৌখি ; শোধন—শেংদোকপা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ্ডিচা মন্দিরদা শেংদোকনবগীদমক ময়াম পুম্না লেংখি । অহানবদা শুম্‌জীৎ পায়রগা শেংদোক্লম্মী ।

### মূল ৮০

ভিতর মন্দির উপর সব সম্মার্জ্জিল ।
সিংহাসন মাজ্জি চারি ভিত সে শোধিল ॥ ৮০ ॥

### শব্দার্থ

ভিতর মন্দির উপর – মন্দিরগী মনুংগী মথক হায়বদি যুম্‌থক্ অমসুং ফক্লাং ; সব—লোইনমক ; সম্মার্জ্জিল– শীংত্তোক্‌খি ; সিংহাসন মাজ্জি—সিংহাসন তৈথোক্‌-কত্থোক্লগা ; চারি ভিত—মায়কৈ মরিগী দেওয়াল ; সে—অদু ; শোধিল—শেংদোকখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দির মনুংগী মথক-থংবা শক্নক হায়বদি য়ুম্‌থক্ অমসুং দেওয়াল্ল-চিংবদু শুম্‌জীৎনা শীংত্তোক-নাম্থোক্লে । অদুদগী সিংহাসন অদু কত্থোক্‌-নাম্থোক্লে । অদুগা মায়কৈ মরিগী ফক্লাংদু শেংদোক্‌খি ।

### মূল ৮১

ভিতর মন্দির কৈল মার্জ্জন শোধন ।
পাছে তৈছে শোধিলেন শ্রীজগমোহন ॥ ৮১ ॥

### শব্দার্থ

ভিতর মন্দির—মন্দির মনুং ; কৈল—তৌরে ; মার্জ্জন—শীংত্তোকপা ; শোধন—শেংদোকপা ; পাছে—মতুংদা ; তৈছে—মতৌ অদুম্না ; শোধিলেন—শেংদোকখি ; শ্রীজগমোহন—ভিতর মন্দিরগী মপাংথংবা শক্নক ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দির মনুঙ শীংপা-শেংবা লোইরগা তুংদা শ্রীজগমোহনসু মতৌ অসুম্না শেংদোকখি।

মূল ৮২

চারি পাশে শত ভক্ত সম্মার্জ্জনী করে।

আপনি শোধয় প্রভু শিখায়ে সভারে॥ ৮২॥

শব্দার্থ

চারি পাশে—মায়কৈ মরিদা; শত ভক্ত—ভক্ত চামনা; সম্মার্জ্জনী—শুম্জীৎ; করে খুত্তা; (সম্মার্জ্জনী করে—খুত্তা শুম্জীৎ পায়দুনা); আপনি—মহামক্না; শোধয়—শেংদোকয়ি; প্রভু—প্রভুনা; শিখায়ে—তম্বী: সভারে—ময়াম পুম্বদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা ভক্ত চামনা শুম্জীৎ খুত্তা পায়দুনা লেপ্পী। প্রভু মহামক্না শেংদোকয়ি অদুগা ময়াম পুম্বদা শেংদোকপগী মওংদু তাক্লয়ি।

মূল ৮৩

প্রেমোল্লাসে গৃহ শোধে—লয় কৃষ্ণনাম।

ভক্তগণে 'কৃষ্ণ' কহে—করে নিজ কাম॥ ৮৩॥

শব্দার্থ

প্রেমোল্লাসে—কৃষ্ণপ্রেমদগী পোকপা হরাওবগা লোয়ননা; গৃহ—য়ুম: শোধে—শেংদোক্লখি; লয়—লৌয়ি; কৃষ্ণনাম—কৃষ্ণগী মিংলেন; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা: কৃষ্ণ কহে—কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লী; করে—তৌয়ি; নিজ কাম—মহা মহাগী থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণপ্রেমদগী হুংঙাইবা পোক্লদুনা মন্দির শেংদোক্লয়ি অদুগা কৃষ্ণগী নাম শোল্লী। ভক্তশিংনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা মাগী মাগী থবক তৌয়ি।

## মূল ৮৪

ধূলিধূসর তনু দেখিতে শোভন।
কাঁহো কাঁহো অশ্রুজলে করে সম্মার্জ্জন ॥ ৮৪ ॥

### শব্দার্থ

ধূলি—উৎফুল ; ধূসর—উৎমান্‌বা মচু ; তনু—হকচাঙ ; ( ধূলি-ধূসর-তনু—প্রভুগী দেহদু উৎফুল তৈবনা উৎমচুগী মাল্লম্লে ) ; দেখিতে—য়েংবদা ; শোভন—নিংথিজবা (ওইরে) ; কাঁহো কাঁহো—কদায় কদায়দা ; অশ্রুজলে—পিরাংনা ; করে—তৌয়ি ; সম্মার্জ্জন—শেংদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী হকচাঙতু উৎফুল তৈবদগী উৎমচুগী ওইবদুদা য়েংবদা ফজরম্মী। কদায় কদায়দনোদি পিরাং শিন্থ-শিন্থনা শুমজীৎ শীৎপগী থবক তৌখি।

## নৈনরোল

অশ্রুজলে—পিরাংগী ঈশীঙনা। প্রভুনা মন্দির শীৎপদা প্রেমাবেশ ওইবদগী পিরাং শিন্থখি। হায়বদি অশ্রু ( পিরাং ) কৌবা সাত্ত্বিক বিকার ওইখি।

## মূল ৮৫

ভোগমণ্ডপ শোধি শোধিল প্রাঙ্গন।
সকল আবাস ক্রমে করিল শোধন ॥ ৮৫ ॥

### শব্দার্থ

ভোগমণ্ডপ—লাইগী লুক-হৌকম ; শোধি—শেংদোক্লগা ; শোধিল—শেংদোকখি ; প্রাঙ্গন—মন্দিরগী শুমাঙ ; সকল—লোইনমক ; আবাস—মীরৈকম ; ক্রমে—মথঙ মথঙ ; করিল—তৌখি ; শোধন—শেংদোকপা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাল্‌হৌশঙ শেংদোক্লগা মন্দিরগী শুমাঙ শেংদোকখি। অতুদগী মী লৈননবা শঙ ময়ামছু মথঙ মথঙ শেংদোকয়ি।

মূল ৮৬

তৃণ ধূলি ঝিকর সব একত্র করিয়া।

বহির্ব্বাসে করি ফেলায় বাহিরে লইয়া॥ ৮৬॥

শব্দার্থ

তৃণ—নাপী; ধূলি—উৎফুল; ঝিকর—চেগায়; সব—পুম্নমক; একত্র করিয়া—পুল্লপ পৈশিন্দুনা; বহির্ব্বাসে করি—বহির্ব্বাসদা য়োম্লগা। ফেলায়—হুন্দোকয়ি; বাহিরে—মাপান্দা; লইয়া—পুত্থুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাপী, উৎফুল-চেগায়নচিংবত্থু লোইনমক পৈরগা বহির্ব্বাসদা য়োম্থুনা মাপান্দা পুত্থুনা লংথোকয়ি।

মূল ৮৭

এইমত ভক্তগণ করি নিজ বাসে।

তৃণ ধূলি বাহিরে ফেলে পরম হরিষে॥ ৮৭॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা, করি—তৌথুনা, হাপ্তুনা; নিজ—মছাগী; বাসে—ফিদা; তৃণ—নাপী; ধূলি—উৎফুল; বাহিরে—মপাঙ্গা; ফেলে—লংথোকয়ি; পরম—অয়োবী; হরিষে—নুংঙাইনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না ভক্তশিংনা মছা মছাগী ফিদা য়োম্লগা নাপী, উৎফুল থম্থেংনা হরাও হরাও লংথোকয়ি।

মূল ৮৮

প্রভু কহে—কে কত করিয়াছে মার্জ্জন।

তৃণ-ধূলি-পরিমাণে জানিব পরিশ্রম॥ ৮৮॥

শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; কে—কনানা; কত—কয়া; করিয়াছে—তৌরে; মার্জ্জন—শেংদোকপা; তৃণ-ধূলি-পরিমাণে—নাপী উৎফুলগী চাং অত্থনা; জানিব—খঙগনী; পরিশ্রম—শূ-নোম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—শেংদোকপগী থবক কানানা কয়া য়াম্না তৌরে হায়বহু নাপী-উংফূম্না চাঙদম্ শুইরুপা মী মীঙ্কুগী অনোম্বগী চাং ঐনা খঙগনী।

মূল ৮৯

সভার ঝাটিনা বোঝা একত্র করিল।
সভা হৈতে প্রভুর বোঝা অধিক হইল॥ ৮৯॥

শব্দার্থ

সভার—মী লোইনমক্কী ; ঝাটিনা—শীংথোকপা মকুমগী ; বোঝা—পোৎলুম ; একত্র করিল—পুল্লপ পৈরম্মী ; সভা হৈতে—পুম্নমক্কী ; প্রভুর বোঝা—প্রভুগী মপৈনা ; অধিক—হেন্‌বা ; হইল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী লোইনমক্না শীংপা মকুমহু পুল্লপ পৈশল্লে। মখোয় পুম্নমক্কী প্রভুগী মপৈনা য়াম্না হেন্‌খি।

মূল ৯০

এইমত অভ্যন্তর করিল মার্জ্জন।
পুন সভাকারে দিল করিয়া বণ্টন॥ ৯০॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসূম্না ; অভ্যন্তর—(মন্দিরগী) মনুঙ ; করিল মার্জ্জন—শেংদোকয়ি ; পুন—অমূক ; সভাকারে—মী লোইনমক্তা ; দিল—পীরম্মী ; করিয়া—তৌদুনা ; বণ্টন—য়েন্থোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসূম্না মন্দিরগী মনুঙ শেংদোক্লে। অদুদগী অমূক মী লোইনমক্তা থবক মফম য়েন্থোক্লম্মী।

মূল ৯১

সূক্ষ্ম ধূলি তৃণ কাঁকর সব কর দূর।
ভালমতে শোধ সব প্রভুর অন্তঃপুর॥ ৯১॥

শব্দার্থ

সূক্ষ্ম—অকুপ্পা ; ধূলি—উৎফুল ; তৃণ—নাপী : কাঁকর—চেগায় ; সব—লোইনমক ; কর—তৌ ; দূর— অরাপ্পদা পুথোকপা ; ভালমতে—ফজনা ; শোধ—শেংদোক্লো ; সব—পুম্বা ; প্রভুর— শ্রীজগন্নাথদেবগী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—অকুপ্পা উৎফুল, নাপী, চেগায়-নুঙগায় লোইনমক হোন্দোকখ্রো। শ্রীজগন্নাথগী অন্তঃপুর পুম্বা ফজনা শেংদোক্লো।

মূল ৯২

সব বৈষ্ণব লঞা যবে দুইবার শোধিল।

দেখি মহাপ্রভুর মনে সন্তোষ হইল ॥ ৯২ ॥

শব্দার্থ

সব বৈষ্ণব—বৈষ্ণব পুম্বগা ; লঞা—লোয়ননা ; যবে—মতমদুদা ; দুইবার—অনীরক ; শোধিল—শেংদোক্লে ; দেখি—উরগা ; মহাপ্রভুর মনে—মহাপ্রভুগী মপূক্কীডদা ; সন্তোষ—অপেন্বা ; হইল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক্না লোয়ননা অনীরক হন্না শেংদোক্লবা মতমদা প্রভুনা মদু উরগা মপূক্কীডদা পেন্‌খি।

মূল ৯৩

আর শতজন শত ঘটে জল ভরি।

প্রথমেই লঞা আছে কালাপেক্ষা ॥ ৯৩ ॥

শব্দার্থ

আর—অদুগা ; শতজন—মী চামনা ; শত ঘটে—চফু চামাদা ; জল ভরি—ঈশীঙ থম্না শোক্লগা ; প্রথমেই—অহান্‌বদা ; লঞা—পুরক্লুনা ; আছে—লৈ ; কালাপেক্ষা—( মন্দির চাম্বা হৌবগী ) মতম ঙাইবা ; করি—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুগা মী চামনা চফু চামা ঈশীঙ থম্না শোক্লগা অহান্‌বদা মন্দির চাম্বা হৌননবগী মতম ঙাইদুনা লৈখি।

## মূল ৯৪

জল আন বলি যবে মহাপ্রভু কৈল।
তবে শতঘট আনি প্রভু আগে দিল ॥ ৯৪ ॥

### শব্দার্থ

জল—ঈশীঙ; আন—পুরক্লো; বলি—হায়না; যবে—মতমহুদা; মহাপ্রভু কৈল—মহাপ্রভুনা হায়খি; তবে—মতমহুদা; শত ঘট—চফু চামা; আনি—পুশল্লকুনা; প্রভু আগে—প্রভুগী মাঙদা; দিল—পীররে, কৎলরে।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙ পুরক্লো হায়না মহাপ্রভুনা হায়রকপা মতমহুদা চফু চামা পুরকুনা প্রভুগী মাঙদা পীররে।

## মূল ৯৫

প্রথমে করিল প্রভু মন্দির প্রক্ষালন।
ঊর্দ্ধ্ব-অধ-ভিত্তি গৃহমধ্যে সিংহাসন ॥ ৯৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রথমে—অহান্‌বদা; করিল—তৌখি। প্রভু—প্রভুনা; মন্দির প্রক্ষালন—মন্দির চাম্‌থোকপা; ঊর্দ্ধ্ব—অৱাংবা শরক্কী; অধ—মখাথংবা শরক্কী; ভিত্তি—দেৱাল (ফক্লাং); গৃহমধ্যে—য়ুম-মনুংদা; সিংহাসন—তাঙবল।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা প্রভুনা মন্দির চাম্‌থোকখি—দেৱালগী অৱাঙবা শরক্ক, খা-থংবা শরক্ক, অদুদগী ইমুঙ অমনুং সিংহাসন চাম্‌থোকখি।

## মূল ৯৬

খাপরা ভরিয়া জল ঊর্দ্ধ্বে চালাইল।
সেই জলে ঊর্দ্ধ্ব শোধি ভিত প্রক্ষালিল ॥ ৯৬ ॥

## শব্দার্থ

খাপরা—অকায়বা চফুনা ওইবা পাত্র ; ভরিয়া—থল্লা হাপ্লগা ; জল—ঈশীঙ ; উর্দ্ধে—মথক্তা ; চালাইল—চাইখৎখি ; সেই জলে—ঈশীঙ-ছুনা ; উর্দ্ধে—অৱাঙবা শরুক্তু ; শোধি—শেংদোক্লগা ; ভিত—দেৱালছু ; প্রক্ষালিল—চাম্‌থোক্লম্মী।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অকায়বা চফু থল্লা হাপ্লগা ঈশীঙ মথক্তা চাইখৎলী। ঈশীঙছুনা মথক অছু চাম্‌থোক্লগা দেৱাল চাম্‌থোক্লম্মী।

## মূল ৯৭

প্রথমে করিল প্রভু মন্দির প্রক্ষালন।

শ্রীহস্তে করেন সিংহাসনের মার্জ্জন ॥ ৯৭ ॥

## শব্দার্থ

প্রথমে—অহান্‌বদা ; করিল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; মন্দির—লাইশঙ ; প্রক্ষালন—চাম্‌থোকপা ; শ্রীহস্তে—শ্রীহস্তনা ; করেন—তৌয়ি ; সিংহাসনের মার্জ্জন—সিংহাসন তকৃথোক্‌পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহান্‌বদা প্রভুনা মন্দির চামথোক্লে অছুগা শ্রীহস্তনা সিংহাসন তকৃথোকয়ী।

## মূল ৯৮

ভক্তগণ করে গৃহমধ্য প্রক্ষালন।

নিজ নিজ হস্তে করে মন্দির-মার্জ্জন ॥ ৯৮ ॥

## শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; করে—তৌয়ি ; গৃহমধ্য—য়ুম মনুঙ ; প্রক্ষালন—চাম্‌থোকপা ; নিজ নিজ—মছা মছাগী ; হস্তে—খুৎনা ; করে—তৌয়ি ; মন্দির-মার্জ্জন—মন্দির শেংদোক্‌পা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা মন্দির মনুঙ চাম্‌থোকয়ি ; মখুৎ মখুৎনা মন্দির মার্জ্জন তৌখি।

মূল ৯৯

কেহো জল ঘট দেয় মহাপ্রভু করে।

কেহো ছলে জল দেয় চরণ-উপরে ॥ ৯৯ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামনা ; জল-ঘট—ঈশীঙগী চফু : দেয়—পী ; মহাপ্রভুর করে—মহাপ্রভুগী খুত্তা ; কেহো—কনামনা ; ছলে—ছল তৌদুনা : জল দেয়—ঈশীঙ হৈ ; চরণ-উপরে—খোঙথক্তা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা ঈশীঙ-হাপ্পা চফুদু মহাপ্রভুগী খুত্তা পীরে। কনামনা ছল তৌদুনা প্রভুগী খোঙথক্তা ঈশীঙ হৈথৈ।

মূল ১০০

কেহো লুকাইয়া করে সেই জলপান।

কেহো মাগি লয়, কেহো অন্যে করে দান ॥ ১০০ ॥

শব্দার্থ

কেহো—কনামনা ; লুকাইয়া—লোৎলগা : করে—তৌয়ি ; সেই জল—ঈশীঙদু ; পান—থক্পা (ফান্বা) : কেহ—কনামনা : মাগি—নিরগা ; লয়—লৌয়ি ; কেহো—কনামনা ; অন্যে—অতোপ্পদা ; করে—তৌয়ি ; দান—পীবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনামনা লোন্না ( চরণ-দা হৈবা ) ঈশীঙ অদু থক্য়ি, কনামনা নিরগা লৌয়ি, কনামনা অতোপ্পদসু পী।

মূল ১০১

ঘর ধুই প্রণালিকায় জল ছাড়ি দিল।

সেই জলে প্রাঙ্গন সব ভরিয়া রহিল ॥ ১০১ ॥

শব্দার্থ

ঘর—লাইশঙ ; ধুই—চাম্থোক্লগা ; প্রণালিকায়—পালাদা ; জল—ঈশীঙ ; ছাড়ি দিল—থাদোক্লম্মী ; সেই জলে—ঈশীঙছ ; প্রাঙ্গন—শূমাঙ ; সব—পূম্বা ; ভরিয়া—থম্না ; রহিল—লৈখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লাইশঙ চাম্থোক্লগা পালাদা ঈশীঙ থাদোক্লম্মী। ঈশীঙছনা শূমাঙ পূম্বা থনখি।

মূল ১০২

নিজ বস্ত্রে কৈল প্রভু গৃহ সমার্জ্জন।

মহাপ্রভু নিজবস্ত্রে মার্জ্জিলেন সিংহাসন॥ ১০২॥

শব্দার্থ

নিজ—মছামক্কী ; বস্ত্রে—নম্থাঙনা ; কৈল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; গৃহ—লাইশঙ ; সমার্জ্জন—রাইতৈবা ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; নিজবস্ত্রে—মছামক্কী নম্থাঙনা ; মার্জ্জিলেন—তক্থোক্খি ; সিংহাসন—সিংহাসন।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা লাইশঙ রাই তৈখি মছামক্কী নম্থাঙছনা। মহাপ্রভুনা মছামক্কী নম্থাঙছনা সিংহাসন তক্থোক্খি।

মূল ১০৩

শতঘট জলে হৈল মন্দির মার্জ্জন।

মন্দির শোধিয়া কৈল যেন নিজমন॥ ১০৩॥

শব্দার্থ

শতঘট চফুচামগী ; জলে—ঈশীঙনা ; হৈল—ওকখি ; মন্দির মার্জ্জন—মন্দির শেংদোক্পা ; মন্দির শোধিয়া—মন্দির শেংদোক্লগা ; কৈল—তৌখি ; যেন নিজমন—মপুক্কীঙনা পাম্বগুম্না ঈঙবা, শেংবা অমদি তনৌ-তনৌবা ওইহন্দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চফু চামগী ঈশীঙনা মন্দির মার্জ্জন তৌবা ওকখি। মন্দির মার্জ্জন তৌরগা মপুক্কীঙনা পাম্বগুম্না ঈঙবা, নান্বা অমদি তনৌ-তনৌবা ওইহন্খি।

## মূল ১০৪

নির্ম্মল শীতল স্নিগ্ধ করিলা মন্দিরে।
আপন হৃদয় যেন ধরিল বাহিরে ॥ ১০৪ ॥

### শব্দার্থ

নির্ম্মল—মোত্তবা ; শীতল—ঈঙবা ; স্নিগ্ধ - তনৌ-তনৌবা ; করিলা —ওইহল্লে ; মন্দিরে—মন্দিরবু ; আপন—মছামক্কী ; হৃদয়—থম্মোই ; যেন—গুম্না ; ধরিল—পায়রম্মী ; বাহিরে—মাপান্দা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা মন্দিরবু মোত্তবা ( অক্নবা ), অঈঙবা অমদি তনৌ-তনৌবা ওইহন্‌খি। প্রভু মছামক্কী থম্মোইদু মাপান্দা পুথোক্নুনা থনম্বগুম্মী।

## মূল ১০৫

শত শত লোক জল ভরে সরোবরে।
ঘাটে স্থল নাহি কেহো কূপে জল ভরে ॥ ১০৫ ॥

### শব্দার্থ

শত শত—চামা চামা ; লোক—মী ; জল—ঈশীঙ ; ভরে—শোকয়ি ; সরোবরে—পুখ্রিদা ; ঘাটে—ঘাট্টা ; স্থল—মফম ; নাহি—লৈতে ; কেহো —কনানা ; কূপে—কুহাদা ; জল ভরে—ঈশীঙ শোক্‌য়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মী চামা চামনা সরোবরদগী ঈশীঙ শোক্‌য়ী। ঘাট্টা অহাঙবা মফম লৈত্রে ; অদুনা কনামনা কুহাদগী ঈশীঙ শোক্‌য়ী।

## মূল ১০৬

পূর্ণকুম্ভ লঞা আইসে শত ভক্তগণ।
শূন্যঘট লঞা যায় আর শতজন ॥ ১০৬ ॥

### শব্দার্থ

পূর্ণকুম্ভ—অথনবা চফু ; লঞা—পুদুনা ; আইসে—লাকয়ি ; শত—

চামা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; শূন্যঘট—অহাঙবা চফু ; লঞা—পুহুনা ; যায়—চৎলী ; আর—অতৈ ; শতজন—মী চামনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিং চামখক্না ঈশীঙ-থন্‌বা চফু পুশল্লকয়ি, অতুগা অতৈ মী চামন-মুক অহাঙবা চফু পুথোকয়ি ।

মূল ১০৭

নিত্যানন্দাদ্বৈত স্বরূপ ভারতী আর পুরী ।

ইঁহা বিনু আর সব আনে জল ভরি ॥ ১০৭ ॥

শব্দার্থ

নিত্যানন্দাদ্বৈত—শ্রীনিত্যানন্দ অমসুং শ্রীঅদ্বৈত ; স্বরূপ—স্বরূপ দামোদর ; ভারতী—ব্রহ্মানন্দ ভারতী ; আর—অতুগা ; পুরী—পরমানন্দ পুরী ; ইঁহা—মখোয়সী ; বিনু—নত্তনা ; আর—অতৈ ; সব—পুম্বা ; আনে—পুরকয়ি ; জল ভরি—ঈশীঙ শোক্তনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনে, শ্রীঅদ্বৈতনে, শ্রীস্বরূপদামোদরনে, ব্রহ্মানন্দ ভারতীনে অতুগা পরমানন্দ পুরীনে—মখোয়সী নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি ঈশীঙ শোক্লগা পুরকয়ি ।

মূল ১০৮

ঘটে ঘটে ঠেকি কত ঘট ভাঙ্গি গেল ।

শত শত ঘট তাহাঁ লঞা আইল ॥ ১০৮ ॥

শব্দার্থ

ঘটে ঘটে—চফুগা চফুগা ; ঠেকি—থেংগায়নহুনা ; কত—কয়া ; ঘট—চফু ; ভাঙ্গি—কায়হুনা ; গেল—চৎখি ; শত শত—চামা চামা ; ঘট—চফু ; তাহাঁ—মফমহুদা ; লঞা—পুহুনা ; আইল—লাকৃখি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চফুগা চফুগা থেংগায়নহুনা চফু কয়ামা কায়খি । অহুবু চফু চামা চামা পুহুনা লাক্লখি ।

মূল ১০৯

জল ভরে, ঘর ধোয়, করে হরিধ্বনি।

কৃষ্ণ-হরি-ধ্বনি বিনা আর নাহি শুনি ॥ ১০৯ ॥

শব্দার্থ

জল—ঈশীঙ ; ভরে- শোক্‌য়ি ; ঘর—শঙ ; ধোয়—চাম্‌থোকয়ি ; করে—তৌয়ি ; হরিধ্বনি—হরি শোনবগী খোল্লাও ; কৃষ্ণ-হরিধ্বনি—কৃষ্ণ-হরি-খোল্লাও ; বিনা—নত্তনা ; আর—অতৈ ; নাহি শুনি—নাকোঙনা ভাদে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙ শোকয়ি, শঙ চাম্‌থোকয়ি, হরিধ্বনি তৌয়ি। কৃষ্ণ-হরিধ্বনি নত্তনা অতৈ অমা নাকোঙনা ভারমদে।

মূল ১১০-১১১

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি করে ঘট সমর্পণ।

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি করে ঘটের প্রার্থন ॥ ১১০ ॥

যেই যেই কহে সেই কহে কৃষ্ণনামে।

কৃষ্ণ-নাম হইল সঙ্কেত সর্ব্ব কামে ॥ ১১১ ॥

শব্দার্থ

'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি—'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না শোন্দুনা ; করে—তৌয়ি ; ঘট—চফু ; সমর্পণ—পীবা ; 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' কহি—কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়দুনা ; করে—তৌয়ি ; ঘটের প্রার্থন—চফূ নিবা ; যেই যেই কহে—বা ঙাঙবা ঙাঙনা মীনা ; সেই—মহাক্তুনা ; কহে—হায় ; কৃষ্ণনামে—কৃষ্ণগী মিংদা ; কৃষ্ণ-নাম—কৃষ্ণনামনা ; হইল—ওইখি ; সঙ্কেত—ইঙ্গিত ; সর্ব্ব—পুম্বা ; কামে—থবক্তা ; ( সর্ব্ব কামে—থবক পুম্বদা )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ঘট লানশল্লী অদুগা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ঘট লান্‌শল্লকবা হায়রৈ। বা ঙাংলম্-ঙাংলদা মীশিংদুনা কৃষ্ণগী মিং পল্লম-পল্লগা বা ঙাঙৈ। কৃষ্ণনামনা থবক পুম্বদা ইঙ্গিত ওইখি।

## মৈনরোল

গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী মরক্তা ময়ামগী ওইবা নিয়ম অমা লৈ মদুদি, মখোয় মশেল অমনা অমগী পুক্নীঙ চিংশল্লবা তৌবদা মখোয়না "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" "হরে কৃষ্ণ" "জয় গৌর," "জয় নিতাই"-মচিংবা ভগবান্‌গী মিং পল্লে; মপুক্নীঙ চিংশল্লবা মীদুনা করি মরমগীদমক মাবু কৌরিবনো হায়বদো ভগবান্‌গী নাম পল্লকপদুদা খঙলনদি মঙোন্দা রা করিছু হায়নদরে; খঙদ্রগদি কৌবগী মরমদু তাক্নি। গুণ্ডিচা-মার্জ্জনগী মতমদা কনাগুম্বগী চফুদা য়াওবা ঈশীঙদু লোইথোকপ্রবদি মহাক্না "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোল্লগা মহাক্কী চফুদু উৎলী; মদুম তৌরকপদুদা মহাক্না ঈশীঙ পাম্মী হায়বদু খঙনৈ। মতৌ অমুম্না অতোপ্পা ভক্ত অমনা চফু পুরগা ঈশীঙ শোক্পা চৎলী; ঈশীঙ পুরক্পা কনামনা ঈশীঙ পুরাক্লে হায়বা তাক্লনবগীদমক "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোল্লী, অদুগা ঈশীঙ-পাম্বা মীদুগী মপুক্নীঙ চিংশল্লী। মতৌ অমুম্না মখোয়না রা হায়বদা কৃষ্ণনাম-না সঙ্কেত তৌরগা হায়।

### মূল ১১২

প্রেমাবেশে প্রভু কহে 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ'-নাম।
একলে করেন প্রেমে শতজনের কাম ॥ ১১২ ॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে কৃষ্ণ প্রেমদা লূপ্পনা; প্রভু কহে প্রভুনা শোল্লী; কৃষ্ণ কৃষ্ণ নাম— কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা মিং; একলে—মথন্তনা; করেন—তৌয়ি; প্রেমে—প্রেমাবেশদা; শতজনের—মী চামগী; কাম—থবক।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' হায়না নাম শোল্লী। প্রেমাবেশদা চঙবনা প্রভু মথন্তনা মী চামাগী থবক তৌয়ি।

### মূল ১১৩

শত হাতে করে যেন ক্ষালন-মার্জ্জন।
প্রতিজন পাশে যাই করায় শিক্ষণ ॥ ১১৩ ॥

### শব্দার্থ

শত হাতে—খুৎ চামনা ; করে যেন—তৌরগুম্মী ; ক্ষালন-মার্জ্জন—চামথোক-শেংদোকপা ; প্রতিজন পাশে—মীপুম খুদিঙগী নাক্তা ; যাই—চত্তুনা ; করায় শিক্ষণ—তম্বীহুনা হৈহল্লী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

চামথোক-শেংদোকপন্থ খুৎ চামনা তৌসগুম্মী । মীপুম খুদিঙগী নাক্তা চত্তলগা থবক মতৌ তাক্পীখি ।

মূল ১১৪

ভাল কর্ম্ম দেখি তারে করেন প্রশংসন ।

মন না মানিলে করে পবিত্র ভৎর্সন ॥ ১১৪ ॥

### শব্দার্থ

ভাল কর্ম্ম—অফবা থবক (ফনা তৌবা থবক মতৌ) ; দেখি—উরগা ; তারে—(থবক তৌবা ভক্ত) মাবু ; করেন—তৌয়ি ; প্রশংসন—থাগৎপা ; মন—পুক্নীঙনা ; না মানিলে—য়ানীঙদ্রগদি ; করে—তৌয়ি ; পবিত্র ভৎর্সন—অথুম্বা রাহৈগী মীচৈ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কনাগুম্বনা তৌবা থবক ফজরগদি প্রভুনা মাবু থাগৎলী । প্রভুনা য়ানীঙদবা থবক মতৌ ওইরগদি তৌরিবা মীহুদা অরুবা রাহৈনা চৈ ।

### নৈনরোল

পবিত্র ভৎর্সন—অথুম্বা রাহৈনা নত্রগা থাগৎশন্নরগা চৈবা মচৈ । পবিত্র ভৎর্সন-গী উদাহরন-দি মতুঙগী পয়ারদা য়াওরী ।

মূল ১১৫

তুমি ভাল করিয়াছ, শিখাহ অন্যেরে ।

এইমত ভাল কর্ম্ম সেহো যেন করে ॥ ১১৫ ॥

### শব্দার্থ

তুমি—নঙ ; ভাল—ফজনা ; করিয়াছ—তৌরে ; শিখাহ—তম্বিয়ু ;

অন্যেরে—অতৈ অমদা ; এইমত—মতৌসুম্না ; ভাল কর্ম—ফজবা থবক ; সেহো—মহাক্সু ; যেন করে—তৌননবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুনা পাম্‌দবা মওংদা থবক তৌরম্বা মীহুদা প্রভুনা হায়রম্মী)—নঙ ফজনা তৌরে ; অতৈদা তাকুপীয়ু, অসিগুম্না মহাক্সু ফজবা থবক তৌননবা।

মূল ১১৬

এ কথা শুনিঞা সভে সঙ্কোচিত হঞা।

ভালমতে করে কর্ম্ম সভে মন দিয়া ॥ ১১৬ ॥

শব্দার্থ

এ কথা—রা অসী ; শুনিঞা—নাকোঙনা তারগা ; সভে—লোইন-মক্না ; সঙ্কোচিত—শক-হঙ্গনবা ; হঞা—ওইহুনা ; ভালমতে—ফজনা ; করে—তৌরি ; কর্ম্ম—থবক ; সভে—লোইনমক্না ; মন—পুক্নীঙ ; দিয়া—চঙনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী থাগৎ-মীচৈ ওইবা ৱাহৈ অসী তারগা ভক্ত পুম্নমক ঈকাইরহুনা ফজনা মথৱাই য়াওনা থবক তৌরি।

মূল ১১৭

তবে প্রভু প্রক্ষালিল শ্রীজগমোহন।

ভোগমণ্ডপ তবে কৈল প্রক্ষালন ॥ ১১৭ ॥

শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রক্ষালিল—চাম্‌থোক্লে ; শ্রীজগ-মোহন—শ্রীজগমোহন ; ভোগমণ্ডপ—লুক্কৎকম শঙ ; তবে—অহুদগী ; কৈল—তৌরি ; প্রক্ষালন—চাম্‌থোকপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী প্রভুনা শ্রীজগমোহন চাম্‌থোক-শেংদোকয়ি ; অহুদগী ভোগ-মণ্ডপ শেংদোকয়ি।

মূল ১১৮

নাটশালা ধুই ধুইল চত্বর-প্রাঙ্গন।

পাকশালা-আদি সব কৈল প্রক্ষালন ॥ ১১৮ ॥

শব্দার্থ

নাটশালা—নাটমন্দির; ধুই—চাম্থোক্লগা; ধুইল—চাম্থোকয়ি; চত্বর-প্রাঙ্গন—শূমাঙ; পাকশালা—চাক্থোংশঙ; আদি—নচিংবা; সব—লোইনা; কৈল—তৌখি; প্রক্ষালন—চাম্থোক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নাটশালা শেংদোক্লগা শূমাঙ শেংদোকয়ি। চাক্থোঙশঙ-নচিংবা লোইনমক চাম্থোক্খি।

মূল ১১৯

মন্দিরের চতুর্দ্দিগ্ প্রক্ষালন কৈল।

সব অন্তঃপুর ভালমতে ধোয়াইল ॥ ১১৯ ॥

শব্দার্থ

মন্দিরের—মন্দিরগী; চতুর্দ্দিগ্—মায়কৈ মরি; প্রক্ষালন—চাম্থোকপা; কৈল—তৌখি; সব—পূম্নমক; অন্তঃপুর—মনুংকা; ভালমতে—ফজনা; ধোয়াইল—চাম্থোক্হল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মন্দিরগী মায়কৈ মরিমক চাম্থোকহল্লী। অন্তঃপুর পূম্বা ফজনা চাম্থোক্হন্খি।

মূল ১২০

হেন কালে এক গৌড়িয়া সুবুদ্ধি সরল।

প্রভুর চরণ-যুগে দিল ঘটজল ॥ ১২০ ॥

শব্দার্থ

হেন কালে—মতম অসিদাইদা; এক—অমা; গৌড়িয়া—বঙ্গদেশগী মী; সুবুদ্ধি—বুদ্ধিফবা; সরল—পুক্চেল্-তিংবা; প্রভুর—প্রভুগী; চরণ-যুগে—খোঙ অনীদা; দিল—হৈরম্মী; ঘটজল—চফুগী ঈশিঙ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতম অসিদাইদা বুদ্ধি-থৌবা পুকচেল-শিংবা গৌড়িয়া অমা প্রভুগী চরণ অনীদা চফুগী ঈশীঙ হৈরম্মী।

মূল ১২১

সেই জল লইয়া আপনে পান কৈল।

তাহা দেখি প্রভুর মনে দুঃখ রোষ হৈল ॥ ১২১ ॥

শব্দার্থ

সেই জল—ঈশীঙদু; লইয়া—লৌরগা; আপনে—মশামকা; পান—থকপা; কৈল—তৌখি; তাহা—মদু; দেখি—উবদা; প্রভুর—প্রভুগী; মনে—পুক্কীঙদা; দুঃখ—নুংঙাইতবা; রোষ—অশাউবা; হৈল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ঈশীঙদু লৌরগা মশামকা থকখি। মদু উবদা প্রভুগী মপুক্কীঙদা নুংঙাইতবা অমসুং অশাউবা পোকখি।

মূল ১২২

যদ্যপি গোসাঞি তারে হঞাছে সন্তোষ।

শিক্ষা লাগি বাহিরে তথাপি করে রোষ ॥ ১২২ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপি—ওইরসু; গোসাঞি—প্রভুদো; তারে—মাবু; হঞাছে—ওইরে; সন্তোষ—পেনবা; শিক্ষা-লাগি—ময়ামনা তমশনু হায়দুনা; বাহিরে—মপাক্তংদা; তথাপি—অদুম ওইনমক; করে—তৌয়ি; রোষ—শাউবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা খোঙজুম-থকপা মীদুবু পেন্নবসু জীবশিংনা তমশনু হায়দুনা মপাক্তংদা শাউরম্মীবনী।

নৈনরোল

ভগবানগী মন্দিরদা অতোপ্পা মীগী খোঙজুম লৌদুনা থকপনচিংবা

নত্রগা খোঙজুম পীনীঙদবা মীচুগী মমাঙদা খোঙজুমছু হেক থক্পদি চুম্দে—হায়বসী ময়ামদা শিক্ষা পীগে হায়বগীদমক প্রভুনা মপাম্থোংদা শাউরম্বনী।

## মূল ১২৩

স্বরূপ গোসাঞিরে আনি কহিল তাহারে।
এই দেখ তোমার গৌড়িয়ার ব্যবহারে ॥ ১২৩ ॥

### শব্দার্থ

স্বরূপ গোসাঞিরে—স্বরূপ দামোদর গোস্বামীবু ; আনি—পুরক্লুনা ; কহিল—হায়রম্মী ; তাহারে—মঙোন্দা ; এই দেখ—অসী য়েংঙ্নে ; তোমার—নঙগী ; গৌড়িয়ার—গৌড়িয়াগী ; ব্যবহারে—মতৌসে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা স্বরূপ দামোদর গোস্বামীবু কৌরগা মঙোন্দা হায়রম্মী—য়েংঙ্নেসে নঙগী গৌড়িয়াগী মতৌসে।

### নৈনরোল

তোমার গৌড়িয়া—নঙগী গৌড়িয়া। প্রভুগী চরণ-দা ঈশীঙ হৈরম্বা গৌড়িয়াছু স্বরূপ দামোদরগী মী ওইরম্বা য়াই, স্বরূপ দামোদরদি প্রভুগী অন্তরঙ্গনী হায়দুনা প্রেমগী মশাউ শাউদুনা মঙোন্দা প্রভুনা দোষ থঙজল্লম্বা ওইবস্থ য়াই—মতুনা তাক্পদি হায়রিবা গৌড়িয়াছুদা আচরণ তাক্পীবদি স্বরূপ দামোদরগী মথৌনী হায়বগুম্লম্মী।

## মূল ১২৪

ঈশ্বরমন্দিরে মোর পদ ধোয়াইল।
সেই জল লইয়া আপনে পান কৈল ॥ ১২৪ ॥

### শব্দার্থ

ঈশ্বরমন্দিরে—লাইগী মন্দিরদা ; পদ—খোঙ ; ধোয়াইল—চামথোক্লে ; সেই জল—ঈশীঙছু ; লইয়া—পুদুনা ; আপনে—মছামক্না ; পান—থক্পা ; কৈল—তৌরে।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা স্বরূপ দামোদরদা হায়রম্মী )—ঈশ্বরগী মন্দিরদা ঐগী খোঙ চাম্থোক্লে। অদুগা ঈশীঙদু লৌরগা মছামরক্লা থকখ্রে।

মূল ১২৫

এই অপরাধে মোর কাঁহা হবে গতি।
তোমার গৌড়িয়া করে এতেক ফৈজতি ॥ ১২৫ ॥

শব্দার্থ

এই মসী ; অপরাধে—অরাল-অচুইনা ; মোর—ঐগী ; কাঁহা—কদায়দা ; হবে—ওইগনি ; গতি—চৎপা ; তোমার—নঙগী ; গৌড়িয়া—গৌড়িয়ানা ; করে—তৌয়ি ; এতেক—অসুক ; ফৈজতি—ওন্ন-তৈনবা, শেরান্-তুরান্।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুনা মথা তারম্মী )— অপরাধসিনা ঐগী করি গতি ওইগদগে ? নঙগী গৌড়িয়ানা ওন্নতৈনবা ভাক তৌরে।

মূল ১২৬

তবে স্বরূপ গোসাঞি তার ঘাড়ে হাথ দিয়া।
ঢেকা মারি পুরীর বাহিরে কৈল লৈয়া ॥ ১২৬ ॥

শব্দার্থ

তবে অদুদগী ; স্বরূপ গোসাঞি—স্বরূপদামোদরনা ; তার—মাগী ; ঘাড়ে—লেঙবান্দা ; হাথ—খুৎ ; দিয়া—পায়রগা ; ঢেকা মারি—ঈন্দুনা ; পুরীর—মন্দিরগী ; বাহিরে—মাপান্দা ; কৈল—পুথোকখ্রে ; লৈয়া—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগীদি স্বরূপ দামোদরনা গৌড়িয়াগী মরেংবান্দা খুৎনা পায়রগা ইন্ন-ইন্ন মন্দিরগী মাপান্দা পুথোকখি।

মূল ১২৭

পুন আসি প্রভুর পায় করিল বিনয়।
অজ্ঞ-অপরাধ ক্ষমা করিতে জুয়ায় ॥ ১২৭ ॥

শব্দার্থ

পুন—অমুক হন্না ; আসি লাক্লুনা ; প্রভুর—প্রভুগী ; পায়—খোঙদা ; করিল—তৌরম্মী ; বিনয়—নোল্লুক্পা ; অজ্ঞ—খঙদবা মীগী ; অপরাধ—মরাল ; ক্ষমা—ঙাক্পা ; করিতে—তৌবা ; জুয়ায়—হৌনৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরনা অমুক হল্লক্লগা প্রভুগী খোঙদা থুরম্লম্মী অদুগা হায়রম্মী—প্রভু খঙদবা মীগী অপরাধ ঙাক্পীকম খোক্লি।

মূল ১২৮

তবে মহাপ্রভু মনে সন্তোষ হইলা।
সারি করি দুইপাশে সভারে বসাইলা ॥ ১২৮ ॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; মনে—পুক্নীঙদা ; সন্তোষ—পেন্বা ; হইলা—ওইখি ; সারি—পরেং ; করি—লেংহুনা ; দুইপাশে—নাকল্ অনীদা ; সভারে—মী পুম্নমক ; বসাইলা—ফম্হল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা পুক্নীঙদা পেন্খি। পরেং লেঙলগা মী পুম্নমক মহাপ্রভুনা নাকল্ অনীদা ফমহনখি।

মূল ১২৯

আপনে বসিয়া মাঝে আপনার হাথে।
তৃণ কাঁটা কুটা সবে লাগিলা কুড়াইতে ॥ ১২৯ ॥

শব্দার্থ

আপনে—প্রভু মহামক্না ; বসিয়া—ফম্লগা ; মাঝে—অয়ায়দা ;

আপনার—মহামক্কী ; হাথে—খুৎনা ; তৃণ—নাপী ; কাঁটা—তিংখং ; কুটা—মকুম্ ; সবে—পুন্নমক্ ; লাগিলা—হৌখি ; কুড়াইতে—খুন্দোক্পা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা ময়ায়দা ফম্নগা মখুৎমক্কা নাপী, তিংখং অহুগা মকুম লোইনমক্কা খুঙগৎপা হৌখি ।

মূল ১৩০

কে কত কুড়ায় সব একত্র করিব ।
যার অল্প, তার ঠাঞি পিঠা পানা লব ॥ ১৩০ ॥

শব্দার্থ

কে—কনানা ; কত—কয়াম্ ; কুড়ায়—খোম্‌গৎলী ; সব—লোইনমক ; একত্র—পুল্লপ ওইনা পৈবা ; করিব—তৌগনী ; যার—মহাক্কী ; অল্প—য়াম্‌দবা ; তার—মাগী ; ঠাঞি—মফমদা ; পিঠা পানা—পিঠা-পানা ; লব—লৌগনী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাপ্রভুনা হায় "কনানা কয়া য়াম্না খোমগৎপত্রু লোইনমক মফম অমদা পৈহনা থম্‌গনী । য়াম্‌দনা খোম্বা মীত্রুদগী পিঠা পানা-অকোংমন্ ওইনা লৌগনী ।"

মূল ১৩১

এই মত সব পুরী করিল শোধন ।
শীতল নির্ম্মল কৈল যেন নিজ মন ॥ ১৩১ ॥

শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; সব পুরী—মন্দির পুম্বা ; করিল—তৌরে ; শোধন—শেংদোকপা ; শীতল—অঙৈবা ; নির্ম্মল—লু-নান্‌বা, মোত্তবা ; কৈল—ওইহন্‌খি ; যেন—গুম্না ; নিজ মন—মপুক্কীঙ ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মন্দির পুম্বা শেংদোক্‌খি । প্রভুগী মপুক্কীঙ থুংনা মন্দির ঈঙখি অমসুং মত্তবা ওইখি ।

**মূল ১৩২**

প্রণালিকা ছাড়ি যদি জল বহাইল।
নূতন নদী যেন সমুদ্রে মিলিল ॥ ১৩২ ॥

**শব্দার্থ**

প্রণালিকা—নালা ; ছাড়ি—থাদোক্লুনা ; যদি—মতমদ্দা ; জল—ঈশীঙ ; বহাইল—চেন্থহন্খি ; নূতন—অনৌবা ; নদী—তুরেল ; যেন—গুম্না ; সমুদ্রে—সমুদ্রদা ; মিলিল—তিন্খি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ণালা থাদোক্লুনা ঈশীঙ চেন্থহন্বা মতমদা অনৌবা তুরেল অমা চেন্দুনা সমুদ্রদা তিন্বগুম্খি।

**মূল ১৩৩**

এই মত পুর-দ্বার অগ্রে পথ যত।
সকল শোধিল তাহা বর্ণিবে কত ? ॥ ১৩৩ ॥

শব্দার্থ

এই মত—মতৌ অসুম্না ; পুর দ্বার—মন্দিরগী মনূঙ অমস্থুং থোঙ ; অগ্রে—মমাঙদা ; পথ—লম্বী ; যত—লৈরম্বা খিবিক ; সকল—পুম্নমক ; শোধিল—চাম্থোক্খি ; তাহা—মদু ; বর্ণিব—হায়গনী ; কত—কয়া।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মন্দিরগী মনূঙ অমস্থুং থোঙ, মমাঙদা লৈরম্বা লম্বী পুম্বদো শেংদোক্খিনগী রাদি কয়ামূক বর্ণন তৌগনী ?

**মূল ১৩৪**

নৃসিংহমন্দির ভিতর-বাহির শোধিল।
ক্ষণেক বিশ্রাম করি নৃত্য আরম্ভিল ॥ ১৩৪ ॥

**শব্দার্থ**

নৃসিংহমন্দির নৃসিংহমন্দিরগী ; ভিতর—মনূঙ ; বাহির—মপাণ ;

শোধিল—শেংদোকয়ি ; ক্ষণেক—ভাইহাক ; বিশ্রাম- পোথাবা ; করি —তৌরগা ; নৃত্য—জগোই ; আরম্ভিল—হৌখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনৃসিংহদেবগী মন্দিরগী মনুঙমাপাল্ অনীমক শেংদোক্খি। ভাইহাক্ পোথারগা জগোই শাবা হৌগৎখি।

মূল ১৩৫

চারিদিকে ভক্তগণ করেন কীর্ত্তন।

মধ্যে নৃত্য করে প্রভু মত্তসিংহ-সম ॥ ১৩৫ ॥

শব্দার্থ

চারিদিকে—মায়কৈ মরিদা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; করেন কীর্ত্তন — কীর্ত্তন তৌয়ি ; মধ্যে—ময়ায়দা ; নৃত্য করে—জগোই শাই ; প্রভু—প্রভুনা ; মত্ত- ময়াই-কাবা ; সিংহ—নোংশাগা ; সম—মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মায়কৈ মরিদা ভক্তশিংনা কীর্ত্তন তৌরম্মী। ময়ায়দা প্রভুনা ময়াই-কাবা নোংশাগুম্না জগোই শাখি।

মূল ১৩৬-১৩৭

স্বেদ কম্প বৈবর্ণ্যাশ্রু পুলক হুঙ্কার।

নিজ অঙ্গ ধুই আগে চলে অশ্রুধার ॥ ১৩৬ ॥

চারিদিকে ভক্ত-অঙ্গ কৈল প্রক্ষালন।

শ্রাবণ মাসে মেঘ যেন করে বরিষণ ॥ ১৩৭ ॥

শব্দার্থ

স্বেদ—হুমাং ; কম্প- নীক্পা ; বৈবর্ণ্য—তাইক্রেৎ তাইবা ; অশ্রু —পিরাং ; পুলক—তুজুংবা ; হুঙ্কার—হুঙ-হুঙ লাঙবা ; নিজ—প্রভু মছাগী ; অঙ্গ—হকচাঙ ; ধুই—চাম্থোক্লুনা ; আগে—মাঙদা ; চলে—চৎলী ; অশ্রুধার—পিরাংগী ঈচেল ; চারিদিকে—মায়কৈ মরিদা ; ভক্ত-অঙ্গ—ভক্তগী হকচাঙ ; কৈল—তৌখি ; প্রক্ষালন—চাম্থোকপা ; শ্রাবণ

মাসে—শ্রাবণ-থাদা ( ইঙা-ইঙেল-থাদা ) ; মেঘ—নোংমা ; যেন—গুম্বা ; করে—তৌয়ি ; বরিষণ—হৈথবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগোই শাবদা প্রভুগী হুমাং তাখি, হকচাঙ নীকৃখি, কুচু তাইখি, পিরাং শিল্লখি, তুজুংখি অদুগা হুঙ্কার হেক হেক তৌখি। পিরাংগী ইচেন্না প্রভু মছাগী অঙ্গ চাম্‌থোক-চাম্‌থোক্লা মাঙলোমদা চেঙ্গোকৃখি। অদুগা মায়কৈ মরিদা ভক্তশিংগী অঙ্গবুস্থ চাম্‌থোকখি। শ্রাবণ (ইঙা-ইঙেল-থাদা) নোং হৈথবগুম্মী।

মূল ১৩৮

মহা উচ্চ সঙ্কীর্ত্তনে আকাশ ভরিল।

প্রভুর উদ্দণ্ড-নৃত্যে ভূমিকম্প হৈল ॥ ১৩৮ ॥

শব্দার্থ

মহা উচ্চ—য়াম্না রাংবা ; সঙ্কীর্ত্তনে—সঙ্কীর্ত্তন্না ; আকাশ—অতিয়া ; ভরিল—থনখি ; প্রভুর—প্রভুগী ; উদ্দণ্ডনৃত্যে—উদ্দণ্ড জগোইনা ; ভূমি-কম্প—পৃথিবী নীকৃপা ; হৈল—ওইখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

খোন্‌-য়াম্না রাংবা সঙ্কীর্ত্তন্না অতিয়া থন্না নিল্লম্মী। প্রভুগী উদ্দণ্ড কৌবা জগোইনা পৃথিবী থক্‌-থক্‌ নীকৃখি।

মৈনরোল

য়ুহারাবা মতমদা লৈপাক নীকপগুম্না প্রভুনা উদ্দণ্ডজগোই শাবা মতমদা জগোই-শাক্নমতু থক্‌-থক্‌ নীকৃখি।

মূল ১৩৯

স্বরূপের উচ্চগান প্রভুরে সদা ভায়।

আনন্দে উদ্দণ্ডনৃত্যে করে গৌররায় ॥ ১৩৯ ॥

## শব্দার্থ

স্বরূপের— স্বরূপ দামোদরগী ; উচ্চ—খোন্‌রাংনা শক্‌পা ; গান—ঈশৈ ; প্রভুরে—প্রভুবু ; সদা—মতম পুম্বদা ; ভায়—নুংঙাইহল্লী ; আনন্দে নুংঙাইনা ; উদ্দণ্ড-নৃত্য করে—উদ্দণ্ড-জগোই শাই ; গৌররায়—গৌরাঙ্গ প্রভুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরনা খোন রাংনা শকপা ঈশৈনা প্রভুবু নুংঙাইহল্লী। অদুনা প্রভু নুংঙাইনা উদ্দণ্ড-জগোই শাবনী।

## মূল ১৪০

এইমতে কথোক্ষণ নৃত্য করিয়া।
বিশ্রাম করিল প্রভু সময় বুঝিয়া॥ ১৪০॥

## শব্দার্থ

এইমতে মতৌ অসুম্না ; কথোক্ষণ— মতম খরা ; নৃত্য—জগোই ; করিয়া—শারগা ; বিশ্রাম—পোত্থাবা ; করিল—তৌখি ; প্রভু—প্রভুনা ; সময় মতম ; বুঝিয়া—খঙদুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মতম খরা জগোই শারগা প্রভুনা মতম খঙদুনা পোত্থারম্মী।

## মূল ১৪১

আচার্য্যগোসাঞির পুত্র শ্রীগোপাল নাম।
নৃত্য করিতে তারে আজ্ঞা দিলা ভগবান্॥ ১৪১॥

## শব্দার্থ

আচার্যগোসাঞির—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী ; পুত্র—মচানুপা ; শ্রীগোপাল নাম—শ্রীগোপাল কৌবা ; নৃত্য করিতে—জগোই শাননবা হায়দুনা ; তারে—মহোন্দা ; আজ্ঞা—য়াথং ; দিলা—পীখি ; ভগবান্—মহাপ্রভুনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগী মচানুপা শ্রীগোপাল কৌবা অমা লৈ। মাবু জগোই শাও হায়না প্রভুনা য়াথং তাউখি।

## মূল ১৪২

প্রেমাবেশে নৃত্যে তিঁহো হইলা মূর্চ্ছিতে।
অচেতন হঞা তেঁহো পড়িলা ভূমিতে॥ ১৪২॥

### শব্দার্থ

প্রেমাবেশে—কৃষ্ণপ্রেমগী আবেশদা ; নৃত্যে—জগোই শাবদা ; তিঁহো—মহাক (শ্রীগোপাল) ; হইলা—ওইখি ; মূর্চ্ছিতে—রাম্থবা ; অচেতন—পঙথবা ; হঞা—ওইদুনা ; তেঁহো—মহাক ; পড়িলা—তুখি ; ভূমিতে—লৈপাক্তা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা জগোই শাবনা শ্রীগোপালদু রাম্থরম্মী। পঙথখিদুনা মহাক লৈমাই-থক্তা তুরম্মী।

## মূল ১৪৩

আস্তেব্যস্তে আচার্য্য গোসাঞি তারে লৈল কোলে।
শ্বাসরহিত দেখি আচার্য্য হইলা বিকলে॥ ১৪৩॥

### শব্দার্থ

আস্তেব্যস্তে—য়াম্না থুনা ; আচার্য গোসাঞি—শ্রীঅদ্বৈত আচার্যনা ; তারে—মাবু (মচানুপাবু) ; লৈল—লৌখৎলী ; কোলে—তম্পাক্তা ; শ্বাস—নুংশাসোর ; রহিত—য়াওদবা ; দেখি—উরগা ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈত-আচার্য্য ; হইলা—ওইখি ; বিকলে—শিভুলা-চবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হাথু হাথু শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা শ্রীগোপালবু মন্থাক্তা কোন্থৎখি। মচাগী সোর-লেপ্পা উবদা আচার্য্যদু বিভুল্লা চুখি।

## মূল ১৪৪

নৃসিংহের মন্ত্র পড়ি মারে জল ঝাঁটি।
হুহুঙ্কার শব্দে ব্রহ্মাণ্ড যায় ফাটি॥ ১৪৪॥

### শব্দার্থ

নৃসিংহের মন্ত্র নৃসিংহ দেবগী মন্ত্র ; পড়ি—শোন্দুনা ; মারে—য়্যেরম্মী ; জল ঝাঁটি—ঈশীঙ খিক্‌পা ; হুহুঙ্কার শব্দে—হুঙ্কার খোল্লাওনা ; ব্রহ্মাণ্ড — ব্রহ্মাণ্ড ; যায় ফাটি—ছেৎ কায়খি ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনৃসিংহদেবগী মন্ত্র শোল্লগা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা মচাদা ঈশীঙ খিক্‌না য়্যেরম্মী । আচার্য্যগী হুঙ্কার খোল্লাওনা ব্রহ্মাণ্ড ছেৎ-কায়খি ।

### নৈনরোল

মচা ভুংশিবগী ময়াইনা আচার্য্যগোসাঞিনা খনৃখি—মচাম্নুপা গোপালগী দেহেদা অপদেবতা ( লাই ফত্তবা ) চংলে । মরমত্তুনা মহাক্লা নৃসিংহগী মন্ত্র শোল্লগা গোপালগী মছাদা ঈশীঙ খিক্‌খি । নৃসিংহ-মন্ত্রনা শেংদোক্লবা ঈশীঙ খিক্লগদি অপদেবতাগী আবেশতু মাঙডী হায়নৈ ।

### মূল ১৪৫

অনেক করিল, তবু না হয় চেতন ।
আচার্য্য কান্দেন, কান্দে সব ভক্তগণ ॥ ১৪৫ ॥

### শব্দার্থ

অনেক য়াম্না করিল—তৌরে ; তব—অত্তুম ওইনমক ; না হয়—ওইদে ; চেতন—জ্ঞান তাবা ; আচার্য্য—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; কান্দেন—কপ্লে ; কান্দে—কপ্পী , সব—পুম্নমক ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

য়াম্না তোৎনরে, অত্তুমক্তদা জ্ঞান তারম্দে । মতৌতুদা শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য কপ্লক্লে, অদুগা ভক্তশিং পুম্নমক কপ্লে ।

### মূল ১৪৬

তবে মহাপ্রভু তার বুকে হাথ দিল ।
উঠহ গোপাল বলি উচ্চস্বর কৈল ॥ ১৪৬ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অদুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; তার—মহাকী ; বুকে—মবুক্তা ; হাথ—খুৎ ; দিল—থনম্মী ; উঠহ—হৌগৎলো ; গোপাল—হে গোপাল ; বলি—হায়দুনা ; উচ্চস্বর—খোলহৌবা ; কৈল—তৌখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা গোপালগী মবুক্তা খুৎ থম্থি। অদুগা 'হৌগৎলো, হে গোপাল' হায়না খোল হৌনা কৌখি।

### মূল ১৪৭

শুনিতেই গোপালের হইল চেতন।

'হরি' বলি নৃত্য করে সব ভক্তগণ ॥ ১৪৭ ॥

### শব্দার্থ

শুনিতেই—মনাকোঙনা হেক তাবদা ; গোপালের—গোপালগী ; হইল—ওইখি ; চেতন—জ্ঞান তাবা ; হরি বলি—হরি শোল্লগা ; নৃত্য করে—জগোই শাই ; সব—পুম্নমক ; ভক্তগণ—ভক্তশিং।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা 'হৌগৎলো গোপাল' হায়বদু মনাকোঙনা হেক তাবদা গোপালগী চেতন লাক্খি। অদুগা 'হরি' হায়না শোল্লগা ভক্তশিং পুম্নমক্না জগোই শাখি।

### মূল ১৪৮

এই লীলা বর্ণিয়াছেন দাস বৃন্দাবন।

অতএব সংক্ষেপ করি করিল বর্ণন ॥ ১৪৮ ॥

### শব্দার্থ

এই লীলা—লীলা অসী ; বর্ণিয়াছেন—বর্ণন তৌখ্রে ; দাস বৃন্দাবন—শ্রীবৃন্দাবন দাসনা ; অতএব—মরমঅদুনা ; সংক্ষেপ করি—শম্দৎতুনা ; করিল—(ঐনা) তৌজে, বর্ণন—তাক্পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী লীলা মতাংগী শ্রীবৃন্দাবন দাসনা মরীক চুম্না লীরম্নে। মরম-চুনা ঐনা তেনশন্না লীরবনী।

মূল ১৪৯

তবে মহাপ্রভু ক্ষণেক বিশ্রাম করিয়া।

সরোবরে জলক্রীড়া কৈল ভক্ত লঞা॥ ১৪৯॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা; ক্ষণেক—ঙাইহাক; বিশ্রাম—পোথাবা; করিয়া—তৌরগা; সরোবর—পুখ্রীদা; জলক্রীড়া—ঈশীঙদা শান্নবা; কৈল—তৌখি; ভক্ত লঞা—ভক্তশিংগা লোয়নননা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী মহাপ্রভুনা ঙাইহাক পোথারগা সরোবরদা ভক্তশিংগা লোয়নননা জলকেলি শান্নখি।

মূল ১৫০

তীরে উঠি পরি সভে শুষ্ক বসন।

নৃসিংহ দেব নমস্করি গেলা উপবন॥ ১৫০॥

শব্দার্থ

তীরে—মপান্দা; উঠি—কাখৎলগা; পরি—শেৎতুনা; সভে—লোইনমক; শুষ্ক—অকঙবা; বসন—ফি; নৃসিংহদেব—নৃসিংহদেববু; নমস্করি—খুরুম্নগা; গেলা—চৎখি; উপবন—উপবন তম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুখ্রীদগী মপান্দা কাখৎলগা মী পুম্না অকঙবা ফি শেৎলদুনা শ্রীনৃসিংহ-দেববু খুরুম্নগা উপবন্দা পাংখি।

মূল ১৫১

উদ্যানে বসিলা প্রভু ভক্তগণে লঞা।

তবে বাণীনাথ আইলা প্রসাদ লইয়া॥ ১৫১॥

## শব্দার্থ

উদ্যানে—লৈকোন্দা ; বসিল—ফম্‌খি ; প্রভু—প্রভুনা ; ভক্তগণে—ভক্তশিংগা ; লঞা—পুত্‌না ; তবে—অতুদগী ; বাণীনাথ—বাণীনাথলোমদা ; আইলা—লাকৃখি ; প্রসাদ—জগন্নাথগী প্রসাদ ; লইয়া—পুরক্লুনা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

লৈকোন্দা প্রভুনা ভক্তশিংবু পুরগা ফম্মী । অতুদগী বাণীনাথনা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদী পুরগা লাকৃখি ।

### মূল ১৫২-১৫৩

কাশী মিশ্র তুলসী পড়িছা দুইজন ।
পঞ্চশত লোক যত করয়ে ভক্ষণ ॥ ১৫২ ॥
তত অন্ন পিঠা পানা সব পাঠাইল ।
দেখিয়া প্রভুর চিত্তে সন্তোষ হইল ॥ ১৫৩ ॥

### শব্দার্থ

কাশী মিশ্র—কাশীমিশ্র ; তুলসী-পড়িছা—তুলসী কৌবা পড়িছা ; দুইজন—মী অনী ; পঞ্চশত—চামঙা ; লোক—মী ; যত—অতুক ; করয়ে তৌয়ি : ভক্ষণ—চাবা ; তত—অতুক ; পিঠা পানা—পিঠা পানা ; সব—লোইনা ; পাঠাইল—থারকৃখি ; দেখিয়া—উরগা ; প্রভুর—প্রভুগী ; চিত্তে—মবুক্লংদা ; সন্তোষ—পেন্‌বা ; হইল—ওইখি ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

কাশীমিশ্রগা তুলসী-পড়িছাগা মথোয় অনীনা মী চামঙানা চাবা ওক্লবা চাক, পিঠা-পানা অতুক য়াম্বদু থারকৃখি । মদু উবদা প্রভুনা পুক্লংদা পেন্‌খি ।

## নৈনরোল

মী চামঙাবু চাব পীজে হায়বসিনদি গুণ্ডিচামার্জ্জন তৌবদসু মী চামঙা য়াওরম্বা তাই ।

মূল ১৫৪-১৫৫

পুরীগোসাঞি মহাপ্রভু ভারতী ব্রহ্মানন্দ।
অদ্বৈত আচার্য্য আর প্রভু নিত্যানন্দ॥ ১৫৪ ॥
আচার্য্যরত্ন আচার্য্যনিধি শ্রীবাস গদাধর।
শঙ্করারণ্য ন্যায়াচার্য্য রাঘব বক্রেশ্বর॥ ১৫৫ ॥

চাক চাবা য়াওরব্বা ভক্তশিং থরগী মিং পরেংনী।

মূল ১৫৬

প্রভু-আজ্ঞা পাঞা বৈসে আপনে সার্ব্বভৌম।
পিণ্ডোপরি বৈসে প্রভু লঞা এত জন॥ ১৫৬ ॥

শব্দার্থ

প্রভু-আজ্ঞা—প্রভুগী য়াথং ; পাঞা—ফংদুনা ; বৈসে—ফম্মী ; আপনে—মছামক ; সার্ব্বভৌম—শ্রীসার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য ; পিণ্ড—ফান্ ; উপরি—মথক্তা ; বৈসে—ফম্মী ; প্রভু—প্রভুনা ; লঞা—লোয়ননা ; এত—অসুক ; জন—মী।

মৈতৈলোনদা হন্দোকপা

প্রভুগী য়াথং ফংদুনা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্য মছামক ফম্মী। ফান্ মথক্তা প্রভুনা মী ময়ামসিগা লোয়নন্না ফম্মী।

মূল ১৫৭

তার তলে তার তলে করি অনুক্রম।
উদ্যান ভরি বৈসে ভক্ত করিতে ভোজন॥ ১৫৭ ॥

শব্দার্থ

তার—মাগী ; তলে—মখাদা ; তার তলে—মাগী মখাদা ; করি—তৌদুনা ; অনুক্রম—মথং মনাও নাইবা ; উদ্যান—লৈকোন ; ভরি—থন্না ; বৈসে—ফম্মী ; ভক্ত—ভক্তশিংনা ; করিতে—তৌননবা ; ভোজন—চাক চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অমনা অমগী মথৎদা ওইনা মথংমনাও নাইনা লৈকোন অহুমগী লম বিকথন্না ভক্তশিংনা প্রসাদ ফংননবগীদমক ফমৃখি।

মূল ১৫৮

'হরিদাস' বলি প্রভু ডাকে ঘনে ঘন।

দূরে রহি হরিদাস করে নিবেদন॥ ১৫৮॥

শব্দার্থ

হরিদাস—ওহে হরিদাস ; বলি—হায়দুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; ডাকে—কৌয়ি ; ঘনেঘন—লৈপ্তবমখৈ ; দূরে—লাপ্পা ; রহি—লৈরগা ; হরিদাস—হরিদাসনা ; করে—তৌয়ি ; নিবেদন—হঙ্গৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা 'হরিদাস' হায়না লেপ্তুবমখৈ কৌখি। হরিদাসনা লাপ্পা লৈরগা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী।

মূল ১৫৯

ভক্তসঙ্গে প্রভু করুন প্রসাদ অঙ্গীকার।

এ সঙ্গে বসিতে যোগ্য নহি মুঞি ছার॥ ১৫৯॥

শব্দার্থ

ভক্তসঙ্গে—ভক্তশিংগা লোয়ননা ; প্রভু করুন—প্রভুনা তৌবিয়ু ; প্রসাদ অঙ্গীকার—প্রসাদ লৌবা ; এ—মখোয়সিগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; বসিতে—ফম্বা ; যোগ্য—মতীকচাবা ; নহি—নত্তে ; মুঞি—ঐ ; ছার—অতোন্‌বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(হরিদাসনা প্রভুদা হঙ্গৎলম্মী)—ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রভুনা প্রসাদ লৌবিয়ু। ময়ামসিগা লোয়ননা ফম্বদি ইতীক নত্তে।

মূল ১৬০

পাছে মোরে প্রসাদ গোবিন্দ দিবে বহির্দ্বারে।

মন জানি প্রভু পুন না বলিলা তারে॥ ১৬০॥

### শব্দার্থ

পাছে—তুংদা ; মোরে—ঐঙোন্দা ; প্রসাদ—প্রসাদ ; গোবিন্দ—গোবিন্দনা ; দিবে—পীরনী ; বহির্দ্বারে—মপাঙ্গৈবা থোঙদা ; মন—(হরিদাসগী) পুক্লীঙ ; জানি—খঙলহুনা ; প্রভু—প্রভুনা ; পুন—অমূক হন্না ; না বলিলা—হায়দরে ; তারে—মঙোন্দা ( হরিদাসদা )।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

হরিদাসনা মখা তারম্মী—তুংদা গোবিন্দনা মপাঙ্গৈবা থোঙদা ঐঙোন্দা পীজরগনী। হরিদাসগী মবুক্লীঙ খঙলহুনা প্রভুনা অমূক হন্না হায়রমদ্রে।

### নৈনরোল

মন জানি- হরিদাসগী মপুক্লীঙদা থল্লম্বহ খঙলহুনা। দৈস্তনা মরম ওইহুনা হরিদাস ঠাকুরনা অতোপ্পা ভক্তশিংগা লোয়নননা কম্বহ মচাবু মতীক চাদে হায়না খল্লম্মী। থোইদোক্না প্রভুনা হাবগী অরেম-থাক অহু ফংনীঙল্লম্মা। মরমঅুনা মহাক্না প্রভুগা লোয়নননা চাবহ পাম্মমদে।

### মূল ১৬১-১৬২

স্বরূপ গোসাঞি জগদানন্দ দামোদর।
কাশীশ্বর গোপীনাথ বাণীনাথ শঙ্কর ॥ ১৬১ ॥
পরিবেশন করে তাহাঁ এই সাত জন।
মধ্যে মধ্যে হরিধ্বনি করে ভক্তগণ ॥ ১৬২ ॥

### শব্দার্থ

পরিবেশন—চাক্-য়েনচ্চাং য়েন্বা ; করে—তৌয়ি ; তাহাঁ—মফমহুদা ; এই—মসী ; সাত জন—মী তরেৎনা ; মধ্যে মধ্যে—মরক মরক্তা ; হরিধ্বনি—হরি হরি শোন্‌বগী থোম্নিল্ ; করে—তৌয়ি ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদর, জগদানন্দ, দামোদর, কাশীশ্বর, গোপীনাথ, বাণীনাথ, শঙ্কর—মখোয় মী তরেৎনা পরিবেশন ( চাক্-য়েনশাং য়েন্বা ) তৌরম্মী। মরক মরক্তা ভক্তশিংনা হরিধ্বনি তৌখি।

## নৈনরোল

পরিবেশক ওইরেংকী মনুঙদা বাণীনাথ হায়বসী রামানন্দ রায়গী মনাও-মুপানী। মহাক্তি ব্রাহ্মণ নত্তেঃ অদুবু মহাক্না মহাপ্রসাদ পরিবেশন তৌবদা য়াওরম্মী ; মসিনা তাক্পদি মহাপ্রসাদ হায়বসিদদি ছোক্পগী দোষ লৈতে হায়বসিনী।

## মূল ১৬৩

পুলিন ভোজন যৈছে কৃষ্ণ পূর্ব্বে কৈল।
সেই লীলা মহাপ্রভুর মনে স্মৃতি হৈল ॥ ১৬৩ ॥

## শব্দার্থ

পুলিন—লৈতোই-তাক্তগী তোর্ব্বান্ ; ভোজন—চাবা ; যৈছে—মদুম্না ; কৃষ্ণ—কৃষ্ণনা ; পূর্ব্বে—মমাঙৈঙদা ; কৈল—তৌখি ; সেই লীলা—লীলাদু ; মহাপ্রভুর—মহাপ্রভুগী ; মনে—মপুক্নীঙদা ; স্মৃতি—নীঙশীঙবা ; হৈল—ওইখি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যমুনাগী তোর্ব্বান্দা শ্রীকৃষ্ণনা সখাশিংগা লোয়নননা ভোজন তৌখিবা লীলাদু মহাপ্রভুগী পুক্নীঙদা নীঙশীঙলকৃখি।

## নৈনরোল

পুলিনভোজনলীলা—ব্রজলীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা রাখালশিং পুম্নমক্না লোয়নননা মতম অমদা যমুনা তোর্বান্দা পুলিন-ভোজন-লীলা শান্নখি। রাখালশিংনা ময়ুম ময়ুমদগী চয়োম পুরক্লম্বদু মখোয় লোইনমক্না পুল্লপ ফম্নগা কৃষ্ণবু ময়ায়দা থম্দুনা চামিন্নখি। মহাপ্রভুনা লৈকোন্দা ফম্নগা ভক্তশিংগা লোয়নননা প্রসাদ কংলম্বদুদা মহাক্না পুলিন-ভোজন-লীলাদু নীঙশীঙলকখি। লোয়নরিবা ভক্তশিংবু মহাক্না ব্রজরাখালশিংদুনী হায়না খল্লম্মী অমসুং মখোয়গী ময়ায়দা ফম্নগা পুলিন-ভোজন-তৌখিবা শ্রীকৃষ্ণগী ভাব অদুদা চঙদুনা ব্রজরাখালশিংদা তৌখিবা প্রেম অদুদা মহাক্না আবেশ ওইখি। নত্রগা, অতোপ্পা মওংগী আবেশ ওইবস্তু য়াই। ব্রজগী পুলিন-ভোজনগী মতমদা শ্রীরাধা য়াওরম্দে ; তুংদা মহাক মহাক্না প্রাণবল্লভ

শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী রারীহ্ নাকোঙনা তারম্‌গনী, তারগা থরাইগী মুংশিজবা মবুংঙোগী লীলাগী মাধুর্য্যহ্ অনুভব তৌরগা প্রেমাবেশস্ ওইরম্বা য়াই। শ্রীরাধাগী প্রেমাবেশহ্গী ভাব অহ্নদা চঙহ্না মহাপ্রভুস্ ভাব অহ্নমক্তদা পুলিন-ভোজন-লীলাহ্ মহাও তংলম্বনী হায়না লৌবস্ য়াই।

## মূল ১৬৪

যদ্যপি প্রেমাবেশে প্রভু হইলা অধীর।
সময় বুঝিয়া তবু মন কৈল স্থির ॥ ১৬৪ ॥

### শব্দার্থ

যদ্যপি—বস্; প্রেমাবেশে—প্রেমগী আবেশদা; প্রভু হইলা—প্রভু ওইখি; অধীর—পাখৎপা; সময়—মতম; বুঝিয়া—খঙহ্না; তবু—অহ্নম ওইনমক; মন—পুক্নীঙ; কৈল—ওইহন্‌খি; স্থির—নেম্‌থবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রেমাবেশদা প্রভুনা পাখৎলম্লবস্ মতম খঙহ্না প্রভুগী মন অহ্ নেম্‌থহন্‌খি।

### নৈনরোল

প্রেমাবেশে—পুলিন-ভোজন নীঙশীঙলুবদা প্রভুগী প্রেমাবেশ ওইখিবনী। সময় বুঝিয়া—চাকৃচাবগী মতম ওইরক্লবদা প্রেমাবেশহ্ হেঙ্গৎলক্লবদি ময়ামগী চাবহ্ কায়রগনী হায়না খন্দুনা।

## মুল ১৬৫

প্রভু কহে—মোরে দেহ লাফরা ব্যঞ্জনে।
পিঠা-পানা অমৃতগুটিকা দেহ ভক্তগণে ॥ ১৬৫ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায়; মোরে—ঐঙোন্দা; দেহ—পীয়ু; লাফরা—মচন ময়াম পুল্লগা থোংবা; ব্যঞ্জনে—য়েন্‌ছাঙ; পিঠা-পানা—পিঠা-পানা; অমৃতগুটিকা—অথুম্বা মতুম-তাবা অচাপোৎ মখল অমা; দেহ—পীয়ু; ভক্তগণে—ভক্তশিংদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা হায়রম্মী—ঐঙোন্দা লাকয়া ব্যঞ্জন হাপ্পু ; ভক্তশিংদনা পিঠা-পানা অমসুং অমৃতগুটিকা হাপ্পু।

## মূল ১৬৬

সর্ব্বজ্ঞ প্রভু জানেন—যারে যেই ভায়।

তারে তারে সেই দেওয়ায় স্বরূপ দ্বারায় ॥ ১৬৬ ॥

### শব্দার্থ

সর্ব্বজ্ঞ—পুম্নমক খঙবা ; প্রভু—প্রভুনা ; জানেন—খঙঙী ; যারে—কনাগী ; যেই—করি ; ভায়—পাম্লগে ; তারে তারে—মঙোন-মঙোন্দুদা ; সেই—মদু অদুমক ; দেওয়ায়—হাপ্‌হল্লী ; স্বরূপ দ্বারায়—স্বরূপদামোদরদা হায়দুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পুম্নমক-খঙবা প্রভুনা কনানা করি পাম্বগে হায়বদু খঙঙী। মরমদুনা মী মীদুনা পাম্বদু স্বরূপদামোদরদা হায়দুনা মঙোন-মঙোন্দুদা হাপ্‌হল্লী।

## মূল ১৬৭

জগদানন্দ বেড়ায় পরিবেশন করিতে।

প্রভুর পাতে ভাল দ্রব্য দেন আচম্বিতে ॥ ১৬৭ ॥

### শব্দার্থ

জগদানন্দ বেড়ায়—জগদানন্দনা কোয়চং চৎলী ; পরিবেশন—য়েন্‌বা ; করিতে—তৌনবা ; প্রভুর পাতে—প্রভুগী লা দা ; ভাল—অহাওবা ; দ্রব্য—পোৎ ; দেন—হাপ্পী ; আচম্বিতে—খঙহৌদবা থৈ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগদানন্দনা পরিবেশন তৌবগী কোয়চং চৎলী। প্রভুগী লা মথক্তা খঙহৌদনা অহাওবা পোৎ হাপ্‌থৈ।

মূল ১৬৮

যদ্যপিহ দিলে প্রভু তারে করেন রোষ।

বলে ছলে তবু দেন, দিলে সে সন্তোষ ॥ ১৬৮ ॥

শব্দার্থ

যদ্যপিহ—বসু ; দিলে—হাপ্লগা ; প্রভু—প্রভুনা ; তারে—মঙোন্দা ; করেন—তৌয়ি ; রোষ—শাউবা ; বলে—নম-হাদুনা ; ছলে—লৌনমদুনা ; তবু—অদুমক্তদা ; দেন—হাপ্পী ; দিলে—হাপ্লগা ; সে—মহাক ( জগদানন্দ ) ; সন্তোষ—পেন্‌বা ( ওই )।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

পোৎ হাপ্লগা প্রভুনা মাবু শাউরগসু নম্-হাদুনা অমদি লৌ তৌদুনা জগদানন্দনা হাপ্পী, মরমদি হাপ্লগা জগদানন্দদি পেঙ্গে।

মূল ১৬৯

পুন আসি সেই দ্রব্য করে নিরীক্ষণ।

তার ভয়ে প্রভু কিছু করেন ভক্ষণ ॥ ১৬৯ ॥

শব্দার্থ

পুন—হন্না ; আসি—লাক্লগা ; সেই—অদু ; দ্রব্য—পোৎ ; করে—তৌয়ি ; নিরীক্ষণ—য়েংবা ; তার—মাবু ; ভয়ে—কিবদগী ; প্রভু—প্রভুনা ; কিছু—খিত্তং ; করেন—তৌয়ি ; ভক্ষণ—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

জগদানন্দনা অমুক হন্নক্লুনা মানা হাপ্লম্বা পোৎতু চাত্র-চাদত্রা হায়বগী য়েংলৈ। মাবু কিবদগী প্রভুনা ( মানা হাপ্লম্বা পোৎতুগী ) খিত্তং লৌরগা চক্লম্মী।

মূল ১৭০

না খাইলে জগদানন্দ করিবে উপবাস।

তার আগে কিছু খায়, মনে এই ত্রাস ॥ ১৭০ ॥

শব্দার্থ

না খাইলে—চাদ্রগদি ; জগদানন্দ—জগদানন্দনা ; করিবে—তৌগনী ; উপবাস—চাক চাদবা ; তার—মহাক্কী ; আগে—মাঙদা ; কিছু—খরা ; খায়—চায় ; মনে—মপুক্কীঙদা ; এই—মসী ; ত্রাস—কিবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( জগদানন্দনা হাপ্পা পোংতু প্রভুনা ) হাদ্রগদি জগদানন্দহু চরা হেনুগনী। প্রভুগী পুক্কুংদা অকিবসী লৈবনা জগদানন্দগী মমাঙদা ( মানা হাপ্লবা পোংতুগী ) খরা চুক্লম্মী।

মূল ১৭১

স্বরূপ গোসাঞি ভাল মিষ্টপ্রসাদ লঞা।

প্রভুকে নিবেদন করে আগে দাণ্ডাইয়া ॥ ১৭১ ॥

শব্দার্থ

স্বরূপ গোসাঞি—স্বরূপ দামোদরনা ; ভাল—অহাওবা ; মিষ্টপ্রসাদ—অথুম্বা প্রসাদ ; লঞা—পুরক্লুনা ; প্রভুকে—প্রভুদা ; নিবেদন—হঙ্গংপা ; করে—তৌয়ি ; আগে—মাঙদা ; দাণ্ডাইয়া—লেপ্লুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরনা জগন্নাথদেবদা কৎপা অথুম্বা অহাওবহু পুরক্লগা প্রভুগী মাঙদা লেপ্লগা হঙ্গংলৈ।

মূল ১৭২

এই মহাপ্রসাদ অল্প কর আস্বাদন।

দেখ জগন্নাথ কৈছে করিয়াছেন ভোজন ॥ ১৭২ ॥

শব্দার্থ

এই—মসী ; মহাপ্রসাদ—শ্রীজগন্নাথদেবদা কৎপা প্রসাদ ; অল্প—খরদং ; কর—তৌ ; আস্বাদন—মহাও-তংবা ; দেখ—য়েংঙু ; জগন্নাথ—শ্রীজগন্নাথ দেবনা ; কৈছে—মতৌ করম্না ; করিয়াছেন—তৌয়ি ; ভোজন—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

স্বরূপ দামোদরনা হঙ্গৎলম্মী—শ্রীজগন্নাথগী মহাপ্রসাদসী খরদং মহাও তংঙু। শ্রীজগন্নাথদেবনা করম্না হাবগে হায়বত্থু য়েঙঙু হায়বা।

মূল ১৭৩

এত বলি কিছু আগে করে সমর্পণ।

তার স্নেহে প্রভু কিছু করেন ভক্ষণ ॥ ১৭৩ ॥

শব্দার্থ

এত- অসিথক ; বলি—হায়রগা ; কিছু—খরা ; আগে—মাঙদা ; করে—তৌয়ি। সমর্পণ—কৎপা ; তার—মাগী ; স্নেহে—মুংশিবনা ; প্রভু—প্রভুনা ; কিছু—খজিক্কুং ; করেন—তৌয়ি ; ভক্ষণ—চাবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অসিথক হায়রগা স্বরূপদামোদরনা অথুম্বা প্রসাদ অত্থু খরা খল্লম্মী। মাগী মুংশিবা মতৌত্থুনা প্রভুনা খজিক্কুং হারম্মী।

মূল ১৭৪

এইমত দুইজন করে বারবার।

চিত্র এই দুই ভক্তের স্নেহব্যবহার ॥ ১৭৪ ॥

শব্দার্থ

এইমত- মতৌ অস্মুন্না ; দুইজন—মখোয় অনীনা ; (জগদানন্দ অমসুং স্বরূপদামোদরনা) ; করে—তৌয়ি ; বারবার—হন্না হন্না ; চিত্র—অঙকপনী ; এই—অসী ; দুই—অনী ; ভক্তের—ভক্তগী ; স্নেহব্যবহার—(প্রভুবু) মুংশিবগী তৌবা মতৌ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অস্মুন্না মখোয়নীনা (জগদানন্দগা স্বরূপদামোদরগনা) হন্না হন্না তৌয়ি। ভক্ত অনীসিনা মুংশিজবগী তৌবা মতৌদি অঙকপনী।

মূল ১৭৫

সার্ব্বভৌমে প্রভু বসাইয়াছেন নিজ পাশে।

দুইভক্তের স্নেহ দেখি সার্ব্বভৌম হাসে ॥ ১৭৫ ॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌমে—সার্ব্বভৌমবু ; প্রভু—প্রভুনা ; বসাইয়াছেন—ফম্‌হল্লী ; নিজ পাছে—মনাক্তা ; দুইভক্তের—ভক্ত অনীগী ( জগদানন্দ অমসুং স্বরূপদামোদরগী ) ; স্নেহ—প্রভুবু নুংশিজবা ; দেখি—উরগা ; সার্ব্বভৌম হাসে—সার্ব্বভৌমনা নোক্‌য়ি।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমবু প্রভুনা প্রভুগী মনাক্তা ফম্‌হল্লম্মী। জগদানন্দগা স্বরূপ দামোদরগা ভক্ত অনীহুনা প্রভুবু নুংশিজবহু উরগা সার্ব্বভৌমনা নোক্লম্মী।

### মূল ১৭৬

সার্ব্বভৌমেরে প্রভু প্রসাদ উত্তম।
স্নেহ করি বারবার করান ভোজন ॥ ১৭৬ ॥

### শব্দার্থ

সার্ব্বভৌমেরে—সার্ব্বভৌমবু ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রসাদ উত্তম—অথোইবা প্রসাদ ; স্নেহ করি—নুংশিবগা য়াওনা ; বারবার—হন্না হন্না ; করান—তৌহল্লী ; ভোজন—চাবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা সার্ব্বভৌমবু নুংশি-নুংশিনা উত্তম প্রসাদ হন্না হন্না চাহন্‌খি।

### মূল ১৭৭

গোপীনাথাচার্য্য উত্তম মহাপ্রসাদ আনি।
সার্ব্বভৌমে দিয়া কহে সুমধুর বাণী ॥ ১৭৭ ॥

### শব্দার্থ

গোপীনাথাচার্য্য—শ্রীগোপীনাথাচার্য্যনা, উত্তম—অথোইবা ; মহাপ্রসাদ—মহাপ্রসাদ ; আনি—পুরক্তুনা ; সার্ব্বভৌমে দিয়া—সার্ব্বভৌমদা হাপ্লগা ; কহে—হায় ; সুমধুর—নীওথিনা থুম্বা ; বাণী—ৱা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীগোপীনাথাচার্য্যনা উত্তম মহাপ্রসাদ পুরক্লুনা সার্ব্বভৌমদা হাপ্লগা নীঙথিনা থুম্লবা রাহৈ হায়রম্মী।

মূল ১৭৮

কাহাঁ ভট্টাচার্য্যের পূর্ব্ব জড় ব্যবহার।

কাহাঁ এই পরমানন্দ করহ বিচার॥ ১৭৮॥

শব্দার্থ

কাহাঁ—কদায় ; ভট্টাচার্য্যের—সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী ; পূর্ব্ব—মমাঙৈঙগী ; জড়—ইফক্-ফকৃচনবা ; ব্যবহার—মওং ; কাহাঁ—কদায় ; এই—অসী ; পরমানন্দ—খময়োনা হরাও-তয়াংবা ; করহ—তৌবিয়ু ; বিচার রাখৈবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভট্টাচার্য্যগী হান্নগী ইফক্-ফকৃপা মতৌচুনা কদায়দা অদুগা তৌজিক খমথেংনা হরাও-তয়াংবা মতৌসিনা কদায়দা, খন্দুনা য়েংবিয়ু।

মূল ১৭৯

সার্ব্বভৌম কহে আমি তার্কিক কুবুদ্ধি।

তোমার প্রসাদে আমার এ সম্পদ্‌সিদ্ধি॥ ১৭৯॥

শব্দার্থ

সার্ব্বভৌম কহে—সার্ব্বভৌমনা হায় ; আমি—ঐহাক ; তার্কিক—তর্ক-তৌগনবা মীনী ; কুবুদ্ধিনী—বুদ্ধি-ফকৃপনী ; তোমার—নঙগী ; প্রসাদে—থৌজান্না ; আমার—ঐগী ; এ—অসী ; সম্পদ্—গুণ ; সিদ্ধি—ওইবনী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী—ঐদি তর্ক-তৌগনবা মীনী অদুগা বুদ্ধি-ফকৃপনী। নংনা চানবিবদগী ঐগী গুণ অসী ওইবনী।

মূল ১৮০

মহাপ্রভু বিনা কেহো নাহি দয়াময়।

কাকেরে গরুড় করে ঐছে কোন হয়॥ ১৮০॥

### শব্দার্থ

মহাপ্রভু বিনা—মহাপ্রভু নত্তনা ; কেহো—কনামতম্ভু ; নাহি—লৈতে ; দয়াময়—চান্‌বিহৈবা ; কাকেরে—কাক্‌পু ; গরুড় করে—গরুড় ওইহল্লী ; ঐছে—অদুগুম্বা ; কোন—কনা ; হয়—ওই ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বাসুদেবনা মখা তাথরম্মী—মহাপ্রভু নত্তনা কনামতম্ভু চান্‌বিহৈবা লৈতে । কাক্‌পু গরুড় ওইহন্‌বা অদুগুম্বা কনা লৈবগে ?

### মূল ১৮১

তার্কিক শৃগাল সঙ্গে ভেউ ভেউ করি ।

সেই মুখে এবে সদা কহি 'কৃষ্ণ হরি' ॥ ১৮১ ॥

### শব্দার্থ

তার্কিক-শৃগাল—চগংননা মরৈ য়েংকন্‌বা লমহুইগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; ভেউ ভেউ—উরা উরা ; করি—তৌয়ি ; সেই মুখে—চীন্দা অদুদা ; এবে—হৌজিক ; সদা—মতম পুম্বদা ; কহি—শোল্লী ; কৃষ্ণ হরি—কৃষ্ণ হরি ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী ) চগংননা মরৈ য়েংকন্‌বা লমহুইশিংগা লোইননা উরা-উরা তৌয়ি ঐগী ইচীন্না । অদুগুম্বা ইচীন্না হৌজিক্তি মতম পুম্বদা 'কৃষ্ণ হরি' শোল্লী ।

### মূল ১৮২

কাহাঁ বহির্ম্মুখ-তার্কিক-শিষ্যগণ সঙ্গে ।

কাহাঁ এই সঙ্গ-সুধাসমুদ্র-তরঙ্গে ॥ ১৮২ ॥

### শব্দার্থ

কাহাঁ—কদায় ; বহির্ম্মুখ—কৃষ্ণদগী মায়-ওন্থোক্লবা, সংসারবিষয়দা লুপ্লবা ; তার্কিক—মরৈ-য়েংকন্‌বা ; শিষ্যগণ—শিষ্যশিংগা ; সঙ্গে—লোয়ননা ; কাহাঁ—কদায় ; এই—অসী ; সঙ্গ-সুধা—সঙ্গ কৌবা অমৃতগী ; সমুদ্র-তরঙ্গে—সমুদ্রগী ঈথক্লা ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সার্ব্বভৌমনা হায়রম্মী )—কৃষ্ণদগী মায়-ওন্থোকপা তর্ক-তৌগনবা শিষ্যশিংগা লোয়ননা লৈরম্বহৌনা কদায়, অদুগা হৌজিক্কা মহাপ্রভুগা তৌবা সঙ্গ কৌবা অমৃতগী সমত্রু-ঈথক্‌সিনা কদায় ?

### মূল ১৮৩

প্রভু কহে—পূর্ব্বসিদ্ধ কৃষ্ণে তোমার প্রীতি।
তোমা-সঙ্গে আমাসভার হৈল কৃষ্ণে মতি ॥ ১৮৩ ॥

### শব্দার্থ

প্রভু কহে—প্রভুনা হায় ; পূর্ব্ব-সিদ্ধ—নহাক্কী মপোক্নুগী ওইরক্লবা ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; তোমার—নঙগী ; প্রীতি—নুংশিবা ; তোমা-সঙ্গে—নঙগা তিম্নবদগী ; আমাসভার—ঐখোয় পুম্নমক্কী ; হৈল—ওইরে ; কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা ; মতি—পুক্নীঙ থিংজনবা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( সার্ব্বভৌমগী মা তারগা ) প্রভুনা হায়রম্মী—নঙনা কৃষ্ণবু নুংশিবদি নহাক্কী মপোক্নুগী ওইরক্লবনী। নঙগা সঙ্গ তৌবনা ঐখোয় পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নীঙ চঙহনবনী ।

### মূল ১৮৪

ভক্তমহিমা বাঢাইতে, ভক্তে সুখ দিতে।
মহাপ্রভু-সম আর নাহি ত্রিজগতে ॥ ১৮৪ ॥

### শব্দার্থ

ভক্তমহিমা—ভক্তগী মতীক-ময়াই ; বাঢ়াইতে- হেন্‌গৎহন্নবা ; ভক্তে—ভক্তদা ; সুখ—নুংঙাইবা ; দিতে—পীননবা ; মহাপ্রভু-সম—মহাপ্রভুগা ; মান্নবা ; আর—অতৈমা ; নাহি—লৈতে ; ত্রিজগতে—মরোল অহুমদা।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তগী মতীক-ময়াই হেন্‌গৎহন্নবা তৌবদা অদুগা ভক্তবু নুংঙাইহন্নবা তৌবদা মহাপ্রভুগা মান্নবা অতৈমা মরোল অহুমদা লৈতে।

মূল ১৮৫

তবে প্রভু প্রত্যেকে সবভক্ত-নাম লঞা।

পিঠাপানা দেওয়াইলা প্রসাদ করিয়া॥ ১৮৫ ॥

শব্দার্থ

তবে—অতুদগী ; প্রভু—প্রভুনা ; প্রত্যেকে—খুদিংদা ; সবভক্ত-নাম—ভক্তপুম্নগী মিং ; লঞা—পন্দুনা ; পিঠাপানা—পিঠাপানা ; দেওয়াইলা—হাপ্‌হল্লম্মী ; প্রসাদ—চান্‌বীবা ; করিয়া—তৌদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী প্রভুনা ভক্তপুম্নমক্কী মিং খুদিংমক পল্লগা চান্‌বিদুনা পিঠাপানা হাপ্‌হন্‌খি।

মূল ১৮৬

অদ্বৈত নিত্যানন্দ বসিয়াছেন এক ঠাঞি।

দুই জনে ক্রীড়া-কলহ লাগিল তথাই॥ ১৮৬ ॥

শব্দার্থ

অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ; বসিয়াছেন—ফম্লে ; এক—অমা ; ঠাঞি—মফমদা ; দুইজনে—মখোয়নীনা ; ক্রীড়া—শান্নবগী ; কলহ—খৎনবা ; লাগিল—হৌগৎখি ; তথাই—মফমদুদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যগা শ্রীনিত্যানন্দগা মফম অমতদা ( হায়বদি পংক্তি অমতদা নন্নবা ) ফম্মিন্নরম্মী। অনীদুনা মফমদুদা নুংশিদুনা শান্নবগী খৎনবা হৌগৎলকখি।

মূল ১৮৭

অদ্বৈত কহে—অবধূত-সঙ্গে এক পঙ্‌ক্তি।

ভোজন করি, না জানিয়ে হবে কোন গতি॥ ১৮৭ ॥

শব্দার্থ

অদ্বৈত কহে—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্যনা হায় ; অবধূত-সঙ্গে—অবধূত কৌবা

মথল অমগী সন্ন্যাসীগা লোয়নমা ; এক পঙক্তি—পঙক্তি অমতদা ; ভোজন করি—চারে ; না জানিয়ে—খঙদ্রেনে ; হবে—ওইগনী ; কোন—করম্বা ; গতি—লম্বী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(খংনবা হৌগংলকপদা) শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রম্মী—অবধূত সন্ন্যাসীগা পরেং অমতদা ফম্মিন্নদুনা চাক চারে, মরমসিনা ঐগী করি গতি ওইদৌরিবা ?

## নৈনরোল

অবধূত—সন্ন্যাসী জাত্তা অমনী। তন্ত্রগী মত মতুঙ ইন্না অবধূত মথল মরি লৈ। মদুদি - ব্রহ্মাবধূত, শৈবাবধূত, ভক্তাবধূত অমসুং হংসাবধূত। তুরীয় অবধূত হায়নসু কৌনৈ। তুরীয় অবধূতদি বর্ণ অমতনী নত্রগা আশ্রম অমতগী চিহ্ন (খুদম) ধারণ তৌদে ( পুদে )। অবধূতদি স্বেচ্ছাচার পাম্বনী ( মনীঙতম্বী নিয়মগী মথা পোন্দে )। স্বেচ্ছাচার ওইরবসু অধ্যাত্মশাস্ত্র নৈনৈ অদুগা তত্ত্ববিচার তৌদুনা মতম লেপ্পী অবধূতদি। "অধ্যাত্মশাস্ত্রাধ্যয়নৈঃ সদা তত্ত্ববিচারণৈঃ। অবধূতো নয়েৎ কালং স্বেচ্ছাচারপরায়ণঃ। মহানির্ব্বাণতন্ত্র। ৮/২৮-৩॥"

তুরীয় অবধূতদি আশ্রম অমতগী চিহ্ন ধারণ তৌদে অদুগা স্বেচ্ছাপরায়ণ ওই হায়বদুনা শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীনিত্যানন্দবু তুরীয়-অবধূতগী মরক্তা য়াওহল্লগা নোক্নবা তৌরম্মী।

১৮৭-১৯৩ মূলগী পয়ার খুদিংগী অর্থ অনী অনীনী—নিন্দাগী অমা অদুগা স্তুতিগী ( থাগৎপগী ) অমা। ময়েক্কী হেক ভাবদনা নিন্দাবাচক নী অদুগা অওইবা অর্থনা স্তুতিবাচক-নী।

মূল ১৮৭ শুবা পয়ারসিগী যথাশ্রুত ( নাকোঙনা হেক ভাবদা ওইবা ) নিন্দা-খণ্ডহনবা অর্থদি অসিনী—শ্রীপাদ নিত্যানন্দরে মদা পান্নবা তম্নগা শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রম্মী—"নিত্যানন্দদি অবধূতনী। মরমদি ব্রাহ্মণচিংবা বর্ণ অমতগী চিহ্ন অমতা মঙোন্দা য়াওদে, অদুগা সন্ন্যাস আশ্রমগী চিহ্নসু য়াওদে ; লোকাচার, বেদাচার, সামাজিক আচার হায়বদুগী করিমত্তা মহাক ঙাক্তে ; মরমদি মহাক মনীঙ-তম্বা ( স্বেচ্ছাচারী ) অবধূতনী।

অচুপা, ঐদি শাপেজাৎ অকবদা পোকপা ব্রাহ্মণ অমনী। অসিগুম্বা আচার-নাইদবা অবধূতগা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্মিন্নচুনা চাবা-থকৃপা তৌরবদি সমাজগী চৎনবী মতুং ইন্না ব্রাহ্মণচু সমাজ-দা তিন্বা য়াদরে। ঐ হৌজিক আচার-নাইদবা নিত্যানন্দগা ফম্মিন্নচুনা চাক চারি; ঐগী লাইবক্তা করি তম্লিদগে খঙবা ঙমদ্রে; সমাজগা তিন্নবা য়াদবা তারে অচুগা শিরগনা নরক তাচুনা অৱাবা ফংবা তারে। মসিপুম্বা পরিহাসগী (নোক্লবা) হায়বা ৱানী।"

স্তুতিবাচক অর্থ—"মায়া-লাংদা-থুরিবা সাংসারিক জীবশিংদি বর্ণ অমসুং আশ্রমগী চিহ্ন ধারণ তৌয়ি; ঈশ্বর ওইবা মহাক্তুদি—বর্ণাশ্রমগী চিহ্ন ধারণ তৌগদবনী হায়বগী প্রথা ( চৎনবী ) লৈতে। শ্রীনিত্যানন্দদি ঈশ্বরনী—লোকাচার, বেদাচারনচিংবা মঙোন্দা চঙদে, মহাক্তা পংক্তি অমতদা ফম্মিন্নচুনা চাবা-থকৃপদি ঐগী লাইবক ফবনী। শ্রীনিত্যানন্দনা কৃপা তৌবিচুনা ঐগী লাইবক ফবনী। শ্রীনিত্যানন্দনা কৃপা তৌবিচুনা ঐগী লাইবক ফহল্লবনী; মসিগী ফল ওইনা হায়ফম খঙদবা পরম-গতি করম্বা অমা ঐনা ফংগদৌরিবনো ঐ খঙদে। শ্রীঅদ্বৈতগী বচন অসিগী তাৎপর্য্যদি অসিনী মচুদি—শ্রীনিত্যানন্দগা ফম্মিন্নচুনা চাবা অসিগী ফল ওইনা পরমানন্দগী মশক-ওইবা খ্বায়দগী হেন্বা গতি (খুভম) অমা ফংগনী।"

## মূল ১৮৮-১৮৯

প্রভু ত সন্ন্যাসী উঁহার নাহি অপচয়।
অন্নদোষে সন্ন্যাসীর দোষ নাহি হয়॥ ১৮৮॥
'নান্নদোষেণ মস্করী' এই শাস্ত্রের প্রমাণ।
গৃহস্থ ব্রাহ্মণ আমার এই দোষস্থান॥ ১৮৯॥

## শব্দার্থ

প্রভু ত—প্রভুদি; সন্ন্যাসী—লম্বোইবনী; উঁহার—মহাক্কী; নাহি—লৈত্তে; অপচয়—ময়েং তাবা; অন্নদোষ—চীন্জাক্কী দোষনা; সন্ন্যাসীর—সন্ন্যাসীগী; দোষ—অকায়বা; নাহি হয়—ওইদে; ন—অন্নদোষেণ—অন্নগী দোষনা; মস্করী—সন্ন্যাসী; এই—মসী; শাস্ত্রের প্রমাণ—শাস্ত্রগী

প্রমাণগী ; গৃহস্থ ব্রাহ্মণ—য়ুমপান্‌বা ব্রাহ্মণ ; আমার—ঐগী ; এই—মসী ; দোষস্থান—দোষগীমফম্নী ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীঅদ্বৈতনা হায়থখি—প্রভুদি সন্ন্যাসীনী ; মহাক্কী ময়েং তাবা লৈতে । চীন্‌জাক্কী দোষনা সন্ন্যাসীবু দোষ চেল্‌হন্‌বা ঙমদে । অন্নদোষনা সন্ন্যাসীগী দোষ ওইদে হায়বসী শাস্ত্রগী প্রমাণনী ; গৃহস্থব্রাহ্মণ ঐগীদি দোষ ওইগনী ।

## নৈনরোল

সমাজদা শোক্ক-পন্ন-য়াদবা অতুগা পংক্তি লক্তা-য়াওবা-য়াদবা মীশিংগী মখুৎনা শোক্‌পা নত্রগা থোংবা চীঙ্গাক অতু সমাজগী মীৎয়েংদা অরাঙবা বর্ণগী মফমদদি দোষ-চেল্লবা পোৎনী—মরমতুনা চাবা য়াদ্রবনী । চীঙ্গাক অতু চারগদি সমাজদা তিন্‌বা য়াদবা হায়বা দোষতু ওই । অতুবু অসিগুম্বা দোষ-চেন্‌বা চীঙ্গাক অতু চারুবদা সন্ন্যাসীগীদি অকায়বা লৈতে । সন্ন্যাসীনা চাবা য়াবা পোৎকী মরমদা মহানির্ব্বাণতন্ত্রনা হায়—বিপ্রান্নং শ্বপচান্নং বা যস্মাত্তস্মাৎ সমাগতম্ । দেশং কালং তথা পাত্রমশ্নীয়াদবিচারয়ন্ ॥—ব্রাহ্মণগী অন্ন ওইরবসু নত্রগা চণ্ডালগী অন্ন ওইরবসু, কনানো অমা হেক্লা থোংবা ওইরসু নত্রগা লমদম অম-অমদগী লাক্‌পা ওইরসু দেশ ( মফম ) কাল ( মতম ) পাত্র ( মতীকচাবা ) বিচার তৌদবমখৈ ( সন্ন্যাসীনা ) অন্নতু চাগদৌবনী /৮/২৮২ ॥” মসিগী মরমদা শ্রুতি-প্রমাণসু লৈ—“নান্নদোষেণ মস্করী । সন্ন্যাসোপনিষৎ । ৭১ ॥” নান্নদোষেণ—ন অন্নদোষেণ নান্নদোষেণ, চীঙ্গাক্কী দোষনা ( দোষ চেণ্‌বা ওইদে ) । মস্করী—সন্ন্যাসী, ভিখারী, । “মা কর্ত্তুং কর্ম্ম নিষেদ্ধুং শীলমস্য ( মস্কর মস্করিণৌ বেণুপরিব্রাজকয়োঃ । পা । ৬/১/১৫৪ ॥ ) ইতি নিপাত্যতে । বিশ্বকোষ । কর্ম্ম তৌবা থিংঙী হায়বগীদমক সন্ন্যাসীবু মস্করী কৌরিবনী ।” নান্নদোষেণ মস্করী—চীঙ্গাক্কী দোষনা সন্ন্যাসীদা দোষ চঙদে । “নান্নদোষেণ মস্করী” হায়বা বাক্যসী শ্রুতিবাক্য অমগী শরুক্নী ; শ্লোক মপুঙতুদি অসিনী—“ন বায়ুঃ স্পর্শদোষেণ নাগ্নির্দহনকর্ম্মণা । নাপোমূত্র পুরীষাভ্যাং নান্নদোষেণ মস্করী ॥—শোক্ক-শম্নবগী দোষনা ( অমাংবা পোৎকা শম্নরবসু ) নুংশীৎনা দোষ-চেণবা হায়বদি শোক্ক-শম্নবা-য়াদবা ওইদে, চাক্‌পগী থবক্তা (অমাংবা শোক্ক-য়াদবা পোৎপু চাক্লুরসু) মৈনা দোষ-চেনবা ( অমাংবা ) ওইদে,

থী-য়ুংনা ( থী-শন্নবস্থু নত্রগা থী-য়ুংগা ভিন্নবগস্থু অচৌব্বা ইপাকপু ) দোষ-চেপ্‌বা ( অমাংবা ) ওইহন্‌বা ঙমদে অমস্থুং অন্নদোষনা ( সমাজগী য়েংলগা শোক্ল-য়াদবা নত্রগা আচার-লাইদবা জাতিগী অন্ন চাক্লবগস্থু ) সন্ন্যাসীগীদি দোষ-লৈতে—সন্ন্যাসোপনিষৎ /৭২/" হায়রিবা শ্লোকসিগী মমাঙ-থংবা শ্লোক-অহুদা য়াওরি—"চরেন্মাধুকরং ভৈক্ষ্যং যতিম্লেচ্ছকুলাদপি। একান্নং নতু ভুঞ্জীত বৃহস্পতিসমাদপি॥—( সন্ন্যাস-য়াওদবা ওইনা য়ুমথোঙ অহুম, মঙা নত্রগা তরেৎ-তগী খোইমুদোনা খরা খরা তৌহুনা নিরুবা অন্নবু মাধুকর কৌয়ি ; ইমুং অমথক্তদগী চাং য়াম্না মছাগী চাবা ওকুবা—নিরুবা অন্নস্থু একান্ন ) কৌয়ি। তৌদবা য়াদ্রবদি ম্লেচ্ছ-জাতিদগীস্থু নিহুনা মাধুকর-বৃত্তি তৌবা য়াই, অদুবু বৃহস্পতিগুম্বা মীদগী ফাওবা করিগুম্বা মতমদা একান্ন ( মী অমগী মফমদগী ইছাগী চাবা ওকুবমুক য়াম্না ) ভিক্ষা নিফদে। সন্ন্যাসোপনিষৎ /৭১।" হায়রিবসিদগী তশেংনা খঙবদি—ম্লেচ্ছদগী অন্ন নিহুনা চারবস্থু সন্ন্যাসীগী দোষ লৈতে। মতুং-তাবা শ্লোক অমদা উবা ফংঙী—"অভিশপ্তং চ পতিতং পাষণ্ডং দেবপূজকাম্। বর্জ্জয়িত্বা চরেদ্‌ ভৈক্ষ্যম্ সর্ব্ববর্ণেষু চাপদি॥—আপৎ কাল (অরাবদা তাবা মতম) লাক্লবদা শিরাপ-ফংলবা, পতিত ওইবা, পাষণ্ড অমস্থুং দেব পূজা-তৌবা মীবু থাদোক্লগা বর্ণ পুম্নমক্কী অন্ন সন্ন্যাসীনা চাবা য়াই। সন্ন্যাসোপনিষৎ /৭৪/" মসিদগী খঙবা ঙম্মী অহুদি—চাবগী মরমদা সন্ন্যাসীনা জাতি-বিচার তৌফদে, কনাগুম্বা থোইদোকপা মীগী দোষদগী য়েংগদবনী ; পতিত-পাষণ্ড ওইবা ব্রাহ্মণগী অন্নস্থু চাফদে ; চিত্তশুদ্ধি-ওইবা চণ্ডালগী অন্নস্থু চাফে। মথক্তা লৌখৎখিবা মহানির্ব্বাণ-তন্ত্রগী ৮/২৯২ শ্লোক-তস্থু অসিগুম্বা উক্তি উবা ফংঙী।

পয়ারার্থ। মমাঙ-থংবা পয়ারগী যথাশ্রুত অর্থ লৌহুনা কনাগুম্বনা হংবা য়াই—"অদ্বৈত। নঙনা অহুক কিরিবা করিগীনো ? প্রভু মহামঙ্গ অবধূতপা লোয়ননা পংক্তি অমতদা লুক হারি।" মহুগী পাউখুম ওইনা শ্রীঅদ্বৈতনা হায়রি ( যথাশ্রুত অর্থ )—"নত্তে নত্তে, প্রভুগী অবস্থাগা ঐগীগা মান্নবা নত্তে। প্রভুদি গৃহস্থ নত্তে ; মহাক্তি সন্ন্যাসীনী ; গৃহস্থগী বিধি-নিষেধ ( তৌহৈ-তৌহৈদে হায়বহু ) প্রভুগী মরমদদি শীজন্নবা য়াদে ;

পাংক্তি-ভোজন তৌমিন্নবা য়াদবা ( অপাংক্তেয় ) অমগা কম্মিন্নহনা চারগদি গৃহস্থদি সমাজ-লক্তা তিনবা য়াদরে ; অদুগা সন্ন্যাসীদি অদুম্মা চামিন্নরুবদা দোষ-লৈতে ; সন্ন্যাসীগীদি অন্নদোষগী বিচার লৈতে ; অপাংক্তেয় ওইবা মীনা শোক্পা অন্নসু সন্ন্যাসীনা চাবা য়াই ; অদুগা গৃহস্থ ব্রাহ্মণদি অদু য়াদে, ঐদি গৃহস্থ-নী অদুগা ব্রাহ্মণী। গৃহস্থগী অমসুং ব্রাহ্মণগী বিধি-নিষেধদি ঐহাক থোশাদবা য়াদে : মরমদুনা ঐগী চিন্তা ওইবনী ; মরম-সিদদি প্রভুগী চিন্তা পোক্কডাই মরম অমতা লৈতে।"

স্তুতিবাচক অর্থ— শ্রীনিত্যানন্দ ঈশ্বরনী ; অদুগা মহাপ্রভুসু সন্ন্যাসীনী হায়বদি সঙ্গ-পূম্বা থাদোক্লবা, মথল পুম্বগী আসক্তি-য়াওদবা আত্মারাম (মথন্তনা মুংঙাইঙম্বা) ভগবান্নী ; মহাক্তি পূর্ণস্বরূপনী ; মরমদুনা করিগুম্বা মরমগীদমক মহাক্কী মযেং তাবা লৈতে। পূর্ণতম ভগবান্ ওইরবসু, আত্মারাম ওইরবসু করিগুম্বা আসক্তি নত্রগা বাসনা অমতা মাগী লৈত্রবসু মহাক্কী ভক্তবাৎসল্যনা মরম ওইদুনা ভক্তনা কৎপা পোৎচৈদি-জাতিবর্ণ য়েংঙদবমথৈ ভক্তনা থোংবা অন্ননচিংবসু ভগবান্না লৌয়ি। সমাজগী প্রথা ( চংনবী ) মতুংইন্না জাতি-বর্ণ থিদবমথৈ লোইনমক্কী অন্ন চাবদি সংসারীগী মফমদদি চংনদে ( নিষিদ্ধ ধর্ম্ম ) ; অদুবু ভগবান্গী মফমদদি নিষিদ্ধ নত্তে ; মরমদি, জাতিবর্ণ খায়বদি অমসুং অদুগীদমক তৌহৈবা-তৌহৈদবা ( বিধি নিষেধ ) হায়বদুদি সমাজগী মরা চেংনবগীদমক শেমখি-বনী ; মীওইবা সমাজগা শ্রীভগবান্গা সাক্ষাৎ সম্বন্ধ লৈতে, মরমদুনা সমাজগী বিধি-নিষেধগসু মহাক্কী সাক্ষাৎ সম্বন্ধ লৈতে। অদুগী মথক্তা, জাতিবর্ণ য়েংদবমথৈ পুন্নমক মাগী মীওদি চপ মান্নে—পুন্নমক মাগী নিত্যদাসনী ( মতমপুম্বদা মনাই ঙাক্কী ) ; মী লোইনমক্কী সেবাদি মহাক্না য়াব্বি। মহাক্না চানবিদুনা ঐগা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্বিরবসু মহাক্না ঐগদি য়াম্না খেন্নৈ। মহাক্তি মায়াগী য়াংমদনী, বিধি-নিষেধ মথল পুম্বগী য়াংমদনী, আসক্তিগী মথল খুদিংমক য়াওদবনী ; অদুগা ঐহাক্তি গৃহস্থনী— মুম্বান্বদা আসক্ত ওইদুনা গৃহস্থ আশ্রমদা তাদুনা লৈরি, সংসারগী মুংঙাইবা হায়বদু ফংনবা হোৎনরদা মযাই কাদুনা। অমুক্তু, সমাজগী প্রথা মতুং ইন্না খ্বায়দগী থোইবা বর্ণদা কৈন্দুনা মদুগী হৌনবী নাপলসু— ব্রাহ্মণী হায়বগী নাপল্- ঐগীদি লৈ ; চানবীহৈবা কোক্লেন ভগবান্গী

মীওদি ব্রহ্মনগী নাপী কাওবা লোইনমক মায়ে। অদুগা নাপল চাওবা ঐগী মীওদি অতোন্বা জীবগী ম্বাদি তোক্লদুনা—ভগবাদ্মা শেম্বিরকপা জীবলক্তা অথোইবা ওইরিবা মীওইবা, "নরতনু ভজনের মূল—মীওইবগী হকচাঙদি ভজনগী হৌফম্নী—হায়দুনা স্বর্গগী দেবতাশিংনফাওবা মীওইবগী দেহ নিজরিবা, অদুগুম্বা মীওইবগী মরক্তা ঐহাক্তৌনা ব্রাহ্মণ বংশদা পোক্কবা মথোয়দুবু ঐনা ঐঙোন্দগী হম্বনা য়েংঙী, অয়াম্ববু ঐগা শম্নবা য়াদবনী খল্লী। অসিগুম্বা সংসারদা লূপ্লিবা, অসিগুম্বা নাপনজাও, দোষনা মপুঙ-ফারবা ঐহাকা লোয়নদুনম্ম পংক্তি অমতদা ফমদুনা স্বয়ং ভগবান্ শ্রীচৈতন্যনা অমসুং মহাক্কীগা খেন্নদবা দেহগী ওইরিবা শ্রিনিত্যানন্দনা ঐবু মহৈ য়াল্হনবিরে ; মথোয়গী চান্বীহৈবদুগী, মথোয়গী পতিতজনবু লান্বি-হৈবা গুণদুগী ( পতিত পাবন-গুণগী ) অয়োৗবী থাক্ অদু উৎপীরে।"

## মূল ১৯০

জন্মকুল শীলাচার না জানি যাহার।
তার সঙ্গে এক পংক্তি—বড় অনাচার॥ ১৯০ ॥

## শব্দার্থ

জন্ম—মপোক ; কুল—শাগৈ ; শীল—হৌনশা ( প্রকৃতি, স্বভাব, দোষ গুণ ) আচার—শাজৎ ( ব্যবহার ) ; না জানি—খঙদে ; যাহার—মহাক্কী ; তার—মাগা ; সঙ্গে—লোয়নননা ; এক পংক্তি—পংক্তি অমতদা ( ফম্বা ) ; বড়—অচৌবা ; অনাচার—নত্তবা শাজৎ।

### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মহাক্কী মপোক, শাগৈ, হৌনশা অমদি শাজৎ খঙদবা অদুগুম্বা মহাক্কা লোয়নননা পংক্তি অমতদা ফম্বা—মসী তৌহৈদবা শাজৎ অচৌবা অমনী।

## নৈনরোল

জন্মকুলশীলাচার-নচিংবা—কদায়দা করম্বা মতমদা পোক্পনো, করি শাগৈদা পোক্পনো ; মাগী শীল ( স্বভাব, হৌনশা ) করম তৌরি ( হায়বদি মাগী করি গুণ লৈ ( নত্রগা দোষ লৈ ), মহাক্কী মরমদা খ্রাকম

খিবিক্সি খণ্ডবা ঙমদে ( যথাশ্রুত অর্থনী মসী )। অনাদি ( মতোন্দগী হান্‌বা অমা লৈত্রবা ) অমসুং অজ-নী ( পোক্‌পা নাইদবনী ) হায়রুনা মাগী পোকপগী মরমদা করিস্সু খণ্ডবা ঙম্নদে অমসুং প্রাকৃত-জীবগী মতৌগুম্না কর্ম্ম-তুংইন্ মপোক লৈতে হায়রুনা মাগী শাগৈবু ( কুল-সু ) লৈতে ( মরমরুনা মাগী শাগৈগী মরমদসু করিমতা-খণ্ডবা য়াদে ), মহাক্কী শীল ( স্বভাব, স্বরূপকী ওইবা গুন্ন-চিংবা শীঙলাকঙমদবনী ( অনন্তনী ) অমসুং রাহৈনা ফোঙদোক্‌ঙমদবনী ( অনির্ব্বাচ্যনী ) হায়রুনা মাগী মরমদা মপুঙফানা খঙবদি ওইথোক্কে, মহাক্কী আচার ( শাজৎ, লীলা, আচরণ ) ঙমথৈনাইদবনী, মখলমথেন্না বিক থন্‌বনী হায়রুনা মপুঙফানা খঙবা য়াদে— অসিগুম্বা শ্রীভগবান্ ( স্তুতিমূলক অর্থ )। অনাচার—অথীবা অমদি নত্তবা শাজৎ ( আচার ) ( যথাশ্রুত অর্থ )। ন ( লৈত্রে মরুদগী হেন্‌বা ) আচার, মরুনী অনাচার ; খ্বাইগী মকোক ওইবা সদাচার (অফবা আচার) ( স্তুতিমূলক অর্থ )।

পয়ারগী যথাশ্রুত অর্থ—মহাক্কী মপোক, শাগৈ, স্বভাব, আচারন-চিংবগী মরমদা করিমতসু খঙদ্রবা, অদুগুম্বা মহাক্কা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্নগা চাবদি ব্রাহ্মণগীদমক্তি সদাচারদা অকায়বা অমনী।

স্তুতিমূলক অর্থ—মহাক্তি অনাদি ওইবনা পোকপা-নাইদবনী, প্রাকৃত জীবগী মতৌগুম্না কর্ম্ম-তুংইন মপোক হায়বদু লৈতে হায়রুনা শক্তাক্রবা শাগৈ পন্নডাই লৈতবনি, শীঙলাকঙমদবা গুণশিংগী ভুঙফম্নী হায়রুনা মহাক্কী গুণগী ঙমথৈ লেপ্পা য়াদবনী অমসুং ঙমথৈ নাইদবা মখল মথেল ভাক্তনা থন্‌বনী হায়রুনা মাগী লীলাগী ঙমথৈ কনামতনা ফংদবনী, অদুগুম্বা শ্রীভগবান্‌গা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্নগা চামিন্নবগী লাইবক ফংবা মীরুদা সদাচারগী অয়োবী থাক য়োনা লৈরবনী।

১৮৭-১৯০ পয়ারসী শ্রীনিত্যানন্দবু লক্ষ্য ওইহল্লগা শ্রীঅদ্বৈতনা হায়খিবা রাহৈনী। ১৯১-১৯৩ পয়ারদি শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীঅদ্বৈতবু পান্দম ওইহল্লগা হায়বা রানী।

মূল ১৯১

নিত্যানন্দ কহে—তুমি অদ্বৈত-আচার্য্য।

অদ্বৈত সিদ্ধান্তে বাধে শুদ্ধভক্তিকার্য্য॥ ১৯১॥

## শব্দার্থ

নিত্যানন্দ—শ্রীনিত্যানন্দনা ; কহে—হায় ; তুমি—নঙ ; অদ্বৈত-আচার্য্য—অদ্বৈতবাদগী আচার্য্য হায়বদি গুরু ; অদ্বৈত-সিদ্ধান্তে—অদ্বৈত-বাদগী সিদ্ধান্তদা ; বাধে—অকায়বা ওই ; শুদ্ধভক্তি-কার্য্য—পুঙশেং-শেংবা ভক্তিগী থবক।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিত্যানন্দনা হায়রক্মী—নঙগী মিংদি অদ্বৈত-আচার্য্যনী ; নঙ অদ্বৈত-বাদগীআচার্য্য হায়বদি গুরুনী ; অদ্বৈতবাদগী সিদ্ধান্তদা সেব্য-সেবক-ভাব লৈতে হায়দুনা মতুনা শুদ্ধভক্তিগী থবক্তা বিঘ্নি ওই। ( যথাশ্রুত অর্থ )।

## নত্তগা

শ্রীহরিগা নঙগা দ্বৈত হায়বদি খেন্নবা ( ভেদ ) লৈতে হায়দুনা নঙ অদ্বৈতনী ; ভক্তিতত্ত্ব প্রচার তৌয়ি হায়দুনা নহাক আচার্য্যনী। মরমদুনা নঙগী মিং অদ্বৈত-আচার্য্যনী। অদুবু শ্রীহরিগা নঙগা খেন্নদে হায়দুনা নঙসু ঈশ্বরনী ; ঈশ্বরনা মহামকপু ভজন হায়বদি মহাগী স্তুতি তৌবদি কান্নদে। মরমদুনা নঙনা ভক্তি-মার্গ চংলিবদো নঙগীদমক নত্তে ; লোক-শিক্ষাগী ( মী অতৈনা তমজশনু হায়বগী ) দমক্নী ; অদুবু ঐগী স্তুতি তৌবদি হৌনদবা থবক্নী ; মরমদি, ঈশ্বরগী স্তুতি তৌবদি শুদ্ধাভক্তিগী মনুঙ চন্নবসু—নঙগা ঐগা খেন্নদে হায়দুনা অমসুং অনীমক ঈশ্বরনী হায়দুনা—নঙনা ঐবু স্তুতি তৌবদি নঙ নহাবু স্তুতি তৌবনী ; ভক্তিগী আদর্শ ( ফিদম ) ওইনা নঙনা তৌরিবসী জীবগী মঙ্গল ওইনবা ওইরবসু নঙগীদমক্তি নহাবু স্তুতি ( থাগৎপা ) হায়বসী হৌনদবনী। ( স্তুতি অর্থ )।

## নত্তগা

শ্রীহরিগা নঙগা দ্বৈত ( খেন্নবা ) লৈতে হায়দুনা নহাক অদ্বৈতনী ; ভক্তিতত্ত্ব প্রচার তৌয়ি হায়দুনা নঙ আচার্য্যনী ; অদ্বৈতবাদকী ওইবা সিদ্ধান্তদি সেব্য-সেবক ওইবগী ভাব লৈতে হায়দুনা মতুনা শুদ্ধভক্তিকার্য্যগী বিঘ্নি পোক্হল্লী ; অদুবু আচার্য্য ওইনা নঙনা প্রচার তৌরিবা সিদ্ধান্তদুদি শুদ্ধভক্তিগী ওইশল্লী হায়দুনা জীবশিংগীদমক্তদি মঙ্গলগী মশক্নী। ( স্তুতি অর্থ )।

## মূল ১৯২

তোমার সিদ্ধান্ত-সঙ্গ করে যেই জনে।
এক বস্তু বিনা সেই দ্বিতীয় না মানে ॥ ১৯২ ॥

### শব্দার্থ

তোমার—নঙগী ; সিদ্ধান্ত-সঙ্গ—সিদ্ধান্তগী তুংইন্‌বা ; করে—তৌয়ি ; যেই জনে—মীদো ; এক—অমা ; বস্তু—পোৎ ; বিনা—নত্তনা ; সেই—মহাক্না ; দ্বিতীয়—অনীশুবা অমা ; না মানে—মানিদে।

### মৈতৈলোন্দা ঙন্দোকপা

যথাশ্রুত নিন্দার্থ—নঙগী অদ্বৈতবাদগী ওইবা সিদ্ধান্তবু লৌরিবা মীশিংনা ব্রহ্ম হায়ব। অতুমৎং নত্তনা অতৈ করিমতা মানিদে—শক্লাইদবা ( নির্ব্বিশেষ ) ব্রহ্ম নত্তনা অতৈ পুম্বদি মিথ্যানী ( ওইদবনী ) হায়না খল্লী ; করি হায়নী শ্রীভগবান্‌গী শ্রীবিগ্রহনচিংবু মায়িক-নী হায়না খল্লী।

### স্তুতি অর্থ

নঙনা প্রচার তৌরিবা শুদ্ধ-ভক্তি তত্ত্বগী সিদ্ধান্ত পুম্বদু লৌরিবা মীশিংদুনা শ্রীকৃষ্ণ হায়না অতুমতং নত্তনা অতোপ্পা দেব-দেবীবু তোঙান্-তোঙান্‌বা উপাস্যনী ( লাংনযম্নী ) হায়বত্ত য়াদে : মখোয়দুনা খল্লী—শ্রীকৃষ্ণ অতুমৎং উপাসনা তৌরগা দেব-দেবী পুম্নমকপু উপাসনা তৌরবনী হায়না। উপাস্যীগী মথাঙদা ঈশীঙ চাইরগা মাগী উশা-উনা পুম্নমক্না পেল্লী, উশা-রানানচিংবদা তোঙান্-তোঙান্না ঈশীঙ চাইনদে, মতৌ অতুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ অতুমতংনা পেল্লবদা দেব-দেবী পুম্নমক—ভগবৎস্বরূপ পুম্নমক পেল্লী, তোঙান্নমূক মখোয়বু উপাসনা তৌরুদবা য়ারে।

## মূল ১৯৩

হেন তোমার সঙ্গে মোর একত্র ভোজন।
না জানি তোমার সঙ্গে কৈছে হয় মন ॥ ১৯৩ ॥

### শব্দার্থ

হেন—অসিগুম্বা ; তোমার সঙ্গে—নহাক্কা লোয়নন ; মোর—ঐগী ;

একত্র—মক্ষম অমতদা ; ভোজন—চামিন্নবা ; না জানি—খঙদে ; তোমার সঙ্গে— নঙগা লোয়ননা ; কৈছে—করম্না ; হয় মন—খল্লী।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

যথাশ্রুত নিন্দার্থ--শুদ্ধভক্তিমার্গবু য়াদবা অদ্বৈতবাদগী আচার্য্য ওইবা মহাক্কী অদ্বৈতবাদগী সিদ্ধান্ত ইল্লগদি নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম নত্তনা অতৈ পুম্নমক মিথ্যানী হায়না মীনা খন্নে, করি হায়নী শ্রীভগবান্গী বিগ্রহদি সচ্চিদানন্দ-ঙাক্কনী হায়বহ্ন য়াদে—অহুগুম্বা নহাক্কা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্মিন্ন-রগা ঐহাক (শ্রীনিত্যানন্দ) চাক চারি ; নঙগা থংনবদগী ঐগী পুক্নীঙ ওল্লক্কদ্রা খঙদে। হায়বদি নঙগী অদ্বৈতবাদগী ভাব অহু ঐঙোন্দা চঙলক্কদ্রা খঙদে।

স্তুতি-অর্থ—শ্রীহরিগা খেন্নদবা মহাক্কা ভক্তিতত্ত্ব প্রচার তৌরগা শুদ্ধভক্তি-য়াদবা অদ্বৈতবাদগী সিদ্ধান্তদি লৌবা য়াদবনী হায়বা, অহুগা মহাক্কী সিদ্ধান্ত লৌরগদি শ্রীকৃষ্ণতনী লাৎনঙাই হায়বদো হায়না মীয়াম্না খঙবা ঙমজবা—অসিগুম্বা নহাক্কা লোয়ননা পংক্তি অমতদা ফম্মিন্নরগা চারিবা ঐহাক্কী লাইবকসে কয়া ফত্ত্রবা ; নঙগা নক্কবগী মহৈ ওইনা নঙগী ভক্তিসিদ্ধান্তহ্ন ঐঙোন্দা চঙলক্কনীনা ?

মূল ১৯৪

এইমত দুইজনে করে বোলাবুলি।
ব্যাজস্তুতি করে দোঁহে যৈছে গালাগালি ॥ ১৯৪ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; দুইজনে—মথোয় অনীনা (শ্রীনিত্যানন্দগা শ্রীঅদ্বৈতগা) ; করে—তৌয়ি ; বোলাবুলি—অন্নায়-অথুম ; ব্যাজস্তুতি—চৈশন্নরগা থাগৎপা অহুগা থাগৎশন্নরগা চৈবা ; করে—তৌনৈ ; দোঁহে—অনীনা ; যৈছে—মতৌগুম্না ; গালাগালি— অমগা অমগা চৈথোক-চৈশিন তৌমিন্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীনিতাই অমসুং শ্রীঅদ্বৈত অনীনা মতৌ অসুম্না অন্নায়-অথুম তৌনৈ। অমগা অমগা চৈনবগী মতৌগুম্না ব্যাজস্তুতি তৌনৈ।

**তৈন্নরোল**

**ব্যাজস্তুতি**—ব্যাজগী অর্থদি তাং (ছল) অদুগা স্তুতি অর্থনা থাগৎপা। নিন্দা তৌশিন্নরগা থাগৎপা (স্তুতি) অদুগা স্তুতি তৌশন্নরগা নিন্দা (থাধবা) তৌবা বাক্যালঙ্কারবু ব্যাজস্তুতি কৌয়ি। মমাঙগী ১৮৭-১৯৩ পয়ারদা নিন্দা তৌশন্নরগা স্তুতি তৌয়ি; মরমদুনা মদু ব্যাজস্তুতি-নী।

যৈছে গালাগালি—নিন্দা তৌশন্নরগা স্তুতি তৌরবোইদি রাহৈ-শিংদুগী যথাশ্রুত অর্থদা চৈনরিবা ওইনা থল্লী; অদুবু তশেংবদি মদু চৈবা হায়বদি নিন্দা নত্তে; মদুগী গূঢ় (অথুপ্পা) অর্থদি স্তুতি-নী (থাগৎপনী)। মমাঙগী পয়ারশিংগী যথাশ্রুত অর্থদু গালাগালি (চৈবা) ওইনা থল্লী, তৌবগীদি মখোয়গী গূঢ় অর্থদি স্তুতি নী।

মূল ১৯৫

তবে প্রভু সব বৈষ্ণবের নাম লঞা।
প্রসাদ দেওয়ান কৃপা-অমৃত সিঞ্চিয়া॥ ১৯৫॥

শব্দার্থ

তবে—অদুদগী; প্রভু—প্রভুনা; সব বৈষ্ণবের—বৈষ্ণব পুম্নমক্কী; নাম—মিং; লঞা—পল্লগা; প্রসাদ দেওয়ান—প্রসাদ হাপ্হন্খি; কৃপা-অমৃত—কৃপা কৌবা অমৃত; সিঞ্চিয়া—চাইশন্দুনা; থিক্তুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অদুদগী প্রভুনা বৈষ্ণব পুম্নমক্কী নাম পন্দুনা মাগী কৃপা অমৃত থিকচল্লগা প্রসাদ হাপ্হল্খি।

মূল ১৯৬

**ভোজন করি উঠে সভে হরিধ্বনি করি।**
**হরিধ্বনি উঠিল সেই স্বর্গমর্ত্ত্য ভরি॥ ১৯৬॥**

### শব্দার্থ

ভোজন করি—চারগা (চাবা লোয়রগা) ; উঠে—হৌগৎলী ; সভে—লোয়নমক ; হরিধ্বনি—হরি হরি শোন্বা ; করি—তৌহুনা ; হরিধ্বনি—হরিধ্বনি ; উঠিল—কাখৎখি ; সেই— মহুনা ; স্বর্গমর্ত্ত্য ভরি—স্বর্গ-মর্ত্ত্য থম্না।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

বৈষ্ণব পুম্নমক প্রসাদী খুন্বা লোইরহুনা লেঙখৎখি হরি হরি শোন্দুনা। হরিধ্বনি অহুনা স্বর্গমর্ত্ত্য থম্না কাখৎখি।

### মূল ১৯৭

তবে মহাপ্রভু সব নিজভক্তগণে।
সভাকে শ্রীহস্তে দিলা মাল্যচন্দনে ॥ ১৯৭ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; সব—পুম্নমক ; নিজভক্ত-গণে—মহাকী মরন্নাই ভক্তশিংদা ; সভাকে—লোইনমক্তা ; শ্রীহস্তে—প্রভুগী খুৎমক্না ; দিলা— পীখি ; মাল্যচন্দনে— লৈপরেংগা চন্দনগা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অহুদগী মহাপ্রভুনা মহাগী ভক্তশিং পুম্নমক্তা মখুৎমক্না লৈপরেংগা চন্দনগা পীখি।

### মূল ১৯৮

তবে পরিবেশক স্বরূপাদি সাতজন।
গৃহ-ভিতর বসি কৈল প্রসাদ ভোজন ॥ ১৯৮ ॥

### শব্দার্থ

তবে—অহুদগী ; পরিবেশক—প্রসাদ-য়েন্বা মী ; স্বরূপাদি—স্বরূপ-দামোদরনচিংবা ; সাতজন—মী তরেৎ ; গৃহ-ভিতর—ইমুংদা ; বসি—ফমহুনা ; কৈল—ত্তৌরম্মী ; প্রসাদ ভোজন—প্রসাদ খুন্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতুদগী স্বরূপদামোদরনচিংবা প্রসাদী-য়েন্নবা মখোয় তরেৎনা ইমূঙদা কমতুনা প্রসাদী থূন্নম্মী।

## নৈনরোল

সাতজন—মী তরেৎ। স্বরূপদামোদর, জগদানন্দ, দামোদর পণ্ডিত, কাশীশ্বর, গোপীনাথ অদুগা শঙ্কর।

### মূল ১৯৯

প্রভুর অবশেষ গোবিন্দ রাখিল ধরিয়া।
সেই অন্ন কিছু হরিদাসে দিল লঞা ॥ ১৯৯ ॥

শব্দার্থ

প্রভুর—প্রভুগী ; অবশেষ—অবেম্-থাক্ ; গোবিন্দ রাখিল—গোবিন্দনা থম্খি ; ধরিয়া—লৌশন্দুনা ; সেই অন্ন—চাক অদু ; কিছু—খজিক্কুং ; হরিদাসে—হরিদাসদা ; দিল—পীখি ; লঞা—পুদুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুনা চাবা প্রসাদী অরেম্বদু গোবিন্দনা ( প্রভুগী অঙ্গসেবক-না ) লৌশল্লগা থনম্মী। মদুদগী চাক খরা হরিদাস ঠাকুরদা পুদুনা পীরম্মী।

### মূল ২০০

ভক্তগণ গোবিন্দ-পাশ কিছু মাগি নিল।
সেই প্রসাদান্ন গোবিন্দ আপনি পাছে পাইল ॥ ২০০ ॥

শব্দার্থ

ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; গোবিন্দ-পাশ—গোবিন্দগী মফমদগী ; কিছু—খজিক ; মাগি—নিদুনা ; নিল—লৌখি ; সেই—ময়ামদা পীরগা লেম্হৌবা অদু ; প্রসাদান্ন—প্রসাদ-অন্ন ; গোবিন্দ আপনি—গোবিন্দ মহামক্না ; পাছে—তুংদা ; পাইল—ফংখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ভক্তশিংনা গোবিন্দগী মফমদগী খজিক খজিক নিয়গা ফংখি। প্রভুনা লেপ্পা প্রসাদী চাক অহু গোবিন্দ মছামক্তা মতুঙদা ফংখি।

মূল ২০১

স্বতন্ত্র ঈশ্বর প্রভু করে নানা খেলা।
'ধোয়াপাখালা' নাম কৈলা এই একলীলা ॥ ২০১ ॥

শব্দার্থ

স্বতন্ত্র—নীঙতম্বা ; ঈশ্বর—মপু ; প্রভু—প্রভুনা ; করে- তৌয়ি ; নানা—মখল মখাগী ; খেলা—শান্নবা, লীলা ; ধোয়াপাখালা—শান্নবা মখল ; নাম—মিং ; কৈলা—কৌয়ি ; এই—মসী ; এক—অমা ; লীলা —লীলা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

নীঙতম্বা ঈশ্বরনীনা প্রভুনা মখল মখাগী শান্নবা তৌখি। লীলা অসিমগী মিং 'ধোয়াপাখালা' হায়না কৌখি।

মূল ২০২

আরদিন জগন্নাথের নেত্রোৎসব নাম।
মহোৎসব হৈল ভক্তের প্রাণ সমান ॥ ২০২ ॥

শব্দার্থ

আরদিন—অতোপ্পা নুমীৎতা ( রথযাত্রা মমাঙগী নুমীত্তা ) ; জগন্নাথের—জগন্নাথগী ; নেত্রোৎসব—মীৎ পানবা উৎসব ; নাম—কৌবা ; মহোৎসব—অচৌবা উৎসব ; হৈল—ওইখি ; ভক্তের—ভক্তগী ; প্রাণ-সমান—থৱাইগা মান্নবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অতোপ্পা নুমীৎ অমদা শ্রীজগন্নাথদেবগী নেত্রোৎসব কৌবা মহোৎসব তৌয়ি, মহু ভক্তগীদি মথৱাইগা অমম্বানী।

## নৈনরোল

নেত্রোৎসব—স্নানযাত্রাগী মতুঙদগী সুমীৎ খরদি শ্রীজগন্নাথ দর্শন ফংদে। সুমীৎ কয়াসী শ্রীবিগ্রহগী ( জগন্নাথগী মূর্ত্তিমাগী ) অঙ্গরাগ তৌয়ি ( হায়বদি রং থাই )। রথযাত্রাগী মমাঙ থংনবা সুমীত্তা শ্রীবিগ্রহগী মীৎ ( নেত্র ) হাপ্পী ; মরমতুনা সুমীৎসিবু নেত্রোৎসব কৌবনী। সুমীৎসিদগী অমূক শ্রীবিগ্রহগী দর্শন ফংনৈ। মতম শাংনা দর্শন ফংলুদ্রবগী তুংদা শ্রীজগন্নাথগী দর্শন ফংবদা ভক্তশিংগী মীৎকী ( নেত্রগী ) উৎসব ( য়ৌনা নুংঙাইবা ) অমনী হায়তুনা সুমীৎসিবু নেত্রোৎসব কৌবা য়াই।

মূল ২০৩

পঞ্চদিন দুঃখী লোক প্রভু-অদর্শনে।

আনন্দিত হৈলা জগন্নাথ দরশনে ॥ ২০৩ ॥

শব্দার্থ

পঞ্চদিন—পঞ্চ ( থাখাই ) অমগী মতম, সুমীৎ তরামঙানী-চুপ্পা ; দুঃখী—পুক্নীঙ-নুংঙাইতবা (ওইখি) ; লোক—মীশিংনা : প্রভু-অদর্শনে—প্রভুবু উদবদা ; আনন্দিত—নুংঙাইবা ; হৈলা—ওইখি ; জগন্নাথ-দরশনে—জগন্নাথবু উবদা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথ প্রভুবু উদবা থাখাই অমা চুপ্পা মীয়ামদু মপুক্নীঙ নুংঙাই-রমদে। হৌজিক্তি শ্রীজগন্নাথদেববু দর্শন তৌবা ফংবদা ময়াম পুম্বা নুংঙাইরম্মী।

মূল ২০৪

মহাপ্রভু সুখে লৈয়া সবভক্তগণ।

জগন্নাথ-দরশনে করিলা গমন ॥ ২০৪ ॥

শব্দার্থ

মহাপ্রভু—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ; সুখে—হরাওনা ; লৈয়া—পুদুনা ; সবভক্তগণ—ভক্তশিং পুম্ববু ; জগন্নাথ-দরশনে—শ্রীজগন্নাথগী দর্শন তৌবা ; করিলা—তৌখি ; গমন—চৎপা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীমন্মহাপ্রভুনা হৱাওনা ভক্তপুম্বগা লোয়ননা জগন্নাথদেববু দর্শন তৌননবা লেঙলম্মী।

মূল ২০৫

আগে কাশীশ্বর যায় লোক নিবারিয়া।
পাছে গোবিন্দ যায় জলকরঙ্গ লঞা॥ ২০৫॥

শব্দার্থ

আগে—মাঙদা; কাশীশ্বর যায়—কাশীশ্বরনা চৎলী; লোক—মী; নিবারিয়া—থিংহ্নুনা; পাছে—তুংদা; গোবিন্দ যায়—অঙ্গসেবক গোবিন্দ চৎলী; জলকরঙ্গ—ঈশীঙ হাপ্পবা কমণ্ডলু; লঞা—পুহ্নুনা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

(প্রভুগী) মাঙদা মী থিং থিংহ্নুনা কাশীশ্বরনা চৎলী অতুগা তুংদনা জলকরঙ্গ পায়রগা গোবিন্দনা চৎলী।

নৈনরোল

জলকরঙ্গ—শ্রীমন্দিরদা চঙঙমদায়দা প্রভুদি খোঙ শেংদোকয়ি, খোঙদা পকৃপা উৎফুলহ্নু মন্দিরগী মাঙ্গোন্দা তাদনবা মরমগীদমক। মরমহ্নুনা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শনগী লেঙবা খুদিংদা গোবিন্দনা করঙ্গদা ঈশীঙ হাপ্লগা পুরম্মী প্রভুগী চরণ শেংদোক্লনবগীদমক।

মূল ২০৬-২০৭

প্রভু-আগে পুরী ভারতী দোঁহার গমন।
স্বরূপ অদ্বৈত দুইপার্শ্বে দুইজন॥ ২০৬॥
পাছে পার্শ্বে চলি যায় আর ভক্তগণ।
উৎকণ্ঠায় গেলা জগন্নাথের ভবন॥ ২০৭॥

শব্দার্থ

প্রভু-আগে—প্রভুগী মাঙদা; পুরী—পরমানন্দপুরী; ভারতী—

ব্রহ্মানন্দ-ভারতী ; দোঁহার—অনীগী (অনীনা) ; গমন—চৎপা ; স্বরূপ—স্বরূপদামোদর ; অদ্বৈত—শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য ; দুই—অনী ; পার্শ্বে—নাকন্দা ; দুই জন—মী অনী ; পাছে—তুংদা ; পার্শ্বে—নাকন্দা ; চলি যায়—চৎলী ; আর—অতৈ ; ভক্তগণ—ভক্তশিং ; উৎকণ্ঠায়—খৌরাংনা ; গেলা—চৎলম্মী ; জগন্নাথের—শ্রীজগন্নাথদেবগী ; ভবন—মন্দিরদা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

প্রভুগী মাওদা পরমানন্দ পুরীগা ব্রহ্মানন্দ ভারতীগা অনীনা চৎলী । প্রভুগী নাকল অমদা শ্রীঅদ্বৈত অদুগা নাকল অমদনা স্বরূপদামোদর লৈরম্মী । তুংদসু নাকন্দসু অতৈ ভক্তশিংনা চৎলম্মী । মখোয় লোয়নমক উৎকণ্ঠাগা লোয়ননা শ্রীজগন্নাথগী মন্দির পাংলম্মী ।

নৈনরোল

উৎকণ্ঠা—মুমীৎ তরামণ্ডানী চুপ্পা শ্রীজগন্নাথবু উদবদা উনীংবগী খোয়রাংলম্বনী ।

মূল ২০৮

দরশন-লোভেতে করি মর্য্যাদা লঙ্ঘন ।

ভোগমণ্ডপে যাঞা করে শ্রীমুখদর্শন ॥ ২০৮ ॥

শব্দার্থ

দরশন-লোভেতে—দর্শনগী দমক মিহৌবনা ; করি—তৌদুনা ; মর্য্যাদা—হৌনবী, চৎনবী ; লঙ্ঘন লঙ্খায়বা ; ভোগমণ্ডপে—ভোগমণ্ডপতা ; যাঞা—চৎদুনা ; করে—তৌয়ি ; শ্রীমুখদর্শন—শ্রীজগন্নাথগী মায়থোং ফজনদু য়েংবা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

দর্শন তৌনীংবগী ময়াইনা হৌনবী-চৎনবী (মর্য্যাদা) লঙ্খায়দুনা মখোয়না ভোগমণ্ডপ তা চৎলগা শ্রীজগন্নাথদেবগী ফজবা মায়থোংদু দর্শন তৌখি ।

নৈনরোল

ভোগমণ্ডপ-তা চঙলগা দর্শন তৌবগী অধিকার কনামত্তগী লৈতে, অদুবু য়েংনীংমন্থিদুনা মার্য্যাদাগী রা লোইনা কাউথোক্লুনা ভোগমণ্ডপ তাগ্না চঙদুনা দর্শন তৌখি । মসুমা প্রভুনা ভোগমণ্ডপকী মর্য্যাদা লঙ্খাইখি ।

মূল ২০৯

তৃষ্ণার্ত্ত প্রভুর নেত্র ভ্রমর-যুগল।
গাঢ়াসক্ত্যে পিয়ে কৃষ্ণের বদন-কমল ॥ ২০৯ ॥

শব্দার্থ

তৃষ্ণার্ত্ত—খৌরাংলবা ; প্রভুর নেত্র—প্রভুগী মীৎ ; ভ্রমর-যুগল—খোইমু তুমা ; গাঢ়—ৎং-ৎং-লাউবা ; আসক্ত্যে—পামশনবগা লোয়ননা ; পিয়ে—থক্‌য়ি ; কৃষ্ণের—শ্রীকৃষ্ণগী ; বদন—মায়থোঙ ; কমল—থম্বাল।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

ইখৌলাংবা প্রভুগী মীৎ-খোইমু অনীনা শ্রীকৃষ্ণগী (শ্রীজগন্নাথগী) মায়থোঙ থম্বালগী খোইহীতুবু য়াম্না য়াম্না পামশন্না থক্লম্মী।

টৈমরোল

কৃষ্ণের—শ্রীজগন্নাথগী ; রাধা ভাব-তা চঙলম্বা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথগী বিগ্রহবু ব্রজনিংথৌ মপারি শ্রীকৃষ্ণনী হায়না লৌখি।

মূল ২১০

প্রফুল্ল কমল জিনি নয়ন যুগল।
নীলমণিদর্পণকান্তি গণ্ড ঝলমল ॥ ২১০ ॥

শব্দার্থ

প্রফুল্ল—ফুগায়না শাৎলবা ; কমল—থম্বাল ; জিনি—ভম্বা ; নয়ন যুগল—মীৎ অনী ; নীলমণি-দর্পণ কান্তি—নীলমণিনা শাবা মুংশেলগী মঙাল ; গণ্ড—খজাই, নাপ্ল ; ঝলমল—লংত্রিক-লংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী মীৎ অনীদো ফুগায়না শাৎলবা থম্বালবু ভম্‌জৈ। অদুগা মহাক্‌কী নাপ্লতুনা নীলমণি-না শাবা মুংশেলগী মঙালগুম্ লংত্রিক-লংয়ি।

মূল ২১১

বান্ধুলীর ফুল জিনি অধর সুরঙ্গ।
ঈষৎ-হসিতকান্তি অমৃত-তরঙ্গ ॥ ২১১ ॥

### শব্দার্থ

বান্ধুলীর—বান্ধুলীগী ; ফুল—লৈরাং ; জিনি—ওমজবা ; অধর—খাথংবা চীন্‌বান্ ; সুরঙ্গ—কজনা চুববা, ফজবা ; ঈষৎ—হাইফেং ; হসিত—নোকপগী ; কান্তি—মঙাল ; অমৃত-তরঙ্গ—অমৃতগী ঈথক্।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী খাথংবা চীন্‌বান্দু বান্ধুলী পাম্বী লৈরাংগী অঙাঙবা মচুবু ওমজনা ঙাঙহুনা মফজৈ। চীন্‌বান্দুনা হাইফেংনোক্‌পদা হন্দোরকপা মঙান্দুনা অমৃতগী ঈথক্-ইপোমগুম্মী।

### মূল ২১২

শ্রীমুখসৌন্দর্য্য-মধু বাঢ়ে ক্ষণে ক্ষণে।

কোটি-কোটি-ভক্তনেত্রভৃঙ্গ করে পানে ॥ ২১২ ॥

### শব্দার্থ

শ্রীমুখসৌন্দর্য্য-মধু—শ্রীমুখগী ফজবনা ওইবা খোইহী ; বাঢ়ে—হেন্‌গৎলী ; ক্ষণে ক্ষণে—ক্ষণ খুদিংদা ; কোটি-কোটি-ভক্তনেত্র—ভক্তগী মীৎ-কোটি কোটিনা ; ভৃঙ্গ—খোইমুনা ; করে—তৌয়ি ; পানে—থক্‌পা।

#### মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী মায়থোঙগী ফজবা কৌবা খোইহীদো ক্ষণ-খুদিংগী অসুম অসুম হেন্‌গৎলক্‌য়ি। খোইহীহুবু ভক্ত কোটি কোটিগী মীৎনা খোইমু ওইরগা থক্‌য়ি।

### মূল ২১৩

যত পিয়ে তত তৃষ্ণা বাঢ়ে নিরন্তর ॥

মুখাম্বুজ ছাড়ি নেত্র না হয় অন্তর ॥ ২১৩ ॥

### শব্দার্থ

যত—অহুক্কী মতীক ; পিয়ে—থক্‌য়ি ; তত—অহুক্কী মতীক ; তৃষ্ণা—খৌরাংবা ; বাঢ়ে—হেন্‌গৎলী ; নিরন্তর—তত্তনা ; মুখ-অম্বুজ—মায়থোঙ থম্বাল ; ছাড়ি—থাদোক্তুনা ; নেত্র—মীৎ ; না হয়—ওইদে ; অন্তর—লাপথোক্‌পা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী শ্রীমুখগী ফজবা কৌবা থোইহীদ্রু থল্লিবমথৈ থরূওবা ভক্তনা হেনংলী। মায়থোঙ-থম্বাল থাদোক্তুনা ভক্তশিংগী মীৎতো লাপ্লথোক্লা চৎপা তৌরমদে ( অত্তুম মীৎকুপ্তবমথৈ য়েংহুনা লৈরম্মী )।

মূল ২১৪

এইমত মহাপ্রভু লঞা ভক্তগণ।

মধ্যাহ্ন পর্য্যন্ত কৈল শ্রীমুখদর্শন ॥ ২১৪ ॥

শব্দার্থ

এইমত—মতৌ অসুম্না ; মহাপ্রভু—মহাপ্রভুনা ; লঞা—পুত্থনা ; ভক্তগণ—ভক্তশিংবু ; মধ্যাহ্ন পর্য্যন্ত - মধ্যান্ ফাওবা (নুমীৎয়ুংবা ফাওবা) ; কৈল—তৌয়ি ; শ্রীমুখদর্শন—শ্রীজগন্নাথদেবগী মায়থোঙ য়েংবা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা মধ্যান্গী মতম ফাওবা শ্রীজগন্নাথদেবগী মায়থোঙ ফজবদু দর্শন তৌরম্মী।

মূল ২১৫

স্বেদ কম্প অশ্রুজল বহে অনুক্ষণ।

দর্শনের লোভে প্রভু করে সংবরণ ॥ ২১৫ ॥

শব্দার্থ

স্বেদ—হমাং ; কম্প—নীকৃপা ; অশ্রুজল - পিরাংগী লাইজ ; বহে—চেষ্থৈ ; অনুক্ষণ—মতম পুম্বদা : দর্শনের—শ্রীজগন্নাথগী মায়থোঙ য়েংনবগী ; লোভে—মিহৌবনা ; প্রভু—প্রভুনা ; করে—তৌয়ি ; সংবরণ—খাম্বা।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

( প্রভুগী দেহদা সাত্ত্বিকা বিকার লাক্লুনা ) অত্তপা লৈতনা হমাং চেম্থরম্মী, নীক্লম্মী অমত্তুগা পিরাং চেম্থরম্মী। ( অদু তৌরবদি ) শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবদু কায়রগনী হায়দুনা প্রভুনা বিকার অদু লেপহনখি।

### মূল ২১৬

মধ্যে মধ্যে ভোগ লাগে মধ্যে দরশন।
ভোগের সময়ে প্রভু করে সঙ্কীর্ত্তন ॥ ২১৬ ॥

শব্দার্থ

মধ্যে মধ্যে— মরক মরক্তা ; ভোগ লাগে—লূক কৎলী ; মধ্যে—মরক্তা ; দরশন—দর্শন ( তৌয়ি ) ; ভোগের সময়ে—লূক কৎলিঙৈগী মতমদা ; প্রভু—প্রভুনা ; করে সঙ্কীর্ত্তন—সঙ্কীর্ত্তন তৌয়ি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

মরক মরক্তা শ্রীজগন্নাথদেবদা লূক কৎলী। মরমত্তুনা মরক্তা দর্শন তৌয়ি। লূক কৎলিঙৈগী মতমদা প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌয়ি।

## নৈনরোল

লূক কৎলিঙৈদা থোঙ লোন্‌বনীনা দর্শন য়ারমদে। মতমত্তুদা প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌত্তুনা মতম লেল্লম্মী।

### মূল ২১৭

দর্শন-আনন্দে প্রভু সব পাসরিলা।
ভক্তগণ মধ্যাহ্ন করিতে প্রভু লঞা গেলা ॥ ২১৭ ॥

শব্দার্থ

দর্শন-আনন্দে—শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌবগী নুংঙাইবনা ; প্রভু—প্রভুদো ; সব—লোইনমক ; পাসরিলা—কাউথোক্লম্মী ; ভক্তগণ—ভক্তশিংনা ; মধ্যাহ্ন করিতে মধ্যাহ্নদা তৌগদবা পূজানচিংবা তৌননবা হায়ত্তুনা ; প্রভু লঞা—প্রভুবু পুত্তুনা ; গেলা—চৎখি।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীজগন্নাথদেবগী শ্রীমুখ দর্শন তৌবদা নুংঙাইখিবনা প্রভুনা মধ্যাহ্ন-কৃত্যনচিংবা ( মধ্যাহ্নগী সন্ধ্যা-আহ্নিক পূজা ) পুম্নমক কাউথোকখিরম্মী। অত্তুদা ভক্তশিংনা মধ্যাহ্নকৃত্যনচিংবা তৌননবগীদমক প্রভুবু পুত্তুনা চৎখি।

### মূল ২১৮

"প্রাতঃকালে রথযাত্রা হবেক" জানিয়া।
সেবকে লাগায় ভোগ দ্বিগুণ করিয়া ॥ ২১৮ ॥

শব্দার্থ

প্রাতঃকালে—অয়ুক নোংঙাল্লগা ; রথযাত্রা—কাংচিংবা ; হবেক—ওইরগনী (হায়রবা) ; জানিয়া—খঙলদুনা ; সেবকে—সেবকনা ; লাগায়—কৎলী ; ভোগ—লুক ; দ্বিগুণ করিয়া—শরুক অনী হেন্না ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

অয়ুং নোংঙানবদা রথযাত্রা ওইগনী হায়বা খঙলদুনা শ্রীজগন্নাথগী সেবকনা লুক শরুক অনী হেন্না কৎলী ।

মূল ২১৯

গুণ্ডিচা-মার্জ্জন-লীলা সংক্ষেপে কহিল ।
যাহা দেখি শুনি পাপীর কৃষ্ণভক্তি হৈল ॥ ২১৯ ॥

শব্দার্থ

গুণ্ডিচা-মার্জ্জন-লীলা—গুণ্ডিচা মন্দির শেংদোকপা হায়বা লীলা ; সংক্ষেপে—শম্পংনা ; কহিল—লীজরে ; যাহা—মহুত্ব . দেখি উবগা ; শুনি—নাকোঙনা তারগা ; পাপীর—পাপীগী ; কৃষ্ণভক্তি—কৃষ্ণদা ভক্তি ; হৈল—ওইয়ে ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

গুণ্ডিচা মার্জ্জন-লীলাদু ঐনা (কৃষ্ণদাসনা) শম্পংনা লীজরে। লীলাদু উবগা অমসুং মনাকোঙনা তারগা পাপীশিংগী কৃষ্ণভক্তি ওইয়ে ।

মূল ২২০

শ্রীরূপ রঘুনাথ-পদে যার আশ ।
চৈতন্যচরিতামৃত কহে কৃষ্ণদাস ॥ ২২০ ॥

শব্দার্থ

শ্রীরূপরঘুনাথ—শ্রীরূপগোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথদাস গোস্বামীগী ; পদে—খোঙদা ; যার—মহাক্কী ; আশ—আশা ; চৈতন্যচরিতামৃত—চৈতন্যচরিতামৃত ; কহে—লীজৈ ; কৃষ্ণদাস—কৃষ্ণদাস কবিরাজনা ।

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা

শ্রীরূপ গোস্বামী অমসুং শ্রীরঘুনাথ দাস গোস্বামীগী চরণদা আশা থমজরিবা কৃষ্ণদাসনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত লীজৈয়ে ।

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে মধ্যখণ্ডে গুণ্ডিচামন্দিরমার্জ্জনং নাম দ্বাদশ-পরিচ্ছেদঃ ।



# শীতলজিৎকী লাইব্রীকশিং

উপন্যাস—ইমা, থাদোকপা, রোহিণী, নুংশিরাথৈবা।

রারী-মচা—লৈকোন্ন্‌ংদা লৈমুংশি।

শৈরেং—কেতুকী, বাল্মীকি, ইথৌলাংবা, শকুন্তলা, শৈরাংবা ( ১বা শরুক্ )।

অতৈ অতৈ—

১। নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজ

২। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা ( মৈতৈলোন্দা )

৩। শ্রীনরোত্তমদাসকী প্রার্থনা ( মূল অমসুং মৈতৈরোনগী অনুবাদকা লোয়নবা ) মমল লুপা ২০

৪। বৈষ্ণবপদাবলীগী শায়োন-শেখন

৫। Friends' English to Manipuri Dictionary.

৬। Friends' Pocket Dictionary. ( English to Manipuri )

৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (আদিলীলা) খণ্ড অহানবা লুপা ২০

৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা— লুপা ১৮

৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা— লুপা ১৫

১০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা- লুপা ৩২

১১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা— লুপা ১০

১২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা— লুপা ২৮

১৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা— লুপা ২৫

১৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা- লুপা ২০

১৫। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা—লুপা ৪০

১৬। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত (মধ্যলীলা) খণ্ড অহানবা—লুপা ২৫

১৭। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অনীশুবা—লুপা ৪৮

১৮। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড অহুমশুবা - লুপা ৪০

১৯। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মরিশুবা—লুপা ১০

২০। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মঙাশুবা—লুপা ১০০

২১। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরুকশুবা—লুপা ৪৫

২২। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড তরেৎশুবা—লুপা ২৫

২৩। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড নিপালশুবা—লুপা ৩০

২৪। শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত ( ,, ) খণ্ড মাপলশুবা লুপা ২১